Publishers—

1. Smt. Geeta Devi
2. Dr. Urmila Devi
3. Dr. Romola Devi

First Edition—1993

Copies 1000

Price :—
Special Rs. 70/-
Ordinary Rs. 50/-

Cover Printed by—
Thiyam Nilakumar Singh
Screen-Printing Works
Uripok Ningthoukhongjam Leikai

*Printed at :—*

1. The Eastern Bharati Printing Works
Tera Bazar

2. The Kounu Printing Press
Naoremthong, Near D I.C.
Page 1 to 12 and 135 to 207.

*Most humbly dedicated to—*

My father Gopal Singh
&
Rajkumari Chamusana Devi
Mother,

Grand daughter
of
Bhaigyachandra Maharajah
of Manipur
who are no more
with us.

# ৱাহৌদোক

মৈতৈলোন কোনশেংদা ৱারী-শৈরেং (ঈপীক্স) অমা ইজনীং-বদগী পুৱাগী ওইবা ৱারী অমা কোইথি থিজখি। পাক হেক ফংদে। অতুমকপু কুমজা-লেম্বীগী মরিদা ইবা হৌরখি। মরক অসিদা শ্রীহিজম ইবোবী সিংহ, হেড পণ্ডিৎ অমদি ঐগী মরুপ শ্রীএন: মঙ্গি সিংহ, অনীদগী চৈংরোং অপানবগী অরিবা ৱারী অসি ফংজখি। হরাউ হরাউ পীবীরবপনি, হরাউ হরাউ ঐস্নু হেক ফংবগা মৈতৈলোল কোনশেংদা য়াম্না পামজনা ইবা হৌজখি। খম্বা নাইদ্রবা লোল অরিবগী ঈফুংকা হৌজিক হৌজিকমক লোন্নরিবা অনৌবা লোলগী ঈচেলগা তিন্নরগা, ইনাক খুনবা অচৌবা লোলগী ইচেল অমা ওইবা য়াব্রা য়েংজবনি। অতোপ্পা লোন অমতা ফৌমান য়ান্দনবা হোৎনজখি। লমাই চান্মরোম পানবা য়াবা লাইরিক অমা ওইখি।

ইবা পুম্নোই লোইরবা মতুংদা ৱারী শৈরেং ইবগী ওাক্লদবা হীরম অমদি কাংলোন খরা থেংনজে, মতুগী মতুং ইন্না নৌনা অমুক ইজখি। খোর্জেম্নু মমীং তমখি। লাইরিক্কী থাবস্নু শরুক অমা হেঙ্গৎখি। পুক্নিং অমদি থম্মোইগী অকুপ্পা মরোল পুন্নমক ফোংদোকপা ওম্লবা, অরিবা লোনগী লোন্নৌগা অনীনা মচন চানা মফম চানা থেতুনা শেম্লবা নাচোমগুম য়েংবা য়াররা অমদি অতোপ্পা লোলগী ৱাহৈ অমা ফাওবা ফৌমান য়াল্লমদ্রবদি হোৎনজমনগী মহৈ য়াল্লে লৌজগনি। য়াল্লম্বা থোক্লবদি পাবীরিবশিংনা তাকপীরক-পদা ওমখৈ লৈতনা হরাওজগনি। মথংগী খুংনমদা শেমদোকচগনি।

ৱারী-শৈরেং অসি নম্বা হৌগৎলবা মতুং খরা লৈরগা ঐগী মরুপ শ্রীঅয়েকপম চন্দ্রমনী সিংহগা থেংনখি। লাইরিক অসি উবদা হরাওবতা নত্তনা হেন্না মখা ইথররুবা পূক্লিং থৌগৎপীখি।

বনানগী মরীদা অমদি প্রুফ পাবদা মতেং পাংবীখি। শ্রীমোইরাংথেম নীলকমল সিংহ, উরিপোক্তা লৈবগা লোয়ননা লাই-রিক অসি মালেমসিদা মুমিৎ থা উহনবীখি। মথক্তা পঙ্গখিবা মরুপ মরী অসিদা শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

থিয়াম ইন্দ্রকুমার

## ৱা অময়ম

শ্রীখিয়াম ইন্দ্রকুমারসিংহনা ইবা 'চহৈরোং লেনবী' হায়বা শৈরেং-ৱারী ( কাব্য ) অসি পাজরে। ইরিবা মওং অসি কাব্যগী মওং চুম্না ইরে হায়না লৌজে। কাব্যগী পান্দম ওইরিবা চুম্নগী পাবা নত্রগা তাবদা মুংঙাইবা পীবতা নত্তনা তাইবং মীওইবদা পুন্সি লমজিং ওইবা পাউতাকসু কাব্য অসিনা পীরি। মীতৈ-লোনগী কাব্য অয়াম্বদা বাঙ্গালাগী পয়ার ছন্দগী শক্তমগা চাননা লৈবা অদু 'চহৈরোং-লেনবী দসু থেংনবিগনি। মীতৈ কবি হিজম অঙাংহন্নচিংবসু পেনা শকপা উজাশিংদগী তমহৌবা পয়ার ছন্দগী ( অক্ষর ) তাঙ্কক তরামরিনা পরেং অমা শাবগী শৈরেং-শৈদা অদু কাব্যগী পোথোক অসিদসু মপুং ওইনা উবিগনি। মরক্তা হেন্দোক-হেঞ্জিন থেংনরিবসিসু শেমদোকপা য়াবা ঙাক্তনি। চরণ কয়ানা পূল্লগা শেম্বা স্তবক নাইনা ইবা মতাং-মতাং ফজবা মওং থেংনবিগনি। ত্রিপদী অমসু চৌপদীগী ফজবা শৈরেংসু য়াওরি।

পাউতাকী মতাংদা অশৈবনা ইরি :—

তাইবং কুম্মৈ ফম্বাক্তা,
অপাম-মুংশি ৱাথোক্তা,
ইমু-নাইমু তারক্লি,
অচুম-অরান খায়দোক্লি।
তরেৎ শেঙ্গাও পায়বনা,
শমু পাঙ্গল কনবনা,
লাইর-চুদৎ কয়াবু,
পিতৎ-পাদৎ শিংহুবু,
মীচং কল্লি মতাগুম,
মতীক লৈ'নি মতৌগুম,
অরাক-অথুম্নবদা,
অচুম-ময়েক তাক্লিদা।

ঈপুঙ লোইবা অপকমানা শায়োন তৌনা ওইরকপা থাংজিং লাইনস্থ মোইরাং অমদি লুরাং লৈবাক্তা অরানবা শাজংনবা নিংথৌ শিংবু চৈরাক পীখি। অচুম্বনা মায়পাকই হায়বসি তাইবংদা লৈবা মীওইবশিংগী পাউতাক ওইনরক্লি অমসুং ওইন-খিগনি। চহৈরোং অপানবা অমসুং নুরা লেনবীগী নুংশি-পম্বুং য়েৌতুনা পুন্সি তোলোই পানবদা অপনবা পীরুবা লুরাং নিংথৌ ফাতেকপানা পামহৈবা ( পাম্বা—হৈবা ) শক্তম লৌরুবদগী নোংসাপা লাইনিং থৌনা শারোই-ঙারোই মাঙহনখিবগুম কাউরেল ঙারা পুংদোংবনা মখোয় পুম্নমক মাঙহনখি। চহৈরোং অপানবনা লুরাং-—ফম্বাল কাখি অমসুং নুরা লাংলেন লেনবীনা লৈমরেন ফমথোন ফংখি। অশৈবনা পাউতাক্কী ৱারোই অসুম্না পীরি ঃ—

"চীরোল মখোঙ পালহল্লা, মপু খঙদা শেঙ্গাবা,
খুন্নাই' নাপল তৌরম্বা, মথা থাদা চাউথোকপা,
নমথাক লৌনম তৌতুনা, মীরক তিনবা শারম্বা
নিংথৌ-মনাই অচানবা, ফম্নাই তুনাই' মকোকশিং
হকচাং' তোঙান তারম্লে, মপু' মতুং ইনথ্রে।"

মতৌ অসুম্না য়েংবদা ঐখোয়না তানরিবা মোইরাং শাইওন তরেৎ ( হাইন্নাম উজা মাঙ্গোলজাওগী মতুংইন্না মাপল ) গী ৱারীশিংদা য়াওরিবা পাউতাক পীনবা ওইবা নুংশি ৱারীশিং অতুগী থাক্তগী তাদনা মতীক লৈরবা অশৈবা অসিগী কাব্য 'চহৈরোং-লেনবী' নি।

তাং ৩০। ৪। ৯৩ ইং।

অয়েকপম চন্দ্রমনি
ভেম্না কৈথেল, ইম্ফাল।

অনীনা, লৈয়েন খুনবী লোক্তুদা মোইরাং কৌৰা লৈবাক্তা, পীগী খাথোঙ অহুদা তাইবং চাদা নৌদা, শন্দোকপগী রাখল্লোনবু মীপোক্লোন মীশেম্লোন উৎপনি। চবুং ( চপুং ) হায়বদি অঙাংনি, "পুং" হায়বদি পুনবনি, পা ওইবগী কোকসিদা; চাদা নৌদা শন্দোকপৈ পুন্না লীনা লৈরিবা, রাকোল ঈকোল পুংমক্লি।

মৈতৈ মুক্তা কাংজেম্মু তাইবং পুন্সিরোল তাকপনি অকোনবা লীচৈ মরুনা, পাগী অকনবা পাঙ্গলনি লাইনিংথৌ লাইরেম্বী শান্নরা, নুমিংকী মশক ওইরবা কাংক্রম মাবু থোরকই, থোরক্লিবা ঈয়েল অসিনা পীগী নৌবীফম অহুদা, তাইবং চাদা নৌদারকই। তাইবং পুন্সিরোল মউৎপা, মৈতৈ মশান্না কয়ানি। মৈতৈ শান্নরোই কয়ানা, মালেমগী শান্নবে লমসিদা অচৌবা ফিদা ফংলিবা, পুন্সিরোল কয়া লৈবননি।

পারী চহৈরোং অপানবা মহাক্তা চবুং খুন্দা লোইপোৎ থৌবদি নমু তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী লাইবু ওইবা য়েন অসিনা খাঙঙু থঙ্কী অপাম নুংশি ওইবা পুক্লীংনা ঈয়েন অসিগা য়েক্লনা লেপ্তুবা মতমগী খোঙথাংনা কনবনা অসুম অসুম লাপথোরক্লুনা হনু খুদোল য়াইকুবীরহুনা খমুং য়াইথোঙ কুমথিবগী পান্দম অহু লাক্লা মউংলি। লৈশেম্লোন, লৈঙাক্লোন, লৈতাক্লোন মরাহ-কপা পুয়া অহুম্বু চীকপু য়োনা নৈনবা মউংলি।

শ্রীহিজম ইবোবী সিংহ
পণ্ডিত অচৌবা

# ৱাঁহি প্ৰৱদং

তেংপানবা মপুদি, ঈ পুঙ লোইবা অপাকমা লাই মহাক্না থংনবা, অনীশুবা শাইওনবা চীংঙু থাংজিং লাইদি, লাইনিংথৌ অনীশুবনি। তেংপানবগী মপু ঈপুঙ লোইবা অপকমা মপু মহাক্কী শীবুক্তা, মালেম অতিয়া অনীমক পুক্নুং পান্দম লক্লিঙৈ, লিক্লা ৱাইফেল চন্দ্রিংঙ তলং মালং ঈম ওইনা, ওন্না ওন্না শাইওন্নম্মী। মপুগী নুংপুম ৱাখন্দৈ, লাইজা ঈরোম্মুংদগী মালেম লৈশাবু মফুক্কৎ, চিংখংলকপা মতমদা কৌব্রু থাংজিং লংমাচীং, অহুন্না চুকফালেল ওইত্না কোইলেল লাইগী মওং, লেপখিবগী মপু মাবু চীংঙু থাংজিং কৌনখি। চীংঙু ইবুঙো থাংজিং অপকমাদি মহাক্না, তাইবং লিলা শান্নগে পুক্নুং পান্দমলাকখ্রে। মপু মহাক্কী শাইওন্না কাওরেল লাবা শনবী, অনী ওইনা লঙোনখি। তাইবং পানবা শেংদা, পা-পী অনী মচংঙি অনী অসিগী তাইবংনি, মপু মানা উৎনবা কাওরেল লাবা শনবী, পাউরৌ ওইনা থম্বীরম্মী। "লুং" হায়বদি কোকপুনি, "ৱাং" হায়বদি অৱাংবনি লুৱাং লৈবাক হায়বদি, ৱাখল্লোন অৱাংববুনি লিরবা পুৱারী ঙমাংদৈ, লৈরম্বা ৱাঙ্লোন শাবদা পান্দম ওইনা লাক্লিবা, শন লাবা শনবী অনীনা তাইবং ৱাকোল ঈকোল পুংদা, লৈরিবা তাইবং কয়া মশীং লকওমদা শন্দোক্লবৈ, পৈনা লৈরিবা য়েনগী পান্দম লাক্লা থম্বনি। নমু তাইবং শেম্নবা ঈয়েল লৈনা লৈওইনা, খোয়দৌ থম্বাল থক্তুদা কেল্লক্লুনা; তারক্লবা খোয়দৌ থম্বাল অত্নদৈ তন্না অমুক লিথরক, পানা পীদা হৈ থাবা নৱা মীতম্লকপবু, মীলেল পাবোৎ লোনবা কৌই। পাদগী খায়থরক্লিবা, মীলেল কয়াদি অত্নুনা পীগী মীলেল অত্নগা পলেমগী নৌবীফমত্নদা পুন্না লৈতা লৈববু হৈরাং মরু পনবা মিলেল পাবোৎ লোনবা, হায়ন মক্তা মকৌই। থাপুং তরা নৌ পুৱা, অপোকথোঙদা পোক্লকপবু পোইলৈতোন খুম্হোকপা মকৌই। কাওরেল ঙারা পোংদোংবা শনবী লাংমুবী

## হিরম লামাই

# শৈশক শৈথারোল

হয়ি হয়া হে খোয়ুম লায়িংথৌ-ও সিদবা
উংলৌ য়ায়বীরেল সিদবা, য়ারা কোনখাংশাগী
নমু পোংথোং মথংলেম্না, তেন্তুম্নকপা থিরেম্না
উংলৈনুংদগী লাবা থিয়াং থোক্না লমহৌরকপা
খোয়ুম নরা নখোঞ্জেন্না, লাংবন খোইরেলগদি
খোন্দানবা, চেংলৌদি শকপাম্থোংবু ওইহনা
মালেম মপুং লাকহৌরকপা, মা কোনফুরেল শিদবা
মালেম লৈশিরক্কী লাইনিংথৌ কোইলৌ-হনবা
নোংমদোনগী অরাংবা নোংনিংথৌদি অথোইবা
লাংবন তৌম্না তৌরিক্লাইবু, ঈমু খয়োম্নবা
থবী শেঙ্গোইরেন অপানবদা, মা তোম্নৌ হনবা
থরাইমি পোকপা নমু পোংসেনবা লাইনিংথৌ
ইরাকমনা চরৈ ঙক্তা য়েৎ, ইয়া নাপি চীক্না
লরাই শমদোন কোয়, খুবাং চাংজৌ লোম্না
কোংয়াং রাশাং তাবগুম পুরুমজরি লায়িংথৌ !!

হে ইবথৌ থাংজিং ও কোইরেল লাই ও শিদবা,
লোক্তাক ঈশাই মাপলদা, য়োংকী খুরুম তোংলিবা
নুঙবীরেল শিদবা খোঙনেৎনবা, নুংনাং নাদা খুদানবা
থাংলেল য়াইদি ওইববু, নমঙানবা হে লায়িংথৌও
খোইয়ুম নংগী নশাইকোন, মরম্না লমলেন লুরাংগী

রারী শীংবুন অহকপা, মচা শেংনা শুজবা
অশোয়বা কয়া ঙাকপীয়ু অরানবা কয়া কনবীয়ু
ঙাংলৌ থম্বাল মানবদি, নখোঙ খাদা পুরুমজে

খোইমোম লৈমরেল শীলৈমা
য়োইবু য়োইমোম লাইরেমা
তাইবং থরাই মীপোকপী খোয়দৌ চুপ্পী পায়রিবী
লৈতোন্দা লৈবী ঈয়েকলৈমা পলেম ইমা ইবেম্মা
লৈয়ায়দা লৈবী লাইখুরেম্বী
লৈয়েংদা লৈবী লৈনাউতাবী
খোয়ুম নতীক অচৌবা খোইমোম নঙল অহকপা
কনানা শীংথা লোইগনি করম্না শৈশক ঙমগনি।
তরেৎ খোম্বাং শুদবা
নদাইরেম রাকমা শীলৈলোম্বা
রাকয়ৈ হিনাও শাবীয়ু নদাইরেম লৈয়েং' ফম্বীয়ু
তুনুং লংথোক তরেংগুম লেপ্পা নাইদা ঈফুৎকুম
নদাইরেন রাখল ঈফুৎপু
অহোইন' ঈনোৎ হাপ্পীয়ু।
খুবাং তরা লোঞ্জনা মুকমু লৈতোল কোঞ্জনা
পুরুম্না ইজরক্কেকো থৌজান লনকুবীয়ুকো ॥

মরম্না লমলেন লমম্নুংশি, লমলেন লুরাং লৈবাকসি
চীংগু থাংজিং কোইরেলাই, মতীক মঙন হকপা লাই

তাইবং কুম্মৈ শায়গে, মপুই থৌদীক তাক্লগে
পায়মা শীবুক্তা খনখরে, তাইবং কুম্মৈ শেমখরে।
কাওরেল ঙারা-পোংদোংবা, শনবী লাংন্থুবী অনী'মা
তাইবং কুম্মৈ য়াওররে, মপু মানা থারক্লে।
ঙাঙোই পরেং শেমখরে, লুরাং লৈবাক লৈররে।
লীক্লাং 'সিগী হাক্তক্তা, লুরাং লৈবাক অসিদা.
নমজা নমথেক্লদৌরি, অচৌ রাখোক থোক্তৌরি
শাবাও লামবাও লাকপদা, হুয়েন লালহৌ মতমদা
পাথৌ মানা পায়নবা, খুৎলায় মখোক ওইনবা

নানপ খোক্তি করাংখোক, মতোল লৈচেং হাইনখোক
মতোক লিশিং য়ৈনখোক, মবেল শিজা লৌনখোক
কবুই লোইশঙ ঙস্বখোক, মতীক ময়ায় লৈবখোক
নানপ রাগী চারদি, লাংহৈ কয়া মমাঙদৈ
'বুধৌ থাংজিংনা শেমগ্রে, খোয়ুম মানা থাখরে।

কাওরেল ঙারা পোংদোংবা, শনবী লাংন্থুবী লমজীংলা
অহিং মুংখিল নাইদনা, নারক শীংলক ফাওত্নুনা
লোইবী চীংলোন লান্দুনা তুখোং লৌখোং চোংত্নুনা
নীংথি' মালেম্বু য়েংনদি. অস্নুম অস্নুম লাকপদি
মরম্না লমলেন নক্লক্লে, লুরাং লৈবাক য়ৌরক্লে।
লমলেন লুরাং লৈবাক্কী, নোংচুপ হারম পাংবগী
লোইবী চীংশাং অমনা, লাইজ পম্বিং' ঈথৎকুম
লৈরি চীংশাং অসিদি, চবুং খুনচেপ মাপললি,
পোইরৈচানা কোলোইনৈ। নোংপোক হারম পাংবদৈ

তৌজা খোইমোম পাম্বীনা, শিনৌ লশিং ফৌগুম্না
নীংথিরিবা মফমগী, মৈরম হারম পাংবগী
পোইরৈ লমদম তাম্নদি, লোইবী চীংজা অমদি
লাইজা ঈশিং 'য়ায়দদি, তাউ'গুম লৈরি' অসিদি
চীংজাসিগী কোলোইবু, করাং চীংনি হায়নবু
পোইরৈচানা কৌইনা। হায়রি' চীংজা অসিদা—

থাংজিং লাইনা শেম্বা-রা
ইবুধৌ মানা থাবা-রা
লোইবী লোক্লুং নানপ-রা
চীংদোন খেৎপা নানপ-রা
চীংশা চীংদোন চিংবা-রা
মনোংয়ায়গী তাখোক-রা।
পাথৌ খুৎশু মতাখোক
নানপ মখোক করাংখোক
মতোল লৈচেুং চাইনা খোক
পোইরৈচানা কোলোই খোক
মতীক লৈবা তাখোক্লি
ময়ায় কনবা তাখোক্লি।

কাওরেল ঙারা পোংদোংবা
লোইন' লাংন্নুবী মহাক্না,

লুরাং লৈবাক য়ৌরক্লা
পীবুক অনী তিন্নরা

চেক্লাগুমদ্দি চীল্লোক্না
পোম্বীগুমদি চীদ্দিম্না,
নুংশি খোইদিন লৈজখি
তাইবং কুম্মে ঙাইনখি।'
তাইবং কুম্মে' ফম্বাক্তা,
অপাম নুংশি ব্রাখোক্তা
ঈমু নাইমু তারক্লি
অচুম অরান খায়দোক্লি।
তরেং শেঙ্গাও পায়বনা
শমু পাঙ্গল কনবনা
লাইরা চুদং কয়াবু
পিতং পাতংশিংহুবু
মীচঙ কল্লি মতাগুম
মতীক লৈ'নি মতৌগুম
অরাক অথুম্নবদা
অচুম্বা ময়েক তাক্লিদা

মতম খোঙলৈ তুংইন্না, তাইবং কুম্মে লাকপনা
কাওরেল ঙারা পোংদোং'দি, চীংঙু থাংজিং লাইগীদি
তাইবং কুম্মে য়াওহৌরে, নুব্রাং লৈবাক লৈহৌরে।
কাওরেল মাগী লোইনবী, 'শানৌ শনবী লাংমুবী
'শাবী মাগা কায়নরে, চীংয়া তময়া তমখরে,
পোইরৈ 'তাম্বা য়ৌখরে, শনবী চাক্তা' লৈখরে।

পামু ন্নুংশি শেৎননা
শনবী নাইতোম মথন্তুনা
খারম পাংনা খোঙদোইখিবা
তুংহন্নামক্তা য়েংলকপা
কাওরেল' মিৎলুদা ঈহৌরকখি ॥
শনবীস্তু খোংকাপ তোয়জখি,
মিৎয়েং কারল লানখিবত্তু
কাওরেঙারা-পোংদোংবত্তু
মশেন মরাং খজিক উহৌরি।
চিংনা চিংনমক্তা য়েংহৌরি।

( শৈশক শৈথারোল তাঙ্কক লোইরে। )

# পাথৌ অনীগী শরী

লুরাং নিংথৌ ফাতেকপা শোয়নাইবদি ইনিংথৌ
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা খাম্বী মৈত্রেং অরাবা
মপু' চানবা মনাই'নী য়েংকা ওইগা থৌগলতৌ
নিংথৌ মাদি পাল্লিদো হাইনা হুম্না লুরাংদা
মনাই অনীদি অচানবা পাঙ্গল থৌনা ফবনি
শাদা লান্দা থৌবনি পুকচেল শেংবমক্তনি
লৈবাক নিংথৌ থৌদাদি পুক্নীং চঙবা ফম্নাইব'নি ।
মমা লৈবাক কনবদা য়াইবী থরাই পাম্মুদে
পাথৌ 'নীগী মপান্না লুরাং ইনিংথৌ ফাতেকপা
লৈবাক মরা তপ্পবু ৱায়েন থৌদা ঙম্বনি ।
ফম্নাই' পাথৌ অনীস্থু ইনিংথৌ স্না নাক্তুদা
থৌগল পুন্না ফংমিন্নবৈ লনা চান্না তিন্নজৈ ।
কোরৌ শীংবুম নোংমত্তা উনদা মতাং থোকপদা
থরাইদৈ হেনা লুনদি থমবা পোৎশক মাঙগুমই ।
নিংথৌ মাস্থু ফাতেকপা পাথৌ অনী তান্নদা .
লৈবাক্কী অরুবা থৌ 'মত্তা মদোম নাইতোম পাংথোক্কে
পাথৌ ফম্নাই অনীগী কোন্নুং অকা অকুমদা
লাঙ্গোই শামু তোঙ্গেস্থু য়াঙ্গোই শগোল তোঙ্গেস্থু
দোলাই ফৈনা তোঙ্গেস্থু ফম্নাই 'নীগী মনীংনি ।

থাবা ঙানবা চন্নুদি
পোলাং লেত্রেং ঈশিংচাইবা
থাবা ঙানবা চন্নুদি
থাম্বী মৈত্রেং অরাবা
তম্বা পাখৌ অনীনা
চিন্না চান্না তিন্নগুম
ইতা ইতা মিঙ্গৌনা
'ঙৈম্বে তালোই অনীমক
লুরাং ফজবী শিংগী
চাউদম শাংদম মফজে
লাংহৈ কুমজা য়েংলম্বু
'ঙম্বা ফম্নাই' অনীনা
মোংবা য়ুমগা তম্ন'দি
চীঙ নোংদম মহাক্না
নিংথৌ ফম্নাই' অনীসি
মমোম 'মত্তা ফুয়নদে।
চরৈ য়াওদা তাবুগুম
নিংথৌ ফম্নাই' অনীগী
লৈবাক নিংথৌ রানদি
করি নোংজাদা অমম্বু
শীংবুম্না' লম্বী তেন্নজে

ঙান্নুরোল চীংয়ায় ঙানবী,
ফম্নাই মাগী তালোইনি
ঙান্নুরোল হোংবী নেম্বী
অঙম্বা মাগী তালোইনি।
ইতাও ইতাও মিঙ্গৌনা
থাম্বা নিঙোল অনীম্বু
চিন্না চান্না তিন্নজে।
শক্তা-চুদা তিংদা 'দা
'শীংদা চনবী মক্তনি
ঙংয়ান শমলাং নিংছুরৈ
হৌমিন কামিনা লেঙ্গানি।
থরাই তাজা তালোম্নগা
হীক্লা হাইনা মপান্নে।
ঙায়োন্ননা তমথ্রবোই
পারী 'মত্তা শাংনদে
পাখৌ 'নীগী শীবুক্তি
তয়াং তশোই নজেদো
কোন্নুং অকা অকুমদা
লাম্বেল তেন্না রান্নীনি,
পারী মমোম ফুয়দগী
অরা-মুঙাইত ফোংদোক্নে

নোংমা কোরৌ নোংজা নিংথৌ স্না কোন্নুংদা
নিংথৌ-ফম্নাই' ময়ামগা লৈবাক রাফম থন্নখি।

পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা পাথৌ ফন্নাই' মহাক্না
লৈবাক খুল্লা অপূম্বে শেলগী থুমগী য়ুম্নেগী
শেংপা চাবে মরীদা, করম' মনীং থুংহন্নি
ম্না মাঙদা হঙ্গংচা, ফন্নাই ময়াম খন্নখি।
অচুগী তুং থোকপদা, খাম্বী মৈত্রেং অরাবা
লোইবী চীংদা পানবদি চীংমী থুনয়াম অসিগী
লোইপোৎ করম থৌগৎপা, য়ুমলোম্ন'-লৈবাক নিংথৌগা
নিঙাই শাংদানরক থোক, য়েক্না করম ঙাকথোকপা
লৈবাক করম লোইচনবা, পোক্লফমদি লুরাংবু
"ঈংনা মন্না তপ্পদা, করম্না পানবা ঙমগবা
লুরাং 'ঙম্বা ময়ামগা, নিংথৌ মাগা খন্নখি।
নিংথৌ ফম্নাই পূম্বনা, মাগী মাগী পুক্লিংগী
অপাম থৌরম থৌওংশিং খন্না নৈনরা মতুংদা
লুরাং নিংথৌ মহাক্না, লৈবাক লনথুম চাওখৎনা
হান্নে চৎনা লোনচৎপু, চৎনা লীক্লম কায়হন্দা
অচুম-অরান য়েংহুনা, লৈবাক রায়েন থৌদাবে
লম্বী করা পুথোক্লা ফন্নাই' ময়াম খন্নখি!
তাউদনবদি মহাক্না, নোংচুপ চীংদোল পকপদা
ফন্নাই' মীতিন কায়নরে, লুরাং লৈবাক ইনিংথৌ
সঙ্গাইন্নুংদা লেঙশিনখি, অঙম অথৌ মথৈস্তু
মোংবা মরান তম্নবু' য়াংদৌ খোঙদোই হুনখরে।
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা, খাম্বী মৈত্রেং অরাবা
চান্ন' পাথৌ অনীস্থু, মোংবা মরান তম্নক্লে।
চান্ন' মরুপ অনীনা, কোন্নুংদগী কুম্নকপা

য়াঙ্গোই শগোল তোংলকই য়াঙ্গোই শগোল থম্ব্রাং থৌ
মোংবা মরান তম্লকপা, পোলাং মৈত্রেং ঈশিং চাইবা
লম্বী রাদি ওইনবু—'ইতাও' 'বুংঙো ঙসিগী
'নিংথৌ থৌদীক হেনমল্লি, 'নিংথৌ পুক্কৈ লনগৈবু
চাউনবনি হায়নবু, লোন্না লৈবাক লানতাবা
পুক্কৈ লনগৈ মুল্লকপা, ফম্নাই-থরাই য়োনবনি।
হেনমন্না করাম কমজাওনি, য়েক্ল-মশীং হেনগৎনি
মরুপ 'পিজা ওইনদি, চান্না চিন্না লৈবা ফৈ।"

ইতাও! হৌজিক মতমদা, লৈবাক্কী ফিবম অসিস্থ
নোংমা নোংমৈ ফৎলক্ত্রি, ইনিংথৌ স্না নাক্তবূ
থৌগল ফংবা ফম্নাই শিং, লোঞ্জা লোনথুপ'মক্তনি।
নিংথৌ ফম্নাই মওইরে, রায়েন থৌদা ময়াওরে
লৈখোম লৈনাং তৈদরে, অতেম পাৎপু চারে থন্
চাওথোক লমচৎ-শাজৎনা, মখোয়' লৈতেং ওইনরি।
লৌউ শিংজন-শিম্থানা, হিংনা লম্বী খিজবা
থুঞ্জাই হুমাং মমলবু, নমথাক লৌনম তৌহুনা
লন্নাই মরল পৈশিন্নৈ, তাল্লোই মহুম চাউনরি।

লৈবাক্কী মায় ওইদৌবা, অফ মুঙাই ওইদৌবা
চারোন শুরোল পুন্সিদা, কান্নদৌ পোৎশক কয়াদি
হীয়াই মুংয়াই পূম্ববু খিগৎ খোমগৎ' শিন্নরা
মশক 'মত্তা উহন্দে, মহৈ মহৈ থুপ্পরি।

পূকচেল পীকপা খরগী, নপচ-হায়জ-চৎচ-রা
লৌনম খুদোল পাম্বনা, অচান-মীরায় নাইখরে।
মরমচৎকী মতীক ওক, রারক চৈথেং পীরদতা,
লৈবাক অফ ওইগনি, নিংথৌ রায়েল থৌদাদা
'মকপা লৈতা ফগনি, লুরাং লৈবাক অসিমু
কোরৌ নোংমা নোংমগী' খুনজাও লৈচাও হেনগনি।

চুম্মী ইতাও ইবুংঙো, নাপল মথোই কারবা
খুন্নাই মনাইনি খন্দবা, মীশকশিংসি উবদা
ইমিৎ অসি নারেদো, অপংশিংনা খল্লিসি
মীনা উরোই খঙনরোই, তাররোই সিনি ইতাও
মথোয়' পূক্লিং মমিদি, মমায়দ' ঙম্না তারিদো
অরোল অথুপ অপূম্বা, লমচৎ-শাজৎ থৌওংনা
অতাক অফোং খঙদরি। অপং-ফম্নাইশিং সিনা
অহক রারক রাতেম্না, মমিৎ মনা শিংহনসি।

অরানববু চুমথোকপা, ফত্তববু ফহনবা
অরায়' থবক নত্তেদো, খুৎনা পায়না নান্দুনা,
মেৎনা, ঈৎনা, শেমদি, নমু পোংদা য়ারোইদো
মওং তাবা ঙমলোইদো। ইশাদা পান্দৌ খুৎলাইবু
খুদক্তা ঙাকহৌদ্রবদা, পাল্লগা ফবা ওইরোইদো।
লৈবাকী রায়েল থৌদাদা, ঐথোয়' য়াওবা ফংজবা

তুংগী ইচা-ইশুগী, য়ুম্ফম অমা থোনবনি !
য়ুম্ফমসিনা ফত্রদা, 'থক্তা শাবা য়ুমহুদি
ঈশিং ঈনৌ লাকপদা; মালং চৈথেং ফংবদা
তরং মালং য়ুমগুম্না, ইরায় লায়না কায়খিনি ।
মতু পানবা শাশিংসি, ৱারক চৈথেং পীদ্রবা
ইচা ইশু' তুং-লম্বী লৈখোম থীনা থোকখ্রনি
লোন্ন' লৈবাক কয়াগী, নিংথৌ মচা কয়া 'মা
লৈবাক ৱায়েন খঙনবা, লৈঙাক কাঙলোন তম্নবা
লুৱাং লৈবাক থারক্লি । মখোয় করিগুম' খঙথ্রবা
লুৱাং লৈবাক্কী মহামনি । ইচা ইশু হাক্তক্তা
শামান লেংমানশিংতুগা, চাওখৎ লমজেন তান্ন'দা
মীমান্নবা ৱাহৌনি, থুনা হাবেং থোক্লসি ।

হায়জা চৎচা হৈতবা, চিরোল মায়খুম উপ্তবা
শেংনা চৎপা ফম্নাইবা, লুৱাং য়াংদৌ খারিথক
'য়ায়দা চৎপা ঙমনদে, মতাই' থৈনা চৎনরি ।
লৈবাক নিংথৌ থৌদাবু চুমনা পাংজা' ফম্নাই'দি
ইমুং' মুপী অঙাংমক, মবুক থন্না পীজবা
ফিজোল হোংবা ঙম্নদ্রি । লুৱাং চম্ন-খুঞ্জাশিং
খাড়ী শনগী মতৌগুম, হোইনীং 'মায়কৈ তমনা হোই
শেরান্না লম্বী চিংবীরি ! লায়রা 'নংগী খোম্হোক্লা
তেংথা নাওই খোঞ্জেলনা, তাবীনা কনা ৱাওদনা
অহাংবা মালং' তিনখ্রি । ফত্ত মীওইশিংসিবু

ইতাও ঐখোয়'নী চঙহনা, খাদী মৈরক্না হঙ্গিনবা
উচি কল্লক -য়ুম-নৈ-থা, মৈরিক্তৈ মৈজাও ওনখিনি ।

নিংথৌ শেন্না মতেনা, ইন্নিংথৌ য়ানীংদা লৈরোইনা
চম্না-লুরাং খুনাইগা, অভম্বা কন্নাই'শিংসিগা
পূকচেল খোয়জেল তিম্মনা, খুজেং পালোয় চত্রবা
নোংমা লুরাং-লৈবাকসে, মহাম তাবা শোয়দেদো ।

লাই ওইখ্র' ইনিংথৌ কয়ানা, অহল্লমন মায়চৌনা
শেখী শাখীরম্বগী, লুরাং মমিং লৈবনি ।
ঐখোয়না হৌজিক শেন্নম্বা, চারোন-ওরোন মতমদা
মখোয় মকায় ওইহৌনি, চিরোন তৌবা তম্বশিং
শংনা মুন্না মন্না, হাবেং য়ারে অহৃদা—

নোংমদোন তন্না শিংপা তিন, মায়দা হঙ্গিন তাবগুম
খুবান অনী চঙহনা, চানিংঙি হকপা য়াদগুম
ইতাও ঐখোয় অনীনা, অমমম হাবেং হৌরকপা
কল্লক চাওবা নীওইনি, মীহৌ চাওবা তাইবংনি
লুরাং লৈবাক্কী অচেংবা, ঙাইবা কাংবু লৈরম্না
য়ুমম্মোমবা লৈবাক্না, করিগুম' অতুক লুমম'থোক
লুরাং লৈবাকমক্তদা, নিংথৌ শেম্নিং' য়াওরমথোক
মরী মখোঙ থিহৌদ্রা, তাল্লম্বশিংগী মমাঙদা
ককয়োং য়োংয়াম মমাঙদা, চয়োম থোক্নুম তাগত্রা
ইনিংথৌ মাগী মপীবুক, থম্মোইস্থ খঙপীক পীকখিদ্রা ?

চাম্রা মকুপ অনীনা
লৈবাক নিংথৌ বারীনা
লম্বেল তেমা বারাদো
খম্লাসৈনেনা লাকইদো ।

কহাক তুমিন মচৎনৈ
বাখল ঈপাক মতাংনৈ
লৈত্রেং ঈশিং চাইকা
মপাউ অসুম মহায়দা

"ঐখোয়না শাবা বারীসি
খম্না নৈনা বাফমসি
লম্নাই রাফম নাংদো
লৈবাক নিংথৌ রানিদো ।

ইতাও ঐখোয়নী মরী সি
কায়নথংকাউ লৈহনসি
ইবুধৌ থাংজিং খেঙ্গাম্না
ইতাও ঐখোয় অনীনা

পাম্রী ইমোম শাংলবা
অহুক মতম খোকপদা
নচা ইচা পীনসি
মোংবা য়ুমগা তহনসি,

ইতাওনা থনবা খিবিকসু
পুক্সিং কিশি খোকপীয়ু ।'
মরুপকী য়াম্বা মতাবা
খাম্বী মৈত্রেং অরাবা

খুংপায় চংখ্রি চিংখংলি
য়াঙ্গোই শগোল মখাম্মী
শায়াং থক্তে চোংথনা
মরুপ' নাক্তা চড়ইনা
"ইতাও ইবুঙো হুংশিবা
মরুপ্পোই নড়বু চাম্বা
য়াঙ্গোই শগোল খাম্বীখো
নৈদা লেংথরৈরকখো।"
মরুপকী য়াবা হাবদা
নৈদা তম্না চোংথৈদা
চাম্বা মরুপ অনীদো
ভুকশন নুম্মাং কোইম্মদো
থাগা থাগা থেংনৈজে
খজাই লেম্মৌ চুপ্নৈজে
খাম্বী নৈত্রে পাখোদো
মপুক্কিং কিশি থোকচদো!—
"ইতাও ঐখোয় অনাসি
পাযমা পুক্কিং তিম্নসি
ঐসু ইতাওগী মক্নদা
হৌদোক্কে থনবা হানিদা।
ইতাও ঐখোয় অনীদো
পাবী ইমোম শাঙ্কদো
হুয়েনরকপা নংমদকো
মো বা লুমগা তমহনসিকে।"

অসি বাদি হায়নরা
খুৎশু থাংলেন শৎনরা
থাংগী ময়া মচীক্লা
চীংঙৎ থাংজিংনা চৎক্লম্লা
চান্নবা মরূপ অনীনা
পৎক্লিং তুজুং হয়াওনা
থম্মোই থম্মোই তিন্নজে
রাশক পখৈ লোয়্নজে ।

ঙসি কোইরৌ নোংজা অসিদা
ইনিংথৌ কল্লাইবা অনীনা
রাশক পরে পন্দোম লোয়্নবা
মতমগী চৈশীং শুরক্লবোই
পাথৌ অনীগী রাশক নীপূন্দা
চীংঙৎ থাংজিং মানা চেৎলবা
কিশি অমগা অমুক কিখ্রে ।

( পাথৌ অনীগী শরী তাঙ্কক লোইরে )

— — —

৬

# কাওরেল খোরকপা

কাওরেল ঙারা পোংদোংবা
তাইবং কুম্মে য়াওনবা
নুরাং লৈবাক্তা কোংলরে
কাওরেল কোংনা খোরকলে।

নোংমা কোরৌ নোংজাদি
কাওরেল ঙারা পোংদোংদি
নুরাং খুনয়ায় মকুদা
তুবং নাতৈ শম্মদা ;

খাম্বী মৈত্রেং অরাবৈ
মোংবা মরান তম্নদৈ
য়াংদৌ খোংদোই হুল্লক্লে
কাওরেল খোঙকাপ তোয়রক্লে।

কাওরেল লাবা মহাক্না
নুরাং শোরোক য়াংবীদা
ঈপোম নাইনা লাকপসি
অউবা মীপুম খুদিংসি ;

থরক মিহুল কাংনখি
অকি ছুজুং য়েংনখি
মরায়বক ফবা কনাগী
লায়বক লৈবা তম্বগী ;

কাওরেল শনবু ওইগবা
লৈনাক মীয়ামা শোম্নৈদা।
নোয়নোয় লাউনা মরুংজৈ
চাউদম শাংদম মফজৈ
নুরাং লৈবাক পুম্বনা
থাগৎ লিদা শক্না শোমা।

কাঙরেল থুংলা মতমসি সঙ্গাই নুংদা চঙলকসি
কোরৌনা কোক্তোন তম্লক্লে
কোরৌ মৈশা হেল্লক্লে।

অচৌবা লাইজা ঈপাক্তা অথাপ্লা লৌবুক লম্ফাংদা
চাক্তাজবা উচেকশিং
শজিক বায়বা যুমশাশিং

মৈশা খাঙবা শুম্বা ঈখৌলাংবা কোক্লবা
ঈরোম্দা লুপ্লা খাঙনরি
লাইজা থিনা চংনরি।

অপুংবা ইপাল বাপালশিং অশংবা উনা রানাশিং
পথা পথা খাঙনরি
লেকথা লেকথা লৈনরি।

হৌরিবা ইপাল বাপালশিং লম্ফাংগী নাপী শিংবীশিং
চপ চপ লেপ্লা লৈখরে।
মকোক হাইনা লেপখরে

কোরৌগী মৈশা অকনবা মালেমদা য়াক্লা মরৈবা
মৈশানা অমুক হন্দোক্লক
মালংস্থ অহুম শাগৎলক

নুংশিৎনা লোইরোই শিৎপদা মৈশা মক্তা হুম্বদা
লম্বী চৎপা মীওইশিং
খ্রেম্পাক তুপ্লা খাঙবশিং

পামেল ইকম থিনরি লাইজা লৈকম য়েংনরি।

কাঙরেল ঙারা-পোংদোংবা, খাম্বী মৈত্রেং অরাবৈ
খরাই খোঙ্গাল য়োরক্লে, খোঙ্গাল হুংদা চঙলক্লে,
চাইগোইহুংদা মরেপ্পী, সঙ্গাইনুংদা ময়েংই।
খাম্বী মৈত্রেং অরাবা, অমুকী য়েঙ্গা অঙনবা
চাইগোই লৈতুম কাংলুদৈ, থবক ইনখাং নোমদৈ
কোরৌ মৈশা কনবগা, মধুর শঙ্গাই মাঙোন্দা
খুদোং চেপকান ফাল্লম্মী, পোখা ওইনা লৈরম্মী।

ইনিংথৌ কম্মাই মহাক্না, ফমেল ফক্তা কনহনা
কাঙরেল ঙারা-পোংদোংবা, খোঙ্গাল লাম্না চঙলকপা
মমিং কুপতা য়েংজখি, কাঙরেল মাবু-ঙকচখি
কম্মাই পূক্রিং ছুক্লুংখি, নুংশিবা অমা কাওরকখি
অকি-মুঙাই য়ামখি, মিংকম হোংদা য়েংজখি।
ময়ুম শঙ্গাই হুংদৈদি, তালোই হোংবী লেম্বীদি
তম্মা মক্তা কৌথোকখি, অঙম্বা মাগা য়েংনখি।

অঙক অপেন য়াম্নদা, য়েংজরিবী তালোইদা
ইশানৌ ইবেম্মা নহাকপু, ঙসি কোরৌনোংদবু
নঙগী ঐগী শাইগোন্দ, মোংবা ইরামংসিদা
চঙলক্লিবা কাঙরেলসি, য়েংবৈ পেনবা নাইদ'সি,
মকম কৈদা উগ্রত্রা, লমদম কৈদা থেংনত্রা?
খোয়ুম লাইবক অফবা, তম্বা কনাই ওইগবা?
হোংবি নেম্বী তালোইদো, মবুঙোদা খুমজেদো
ইশাবী ও ফম্মাইবা, ননাই নুবৈ পূম্নিদা

কাওরেল মাবু উখিদ্রি । কাওরেল মাবু উবদি
উনবী পুক্লিং মওল্লি, পায়মা থম্মোই সুংওল্লি ।
কাওরেল মাবু ইরাচ্চগে, পম্বৌ শক্লা কোঞ্জগে
কাওরেল মাবু ফাবীয়ু, শঙ্গাম্নংদা শুনবীয় ।

মশানৌ য়াব্রা তাবদা,
চুম্বী ইশানৌ ইবেম্মা,
থবাল লাম্নংদা নোংসিদা,
লেঙশিল্লকপা কাওরেম্বো,
য়েংলা য়েংলা য়েংনীংবা,
পুক্লিং সুম সুম চিংশিনবা,
পম্বৌ মানবা কাওরেম্বো,
চীঙ্ক করবৈ শাইওম্নো,
ইশানৌ ঙসি খঙদোক্কে,
খৈনা য়াংকেক মক্তদি,
কুমগী অনৌ অপেনগা।
থুনা য়াংনা পুরকউ,
মপুরোইবৈ য়াব্রা মইঙ্গৈ,

ফম্লাইবা মানা ওকইদা—
ঙসি থবী অচঙবা
য়াইফা পুংফম্লেনসিদা
অচম্বা কাওরেল ওইরোইবো
য়েংবৈ পেনবা নাইদবা।
থম্মোই সুম সুম ফাজিনবা
পোকপৈ মুক্তা উদ্রিদো ।
খোয়ুম কনাগী থৌশিম্নো
খোয়ুম করম্বা য়েংথেক্কে
অরৈবা কৌচেং হাপ্দি
ইংখোল ইনশাং নাপীগা
ইশানৌ খোঙলৈ ধুরকউ ।
তালোই মানা মশিঙ্গে ।

থাংজিং লাইনা থৌথাবা,
খরা খরা চঙলক্কে,
অঙম্বা মাগী তালোইহু,
য়াংকোক হুংদা হাপচরে,

কাওরেল ভারা পোংদোংবা
হুমাঙ 'থৌবুং য়ৌরক্কে ।
কৌচেং মনা মশিংহু
অঙম্বা নাক্তা পুরক্কে ।

ফম্নাই পাথৌ মহাক্না, খৈনা য়াংকোক পুথোক্না
কাওরেল মাঙদা থেঞ্জরে, কিনা লুনা হায়জরে
য়াইফা পুংফম অসিদা, খোঙদোইরকপা কাওরেলও
অচম্বা কাওরেল ওইরদি, মপু পানম্বা থোক্নদি
খৈনা য়াংকোক থক্তদি, থেঞ্জরিবা ফৌ চেংদি
হুম্না মক্তা য়েংবীনু, য়াতোন মক্তা তংবীয়ু ।
চীংঙ্‌ শাইওন ওইরগা, ননাইবু লাঙ্গোন লাক্লগা
ননাইনা তমজা খরসি, থুখেংনা মক্তা লৌবিসি ।
খৈনা য়াংকোক অহৃদি, মালেম থক্তা থমগদি
কাওরেল ঙারা পোংদোং’ছু, ফৌ-চেং অশং-অমান্দু
মবুক ঈংনা হরাওনা, ঙম্না মক্তা চাখিদা ।

কাওরেল মতৌ উম্বদা, তৌরিবা মতৌ অহৃদা
নিংথৌ ফম্নাই মহাক্তি, মনাই হোংবা নেম্বিদি
খোয়ুম লাঙোন খংলেদো, থম্মোই হৗক্না বারেদো ।
চাংমুং লাইজা ঈফুখোক, থিঙেল লাইজা ঈনমখায়
মিৎলু নাপোম অনীদা, পিরাং তক্তা তানদা
কাওরেল মাগী মমাঙ, থুকউ মরী নৈদা তা
লুরেল তোংদম মক্কচা, তাংজা নৈদা মথমজা
কাওরেল মতীক হকপও, খোয়ুম লাঙোন পম্থৌও
খোয়ুম নঙবু লাৎচগে পম্থৌ শক্না কোঞ্জগে
য়াইবী ঈশৌ লাংবীয়ু, থাম্বী মৈশা কাংবীয়ু
উলেন উনগুম ঈংবীয়ু, খোংফম লেঙদা লৈবীয়ু ।

হযাও মথৌই কাবা, যাইবী মরাং কাইবা
পম্বৌ নঙনা তম্নীয়, খোয়ুম নঙনা লনকুবীয়ু।
অসুম্না লৈশি লৈথোক্লে, কাওরেল মাবু পূকমজে।

কাওরেল মানা পম্বৌগুম
মপারী মমোম ওকপগুম
মকোক শুৎ শুৎ নপীখি
মরৈনা শৎ শৎ লেকপীখি।
খাম্নী মৈত্রেং অরাবা
কব্রং লংজা তরেংনা
লংলেন শুনা তাববা
লৌরি কোঙ্গোই যাইওইবা
কাওরেল ঙক্না লুকচখি
পম্বৌ শক্না লাৎচখি।
খোয়ুম লাংওন কাওরেলনি
চীংঙুনা থাবা থৌদাং
তাইবং কুম্মৈ যাওরেদে।
মতীক অচৌবা উংলেদো
কাওরেল মানা লৈতানা
লমলেন লুরাংদা লৈবনা।
লৈবাক ওাহোং চাকহোংলে
মুঙাই যাইফা হেন্নংলে
অযাং অপা লৈতরে
যাইবী মরাং কায়নরে

পম্থৌ শক্না লাৎচবা
খাম্বী মৈত্রেং অরাবা

মোংবা মরাল য়াইফরে
য়াইবী মরাং কায়জরে ।

পূকৈ, শঙ্গোন, লনগৈ
লৌকোন নাইকোল শীঙ্গৈ

ফুগায়না মঙাল ফাওখরে ।
মরাঙ কায়না পৈখরে ।

নিংথৌ মনাই ফম্মাইবা,
স্না কোন্নুং কাবস্থ,
কাওরেল মাবু পূরুমজৈ,
ঙাম্বরোল হোংবী নেম্বীস্থ,
মপুরোই থৌদিক মইঙ্গা,
কাওরেল মাবু পূরুমজৈ,

ইনিংথৌ মনাই অচানবা
পোইরৈ অতাম" চৎপস্থ
য়াইফা থৌজাল মনিজৈ ।
মপুরোই' নাংবী নুঢ়াস্থ
অপোকপা পম্থৌনি মখঙ্গা
ইরাৎ পুরুম থৌনিজৈ ।

মতমগী খোঙলৈ কল্লিদা
মপুগী থৌদা শোয়দেদা ।
কাওরেল মানা লৈরকঙৈ
অহকপা ছী য়ায় চঙলকঙৈ
ঙাম্বরোল হোংবী নেম্বীদি
ফম্মাই তালোই চঙখোল'দি
হকচাং মপান শাগ্রবোই

খোইজি মিছল তমথ্রবোই
কুমজা লৈনা ওনবদা
লাংহৈ কৃইনৈ মতুংদা
ফম্লাইবৈ খুদোল তমজরে
মপারী অমা ফুয়জরে ।

খাম্বী মৈত্রেং অরাবা,
মপারী অমা ফুয়জবা,
লৈবাক নিংথৌ য়াওনদা,
হরাও কুম্মৈ পাংথোকখি,
মশানৌ কাদা থাখিবা,
অপানবা পাল্লে মখঞ্জা,
তাওনা ফংজা পারীবু,

ইনিংথৌ মনাই অচানবা
থম্মোই মণি ফংজবা
চীন্দোং খমদোং পুম্নদা
হুংঙাইবা কয়া ফোংদোকখি ।
তাওজিং হৈরাং চঙখোনবা
মতৌক হকশনি মরৌজা
পাথৌ ফিজি মণিবু

কোলোই মিংলেন অথোইবা, থোনখি চহৈরোং অঁপানবা ;
শকপু য়েংঙি রাম্ভেদো, ফুচু য়েংঙি পাল্লিদো
অহকপা মতৌক মরৈবা, নবা শকোয় শকহেনবা
পলেম মমানা উজবৈ, ফৈরা শক্রা পমজবৈ
খোয়জি খাদা মিছলনা, অহকপা পোৎলুম পূজনা
থাবুম তরা চুপ্নবু, শাওন ঙাওন খাঙববু
রাখিদগুম মথঙ্গৈ, শাওন ঙাওন কাউথোকচৈ ।
পারী পোকপী পলেমগী, ইনিংথৌ ফম্লাই পম্বৌগী
অয়ুকীনা মুমিংনি, মুমিদাংগীনা থাজনি
পা'রী নবা চাউদদি, চেৎনা চান্না য়োকখিদ্দা ।

মপারী মোমোন মীনোয়া, মখোঙ মখুৎ কাওবনা
পলেম মীনোক তম্ফম্নি, থম্মোই হয়াও হৌফম্নি
মপারী কপ্পা খোঙেম্না, নরাই কপ্পা মায়খোঙনা
পলেম মমাগী তশোম্নি, থম্মোই অরা চৈথেংনি ।
পারীনা হয়াও তয়াম্না, লৈরিবা অতুক মখৈনা
পলেম পোকপীনা পেঞ্জেদো, হয়াও মীনোক তমজেদো ।
খাম্বী মৈত্রেং অরাবা, অপোকপা পম্বৌ ফম্নাইবা
মপারী চেংলৌ মায়খোঙনা, হয়াও মোমোন তম্বনা
অরা পোঁথা ওইনরি, লৈঙাক পোৎলুম য়াংজরি ।
অঙাং নরা পীশক্লি, মপারী চাউদা মহাক্লি
পুন্সি খোঙচৎ খোঙহৌকম, পুন্সি শিন্থা তমকম
পলেম তম্পাক মথক্তা, পলেম কৈরা তাজিন্দা
মখোঙ মখুৎ কাওজনা, হয়াও মীনোক তমজনা
নোক্লা খেলা শান্নবা, মপারী মাবু উজবা
লৈবাক নিংথৌ খৌদাংদি, অহকপা খোঙগায় পুবদি
নিংশা শদৌ খোংনদা, রানা হল্লক মতাংদা
কাক্না মুংশিৎ নামিগুম, ঈংলা মেল্লা থাবলগুম
অরা পোথানজেদা, মীঙাইদা নীংথি য়াতাইদা ।

মতমগী খোঙলৈ ইনথ্রে
নিংথম অনী হৌখ্রে ।
চীঙন লাইগী নোংদমদৈ
পেলাং লৈত্রং ঈশিং চাইবৈ
মশানৌ কাদা থাম্বিবা
তাউজিং হৈরাং মমুনফা
ঙাম্নরোল চীংয়াই ঙানবিদো
মবুঙোই খুদোন তম্নেদো ।
লাংহৈ কুয়া মতুংদা
মমোম অমা ফুয়রেদা ।

পোলাং লৈত্রং ঈশিং চাইবা, ভাম্ববোল হোংবী নেম্বীনা
মমোম অমা ফংজবা, খান্বী মৈত্রেং অরাবা
মপান্বী অমা ফংজবা, লৈবাক নিংখৌ রাওনদা
লৈবাক স্বপ্না হুব ওগুব, লৈবাক পুংজাও শিনবগুম
হবাও মথৈ খেফ দোকখি, হবাও তথাম লৈজখি।
অপোকপা পলেম পম্বৌদি, তাঙনা ফংজবী মমোমদ
মুংথিল শকয়েং শিংশেল ওই, মুমিদাংগীনা থাউমৈ ওই
মুংশিনা চান্না খাগোঞ্জ, লুনা চেংন মযোকচৈ।
পম্বৌ মাগী চাইগান্নুং, ভাম্না লেম্না য়োকচম্নুং
খাই নালেন লনবী মমোম মবু কোলোইখি।
খান্বী মৈত্রেং অরাবা, চান্না মরূপ মকাদা
চাও থাজংনা চুক্তন ওই, শরিনা রাফম হৌদ কৈ।
চান্নবা মরূপ আনমক হৌখি রাবু নীংশিংলক
চৎপে মুচাই হে দোকখি, নীংনা মনীং পুংনাখি।

মপুক থম্না হিবলগুম
ঈচেলদা তপ্পা হোনবগুম
চান্নবা মরূপ অনীনা
পাকচল খোইজেল তিম্বনা
পন্সি ঈচেলদা চনীংতা
হানাও হৈনা শানতা
হায়েন খম্বাং থম্নখি
মবুক ঈংনা হোৎন্নখি

( কাংলেন থোরবপা তাঙ্কক লোইরে। )

———

# চান্নবা মরূপ নাম্মা শেৎপা

গোরং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা, খাম্বী মৈত্রেং অরাবা
নপাম্বা মমোম ফুয়নজা, যাইবী মরাং কায়নদা
লৈবাক নিংথৌ থোৌদাপু, চাম্না-চিন্না পাল্লকপু,
মপু মাগী থৌদাক্তি, নোংদম্বা মাগী নোংদমদি
মওম্না খেৎপা ওমদবোই, অরা ঈহুম ফংলবোই
ওস্থোকপগী মতৌনি, থম্মোই হীক্না মওংনি
মওং থবা লৈবগা, খাম্বী মৈত্রেং অরাবা
অনা লাইওং খণ্ডদনা, তৌবাংফক্না ওন্দুনা
হেদো নাহে চনখ্রে, অনা লাইওং খণ্ডদ্রে।
লৈবাক নিংথৌ অমাইবা, রাংলেন মিকুপ অমত্তা
অনা মৈচাক পোশাবা, হেদো নাহে লেপহনবা
অঙম্বা মাইবা ফংদবে, মুঙদা ঈশিং চাইখ্রে।
নোংমা নেংমা হোৌবিদি, কোরৌ খরে তুংদদি
অনা লৈথেক হাপখ্রে, হেদো নাহে হেনখ্রে।

পোলাং নৈরেংগী ঈশিং চাইবা
লুনা তিন্না মকপকা
য়াইবী থরাইদং কন্নবা
মথরাই খুবাক্তা হাপতুনা
থরাই য়াওনা হোৎনরি
অঙম্বা মতেং পাংজরি।

অখঙবা অমাই অমত্তং
খুদক কৌনা য়েংহল্লি
তুম্বা চাবা চঙদনা
অরেম্বদা তাশিল্লক
তৌরাং ফক্তা ওনবদি
মতাওবু মুন্না য়েংলগা
নৈরি হায়না তাবগা
অহুবু পোথা ঙমদরি।
হোৎনজরক অপুম্বা
লুত্তুং খোইবাক শাজিল্লক
অরা হুইদোং লাংবদি
শীন্থরক মপী খামজরি।

ঈশিং ঈচাও মতৌগুম
হুইদোং লাংবা হেল্লক্লি
থম্মোই লকা হুংহুদা
পোলোই হুংশিং হুন্নকপা
অকনবা শাউম ফংলেদা
চান্না মরুপ মফমদা

ৱানা মখুৎ তিংথোকচা
ইতাও ঐশে য়াররোই
খুজেং লাক্লা পায়জরা
তাইবং চেংজেল লোইরক্লে

পোংসি পোং লোইবা হৌরক্লে
হূক মপোকসিগীদি
ইদিংথৌ থৌগায় পুজবা
চীঙনা লোইরো তমঙ্গবোই

ইতাও এথোয় অনীগ্ন
শোয়দা কায়নরগনি।
কোল্লং অকা অকুমদা
হৈরাং য়েন্ন চামিম্না

ইতাও অমুক ফংলরোই।
মোংবা ইরান থাদোক্লা
ইরমদম হূমাঙ মথৌবুং
য়াদি মৈরম পাংবদা

লফু মতুপ্পা মোল্লাং ওই
কংবী লারাক্লা মাইথা ওই
তাইবং কনাগা অমুক হুন
কৌনা ঙাংনা তৌদনা

তুমখুন হুনবা তারেদো
ইতাওনা ইনাক্তা লৈবীবা
পুকমেন পাউমেন ফংজবা
ওম্পোক্লা লাইবক ফংখ্রদা।

মরূপ! নঙদি ইচম্না
ফুইনা থৌগল তৌহনা
মতম শাংনা পাল্লকখো।
লাইবক থিবা নতাওদি

খয়ুং শবা তাল্লমগে
অমং য়াইথোং কুম্নগে।

মরুপকী থাম্না তাবদা, পোলাং কৈরেং ঈশাং চাইবা
অঙম্বা মানা পাউথুমই—"মরুপ। পুম্লিং হুনফদে
মিংলু ঈরা হৌকদে। লৈবাক নিংথৌ য়াওনা
চীংতম অনী হুনা, অথও তহি শিষ্টনা
লাইরেং থওনা হোংনবি, অনা লাইওং থওবগা
শোযদনা য়াংনি ইতাও, অমাই থিবা লেপ্তুবি।
অসি রাদি হাযজবা, মতাওগী শান্না পীরংবু
মাগী চরৈ মচিনা, তঙ্কা নাম্না তৈথাবচে।

ইতাও, পুম্লিং হুন্তজদে, মরুপ কাযননি খনবদা
পুম্লিং মুংনাংবতনি হায়ং, লুখাশীংদা মচন্না
নচন ঙাম্নুবোল হোংবীনা, মপাবা চাওদা য়োকপদা
ইতাওনা খবা য়েংবীয়ু। পারীনা শাবেপ মফাবক
মমান্নগা মীমান্নদা, পারী নরা ওইবনা
পলেমনা রাবন্ন উবীদা, নিংই শাংদা তৌবকপা
নিংদ নকপা মতমদা, নচন ঙান্নুরোল হোংবীনা
মথাবা মনাও মক্তদা, কপ্পদি হেক ঙমজদা
থম্মোই চাক্কা থাঙগনি, পারীনা খরাই লাম্নদা
মমাংগা মরক তিম্নগা, তবা পুকথন্দবনা
শানু পাঙ্গল হুন্তবা, চৈব ফিমান্নদবনা
পাথমা পীবুক মুংশিনা, লুপ্পা মানা কপ্পকপা
মহুতদি থোক্তনবা, ইতাওনা শীনবীবকউকো।

ইতাওনা কবি হিংনম্নু, পোলাং কৈরেং ঈশিং চাইবা
ঐনা হি লি মখেদি, পাবা মমা মচাবু

লাকচা খুহম চন্দৌবা, লুরাং লৈবাক অসিদা
তাংজা মরু হন্দেদো, ঐগী চাল্লা তম্বিউ
খুাংদা চরৈ থোংলিউ, পারীনা 'কদৌ ফিদোল্লোই'
মচন চীংয়ায় ওানবীগা, য়ুল্লিং খুল্লিং লৈরিউ
পারী মমা মচাগী, অরাৎপা করি লৈরোইদো।

পাবীগী লায়বক্কা লৈত্রে, পাবীগী লায়বক্কা নেম্না
নোংদম্বনা তায়েম্বা থোক, চাদোন ফিদোল্লক্নি
ইমোম রানা লেন্দৌরি, মহম্ম থোকহন য়াম্মেদো।
ইতাও, নওগা ঐগা, পারী ইমোম অনীগী
য়ুমগা তমহনসি শরিনবা, ইতাও হন্দোক্লমলগে
ইতাওনা ননীং তৌখ্রোকো। নপারী চাওদা সিদদি
ইতাও নখুৎ পাবহনা, নফমদা শিল্লজরমগে।

কবি রানো ইতাও ওা ঐনা হৌদোবপা রাকমু
ঈমক্কা ককত্রা? ইখুৎশু থাংলেন ময়াচীক
শবি নামুংনখিববু, তরাই লৌবা য়াত্রা?
ইতাওনা অহক চিংনবা, নরা চাওদা অনীসে
শবিশোাওসি কৌবা নোংজা, য়ুমগা মথৌ পাংথোকে
ইতাওগীদা থমগে ননীংনি, ঐগীদা থম্মু ননীংনি।

শাওবীগমু ইতাও ও। পারী মরায়বক খিবনি
পু-পাং গুনা শাওকোল্লরোই, অহই ইতাওদা শিন্নবনি।
ঐনা ইতাও মক্ষনদা, তৌখি মরাল কয়ানি
লংজখিবা কোন্দাইনি, ইতাও মওনা ভার্কাগিয়।

হৌজিক্তিনে ইতাও, অরোইবা মিকুপ অসিদা
পস্থৌ শকপা কাওরেলদি, পুরুম থৌনিজরমগে
ইতাওনা 'মুক্তা শীনবীয়ু। মরুপকী ইঙ্গিৎ ফংবদা
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা, শঙ্গোন্দা ইরেন চৎপ্রে
কাওরেল মাবু লৌরুরা, মরুপকী নাক্তা পুরক্লে।
থাম্বী মৈত্রেং অরাবম, কাওরেল মাবু উবদা
মমিত্তা ঈরা চেম্নদি, শনবু মুম্না য়েংজরা
মতেক ওইবা রাহৈনা—"পস্থৌ শকপা কাওরেলও।
নচানা মতম খরদং, পুরুম থৌনিজবদা
লংজবা কয়া য়াওখিবা, অরাল অহুই তৌখিবা
নীংবা থুংদা কয়া'মা, রারৌবীনুকো পস্থৌও॥
পস্থৌবু ইরাৎ থৌনিবা, মতোন লোম্বা ওম্নমদা
পস্থৌগা শেৎনা কায়নরনি, নগু চাওদা' সিমতং
পস্থৌ নঙোন্দা শিন্নজগে, অয়ুক মুংথিগ কোম্লোকনী
মুমিদাং ওইরে কোনশিনবী, চেৎনা চান্না মক্তদি
নথামুংদা লাঙ্গোনবীয়ু। নমোমসু মুপী ওইবনা
মদোম মপারী নাওয়োকপদা, পস্থৌ ননাং থুংলরোই।
নগুনসু চাওদবনা; কোম্লোক কোনশিন ওম্নরোই
অয়ুক মুংদাংগী থৌনিদা, পস্থৌ ননীং থুংলরোই
নপারী ঐনা থুপখিবগা; পস্থৌদি লম্নলেন অচৌবা
য়াম্লোই লমজাও শঙ্গাবুং, চাক্তাইনা লৈবীগ্নো।
পোইরৈ লমদম অতাপদি, খোঙদোই হুনবীসু পস্থৌও
মতম অমদা নগুনা, শনজল্লকপা রাগনি।"

মীরোল খঙবা কাওরেললনা,
থিঙেল লাইজা ঈঙমথায়,
থম্মোই পুবা ওমগ্রবোই,
খাম্বী মৈশ্রেং অরাবরু,
মরৈনা শৎ-শৎ লেকপীরি,

চীংগু লাইজা ঈকুথোক
মপারী রাধা তাবদা
পিরাং তত্তা শীম্বিরি।
মনম শুৎ শুৎ-নম্বীরি
মরায়বক্লা রাইবীরি।

মপারী চাওদা মপমজা
তালোই হেংবী নেম্বী,
তিল্লিগী অহল লমন পুম,
খাম্বী মৈশ্রেং অরাবা,
চনীং চনাও শমুদা,

খুয়াদা থৌগল কংজবী
চান্নবা খঙ্গপ কন্নাইবা
অরোইবা ওইনা কায়নক্লা
অরাবা মৈচাক্লা হেক্তিলক
ছুইদোং লাংনা লৈশ্রে।

পম্মৈ শকপা কাওরেলদি, কাওবেল মিৎল্লা অনীদা
তরংগী লাইজা ঈহৌনা, পলেম ফৈরা খক্তুদা
করি খওদা লৈরিবা, মগু নবা চাওদবা
চহৈ'রাং অপামবা মনাক্লা, তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লা
নবা চাওদা কোল্লেন্দা, মরায়বক্লা রাইবীরি
মনম শুৎ-শুৎ নমজরি, মরৈনা শৎ-শৎ লেকপীরি।

অহুগী মচুং থোকপদা,
খজাই লেম্মৌ অহুদা,
মমোম হোংবা নেম্বীন্নু,
মমোম মিৎল্লা অনীদা,

মমোম হোংবী মেম্বীগী
কাওরেল খজাইনা থেংবীখি।
খজাই লেম্মৌ চুপচখি
তরংগী লাইজা শীল্লনা

কাওরেম খরাই কৌজবা,
নপারী কমলা-ঙমগনি,

পম্বৌ ময়াংকুমদি
অমুকপা কমবীনু পম্বৌও ।

মীরোল খঙবা কাঁওরেলদো, মকোক হাইরা হাইরগা
তপ্না তুংবু হুন্দোকখে । দাড়ী তপ্না কুমথরা
হুমাঙ মথৌবুং য়োঁদে, মমায় নোংপোক ঙমদা
কাওরেল খোঙদোই হনখে । খোঙ্গাল তম্না ঙানখি'গা
খাম্বী নৈত্রেং অরাবস্থ, থমং শরা তানথ্রে
অমন খরৈ কুমখে । পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
পোংশি পোংলোই লোইবগা, মোংবা মরান্দা হুন্নখি ।

কোরৌ শীংবুম কয়ানা,
লৌইদাম থাঙ্গা ফাজিল্লক,
চহী কুমজা ফাজিল্লক,
ঙান্নরোল হোংবী নেম্বীহু,
নৌরিঙৈ মতম হুন্দদি,
অমনা খরা তেংবাংবী,
খাদগুম মতম লেল্লম্মী ।
তুমিং ফাওবা পাইরদ্রে ।
ফম্নাইবা মায় কৈদৌদে,
কম্না থবক চিনবনা,
লুবাং খুন্দোন অমদা,
শেংপা চাখা খুংদনা;

নেংমা নোংমা হৌখিনা
লোইদাম থাঙ্গ কয়ানা
লুপ্পা শাংদাচম্নবী ·
সবুঙোনা খুপথিবা
অমম্না খর' হুংবীরা
অরাবা কোম্বাই নংলম্ব
হৌজিক্কি কনা শাকখিদ্রে
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
লৈবাক নিংথৌ থৌদাদা
নোংমা ফাওবা হুংলদ্রে ।
লুখ্রাবী মম্না মচাতা
পিদোম্না মতম লোনজফি ।

খাম্বী বৈরেরেং অয়াবা, মলুং মক্তব মারুনী
আমন থরৈ চমখির , গায়ত্রী শক্তি পোপাইদি
মাম্মা শেংনা খায়খিগুম, ইনিংখৌ পীবুক বজখি ।
কম্মাই মানা লৈখিদবা , লৈবাকী অরবা অচেংপা
বাগী খিবীক তামদাঁ , নাপা শেপ্থাংনগুমি
হীঁ হোমাদ লৈবগা , হীনাও শাবীনা লৈতগুম
পোপা মাম্মা হাংবনাং ইনিংখৌ মুংগুক মুংজানৈ ।

কুমজা লাংহৈ কযাদি , মকম খওদা হোৗগ্রে ।
ঙাম্বরোল হোংথী নেন্নীগী , চেকশিরাদি থমজবা
লুখ্রা থম্মোই মরন্দু , আচাও লেপফা ফারক্লে
খনাই খৌঙ্গাল লানবু , কোয়না শাম্মা ঙমক্রে ।
লুখ্রাই লাইরা যিজিন , যোম্মা থম্বা য়ারফ্র
লৈকাই শমার শিংগা , কোয়না চক্না শামরক্লে ।
পলেম হোংথী নেন্থীমা , মদোম মপারী চাওদবু
চাওনা য়োকপা অসিদি , নোংলৈ মুংশিং মায়োক্লা
বৈরা থানগুম থোকগ্রে । কোরো নোংমতবুদি
পুক্লিং লৈতা লৈজবা , লুখ্রা মাদি ঙমখিগ্রে ।
মপারী মাদি চাওদবা , পাখং রাই রাই ফারকপা
মনাক্তা লৈরি মথৈদি , কোরো মৈশা লাংদগুম
য়াকচিং উলেন মংদগুম , লুখ্রা থম্মোই লৈতাজৈ ।
পারী মাদি চাওদবা , কোরোনা নেংমা হোৗখিবা
মতম খোওচংনা য়াংবগা , লাংহৈ তরা তারেংকী

পাখং অচাও কারক্লে, পলেম পোকপী মথাঙ্গী
মমিৎ খন্না ওইজরি, থম্মোই মকা লামজরি।

পারী চহ্রোং অপানবা — থাংজিং লাইনা থাবনি,
পারী চহ্রোং অপানবা — ইনথংলকপা মত্তাংগী
পারী চহ্রোং অপানবা — য়েংবৈ পৈনবা মনাইবে.
পারী চহ্রোং অপানবা — শাওং শাদা য়েংলম্ব
পারী চহ্রোং অপানবা — চাউদম শাংদম মফজে
পারী চহ্রোং অপানবা — মখাং য়েংলে মচেংডি
পারী চহ্রোং অপানবা — পাম্বোম য়েংলে মচাওই
পারী চহ্রোং অপানবা — নোয় নোয় লাউবা ঙকশন্নি
পারী চহ্রোং অপানবা — থীক থা য়েংলে মফবা
পারী চহ্রোং অপানবা — পাঙ্গল তৌরে মকনবা
পারী চহ্রোং অপানবা — অকল অথৌ পুমহৈনি।

ঙাম্নরোল হেংবী নেম্বী, অপোকপী পলেম মমানা
মপারী পাখং ফারকপা, ৱানা মতম ঙাইরকপা
হৌঙ্কিক্লা হেন্না ৱারক্লে, মিপাইবা অমা য়াওরক্লে।
শমান লগান্না তিন্নদা, পম্ভৌ নাওকোম্বা মচানি
থওই উশিত্তা তৌবিত্রা, কলক চাওবা তাইবংনি
মিহৌ লাংদা খুথিত্রা, তম্বা মঙা ঙরাম্বা,
পারীবু ফুবীরকত্রা ? মপারী হল্লকত্রি মঙ্গদি
থম্মোয় তিং-তিং মচোংজা, চেঙ্গম চেঙ্গা মঙাইজে।

খাই লাংলন লেনবী নৈমরেল লাইঙ্গাল মুড়াম্ব
অপোকপা পলেম প্রম্ভৌনা, অয়ুক্কী শকয়েং মিলংলেল ওই

সুমিদাং থাউঁবে ওইনতা, চৈৎনা চান্না নাওকোনবা
মতম খোঙলে মতুংইন, লৈশা মপুং কাস্লক্লে
থাজা-য়োজা য়াররেঁ। পলেম পম্বৌ শাইদোল্লা
নাইতোম তোমখিন শাৎপদি, লৈশাং মপুংফাবদি
লৈরাং লৈনম চুংশিন', মালং ঈপোমদা শাদে'ংওই
খুহক-খুনথা লান'ঞ্জ, সুরাং লৈবাক খুংশ্রে। ·

সুঢ়া চেংলৌ শক্তমদি, য়েংবৈ পেনবা মাইদেদো
শামু মরা মতৌগুম, ঙৌজবী সুঢ়া কুচুনি,
নাপ্পদা তাবা শাইনোম্না, খম্বাল লৈরিক্কা পাংখক্লি
তুংয়ান তাবা শমাংনা, পামেল উচান মন'না
ইকাইজনীংঙাই ওইবনি, নিংছ য়েনা শাংবনি।
সুঢা শমলাং অমুবা, মালং ঈপোম্না হুম্বদি
অমুখা লিনশী মপেনা, লৈনা জগোই শাওমী
খ্বাংনা চেংতক পীক্কক, তনাপ-তনাপ্পা শাবাম্নি
চরাম্নবা নোংশাগুম, থীকথা ইথন থনবীনি
তীংদা য়াংদা নীংছম, ফলপ ইথন মখল্লি।
সুঢ়া লমচৎ শাজত্তি, লৈকাই মচেম মনেনা
ফিদম ওইনা লৌনজে। ঈংনা তপ্পা ঙাংলকপা
সুঢ়াই মেঙলা খোম্বোক্কা, অতাবৈ পুক্লিং ওম্মৎলি।
সুঢ়াই সুংশি মীৎয়েংনা, পাখং পুক্লিং খোয়রাংলি,
লৈনম চাওবী শীঙেন্দা, খোইমু ময়াম ওম্বগুম
লৈকাই পাখং কয়ানা, মীৎয়েং শংদাইনরকপা
ভক্লবা অপোকপা পম্বৌনা, নোংমা কোরৌ নোংজাদা
অপোকপী পলেম মমাদা, চীঙ্গোই পাউমেঙ্গরকই

# মুকন্না শারবা

কোরৌ অঙানবা মহীরুদা, নোংচুপ চীংয়া থাংলে,
চীংয়া তময়া অপুম্বা, ঙাঙ্গ্রাংশা মচু তৈরে।
অতাঙ্গা-লোইবী চীংথাজেল, তম্না চাকপা' লৈপৌনা
নোইথী চীংদোল ঙ্কমলে। তমগী মৈনা খোঙমেনৌবা
লোয়া তম'লান তমখ্রে। অমাং হারম লমদমদা
ঈশিং কংফাল তাইনলমদ্রে, কম্মেং হান্নৌ মতোন্দা
ম'লং খোঙংলোইক্লা মন্তুংইন্না লিরি চৈথেং 'ফংখদা
হা'নৌনা লেঙ-লেঙ লেঙ-লেঙচং, ঈশোম নাইনা হৌরক্লি।
নোংচুপ হারম পাংবদা, কম্মোং হানৌ মোংশেংনা
তুম্বক-তুম্বক লৈহৌনা পীক্রক-পীক্রক' চীংহুম্না
কুঙনা থিম্না লৈরক্তুম, য়েংবদা পুক্লিং হনম্মি
থারম পাংবা মায়কৈদা, তুমৌ নাকুপ' লম্পাক্না
থাপ্না য়েংদী হানথিব্রা, পোইরৈ অঙাম লমদমফাও
পাক্না শম্না তাথি, মালংনা শিরি হুম্বদা
তুমৌ নাকুপ মতোম্না, তাংথক নাইমা চংথি।
থাপ্না তান্না লক্না, মন্না পুংবা উজাউনা
মুতুক মুতুক তুম্বক্না লল্লপ-লল্লপ লেপ্লিদো।
মিংকী মুঠৈ হয়ামসি, য়েংখিবা শারৈকৈ অমদা
মাংফম হোংবা য়াদেদো, য়েংবৈ শেম্না নাইদ্রেদো।

হায়রিবা মতম অসিদা পোলাং লৈত্রেং ঈশিংচাইবা
দোলাই ফৈনা তোংহনা সনা কোম্বংদৈ কুম্লকই।
খুম্বক খুনথা খায়নবৈ
লম্ফাং অনী ফাংবদা
খুজা ময়াম ইকোই কোইরি' য়াঁয়াদা পাঁখং অনীনা
মুম্না শাম্না লৈরম্মী। নিংথৌ ফম্নাই অঙম্বা
শোরোক য়াংবী থকুদা
দোলাই ফৈনা থাহনা
য়েংলম্বা তম্বা অমগা ওহাক পুঙ্গোই রাম্নী শাই
চম্নরিবা লৌহবু পুক্সিং চঙনা ময়েংভি
ফম্নাইবা মানা হায়রকই
অঙাং অনী মুম্লাসি
ফিহুপ অরুবা মুম্লানি পুখৎলিবা অঙাংনা
ফিজম শোয়বা তারবা কারিবা অঙাংনা থাগদনি।
কারিবা অঙাংনা শোয়রবা
পুখৎলি অঙাং অসিনা
থা খায়বা হৈরদি মানা শোয়দা থাখিনি।
লৈদা লেপ্লি পাখংহনা খুদোং অবাংবা পুখৎলি
কারিবা পাঁখং অহমা
লৈদা লেপ্লি পাখংগী
খাংগী ফিদা চমীংদা খুদোন অনীনা নেৎনা
খুকউ অনী অহনা থজিন্দুদা মশৌরি।

অঙম্বা ফম্নাইবা অহনা-"ওজা নাইসে অঙাং 'নীসে অহম্না হায়না য়েংলিউ, লৈদা লেপ্লি' পাখংনা থক্তা কারি পাখংহ, নম্না খাদা চিংথরি।

খঙ্গলা কারি পাখংনা, পুখংজিবা পাখংহৃ
খদাং-মকোক লান্নবা, মখুং' নীনা মপান্নরি।
সৈদা লৈন্না পাখংনা, নম্না চিংথবক্তুনা
থাক থায়না খুদোং' ওক, পিরাই নম্না থুঁগাররা
কাম্না উপাক খায়গুম, থ'দখে্র মুপাহবু।

ইনিংথৌ মনাই কম্নাইবা
হয়াও মথোই কাখ্রবোই
অঙৈ লেংযান চবৈহৃ
খুদক্কা তন্না লৌথোবচা,
লৌবু হৈবা পাখংগুই
নাক্ত ইবেন চঙশিন্না
চরৈ কুপ্না থাখে্র,
য়েংলিবা মীয়ামমু হবাওন্নৈ।
ইনিংথৌ মনাই অঙন্বা
মোংবা মরান পাংখ্রে।
মুক্না হৈবা পাখংহৃ
মমিত্তা শং-শং উরকই।
নীংশিংবদি থোক্ত্রবা
থাম্না তান্না লৈখ্রবা
ক্লাগুম মীওই অমবু
মশেন মরাং উরকই।
মাগী য়াবা অমত্তং চীনবান লকাদা লাকপবু
খনাও ডান্না শনখ্রে
লৈক্তোন কিশি কিখ্রে।

মুমিংসিগী মুংদাংনি, থাবলনা বাখোও লোমজে
পারী চহৈরোং অপানবা, মানা ইনবা কৌবোংনা
নম্বো মচা অমা শেম, নমদা লোংখোং পুরক্লি
পাথং থম্মোই মকালাম, খোঙকাপ লাওনা থাংনবা
রাংবী থজ্জা খোঙদোইরি, মোংবা মরাম তম্লি।
মোংবা থোঙ্গাল য়ৌবদা, হোজং মরুমদা লোৎচরা
পম্বৌ মাঙ্গোল খেনজোংলাং, লোম্মা মিৎয়েং শগাইজে।

মমু কনা লৈবা উদ, হোজং পৌরেল শৎচরা
চাইগোইমুংদা চঙলক্লে। মমাও শঙ্গোই মরুমদা
লেম্মা অমুক থুপচরি, কোইরপ মিৎয়েং শংদাইজে।
কনা লৈবা উগদৈ, পারী চহৈরোং অপানবা
থাদা নম্বো চেৎনা কোনশ থারম থংবা য়েনাখাদৈ
মেনখা খোঙদা ফাওজিল্লক, কাংলিবা থোংগী নাজোন
লোম্মা তুমিন চঙশিল্লক পীবা কাদা থম্বিবা
পাখং কমুংদা তুমখে। মীগী শউম কংখিবা

পল্লেম মমাম্ম চিংমরপ, থুদোং চেংকপ্প কম্মদি
থুদৈল পুনা চঙলকই। থুংবাংকু ইল্লেম ভারগা
পীবা কমুং কয়াংদৈ, খেৎনবাং কিশি লেপ্লথং
পালেম মম'না হায়রক্কই- "পারী চহৈরোং অপানবা
মগুনু থৌজিক্কা লাকপ্রা ? কদাই কোইরকই অহুক চেথনা ?"

"চাও পালেম অপেম্বকপী, তুমখুম্ম হুম তুমরে।
চারা চাক্ক লামখে, লৈইরবদি চারগে"

খুবাক্কা চকম মাজবা,
পান্নী মানা খুমকই ।
অঙৌবা চরৈ অমদি পায,
খোঙেল বাংলপ হায়রকই
মপু খঙনা পুরকপ্রা ?
মীপোৎ হুবানবা কৌগনি,
পক্তৌ লীচৈ লীতেংপোক,
কারল লাক্কা চিংনিকো,
পাবী চহৈরোং অপানবা,
চৈব চৌরোং মুন্নবি ।
নাক ওইনা লৈথোকপীদরে ।

করি তৌদা শাজন্না
তৌবোং কিশি থোকচন্না
অপোকপী পলেম মমানা
"কনাই লেংয়ান চরৈনো
খঙদনা পুরকপা ওইরদি
মীগী মপোৎ হুরা ন্দি
পান্নী নজল অহদা
পান্নী মচীন চুম্নকো ?"
লোংনা কুকপ হৌগৎলক
অপোকপী পালম মমান্না
অমুক্কা তন্না হায়রকই

"অচাঙ শারপ ফারক্লা, তহল লমন থাকপনু
মীপোৎ হুনা থাকপ্রা, পুংপাংশুনা মাঙয়োক্কে
তবা মাঙদা উৎপ্রা; মচীন চুম্ন ইপাবী ?"
থুক্কন খঙম্রে চহৈরোং, মক্ক মুক্কা লৈম্রে
বাথলবু তন্না খঙরি । অমুবা পাউথুম্ন পীক্করা
মুক্কা শারকবগী, পালেমনা অমুক মচৈনি ।

ওহাক তুমিন লৈজরি,
তপা পাউথুম্নকই
ওসি পাযখো পীরকপমি,
তন্না লৌবা লক্করি ।"
পালেম মমানা হায়রকই
অসিগুরা নিংথৌ কিসিদি,

পাখং নুথিল চেক্কন্না
"ইমাগী চৈরম্মি
হায়েং ইনুং ওানবগা
মীনম্বা পাউথুমদি খঙলেবা
পান্নী মচীন থিম্নকো
খুজা কনা ইশ্মদে

ফম্লাইবত্না ইনবনি।" অসি হাদি হায়রম্লা
ভাম্বুরৈাল হোংবী নেম্বী, খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লে
"পোসাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা, ইবুং মানা হায়রম্মী

পাম্বা কৈরেল মচানা, শউম পীকপা হৌনদে।
সিরা শউম চাওববো? মীগী মপোৎ হুররনবা
অম্মক পৃকচেল পীকপাবা, । শাবা ইবুঙো নহাকন্
কোরৌ নোংমদোল থক্তগী, উরিনিকো লীলাসি।"
অসি হায়রা পলেম্বা, নোংখোংগুম কপ্লক্লে।

.পারী চহৈরোং অপানবা
পলেম মত্তৌ উবদা
থম্মোই পুবা ভমদ্রবোই
মিৎলু অনৌ ঈরা হৌরা
অপোকপা পলেম মখোঙদা
লায়বক শোক্লা তুজরা
খোঞ্জেল থোক্লা হায়রকই
অপোকপী পলেম ভাবীযু
অচুম্বা য়াবা তমজগে।
ভসি শোরোক্ত লমখায়দা
ইমাম্না’ মুক্লা তম্নদা
নচানা খুদোং পুখৎলি
থাবু খায়না থাবদা

ইতাও' শামি পন্সোম্না, থুমায়রে হায়না মক্তা
নোংদোল থজ্জা খল্লমনি চীংও, থাংজিং লাইনম্ব
চৈরাক চৈথেং পীরনি। ঐগী পুক্লিং খঙদ না
ইমোম' রাশক থুগায়ব্বা, মপোকসিগী লোইরেদো।
হয়েং ইমুং ঙানবগা, নভা হোংবী মরান্দা
শানৌ চত্ত' য়াদেকো, ইতাও খুখা হৈহ্রবু
অচাও লেপকারম্মনি। পোকপী পলেম নতাহ্র
পূক্লিং পিনৌরম্মনি। 'পারী মানা চিন্দোবা
শীঙেল মপুং ফারক্লে, পলেম মমাই মফমদা
হৈন শিংনা পাউদম্মু। নোইনিং চেঙস্থ পূবীখো
অনৌ অপেন হাপ্পিয়ু অকা'চাদি লোয়নখো।

লুখ্রা হোংবী নেম্বীদি, থুংলং খরা মচংচা
ইংখোল খরা মকোইজা, লুরাং স্না কৈথেলদা
মনা মশিং য়োঙ্গরা, মচং-ময়োল-অফতা
ঙৌখি ঙৌখা তমজরা, পারী চাউনা য়োক্লকই।
পাখং ফারা পারীদি, চীংদা কানা শীংচল্লি
লোইবী চীংগী উহৈ-রাহৈ, লক্কু-লতং-লক্কোই
শম্বু থম্না পুরকই। য়াঙ্গোই লমজাউ চক্লুনা
পুলৈ-লোক্লে মহেক্লুই। লুপ্রা মানা মাঙ্গোলদা
পুলৈ মপুল মপুলদি, কথো শেম্বী পয়ানা
মখ্বাং লাক্না পুঙ্গিঙৈ, মক্তা চীংয়াম্ব ঙানবীদি
অকা মচা লোয়নবা, হুইয়া মানবা নোইনিং চেং
অনৌ অপেল কয়া পু থরাই থোকাল হাইজিলক
সুমাঙ 'থৌবুং তাবদা, মভা হোংবী লেম্বীমা

ঙকচাননা মিৎচানৈ। ঈশায়কুপী লোম্নৈনা
লাইজা ঈচাঙ তিনগ্র'দা, অমুক হুয়রিক্লি খঙ্গকুম
লাইরবীবু থিব্রকপা, মতাবোই মাগা উমবা
মুঙাইবৈ ঙনথৈ লৈখিদে, ফঙ্গল্লাংদা ফম্থিমম্মা
চীঙোই মপাউ মেফজে, হৌখি কযা চিংথাক্লে।

চীংযায ঙানবী মতানা— "ইতাগী য়াৱা অমত্তা
কুমজা কুহৈনে তাদবা, কাউদনা অকাও শাগ্রে
[illegible]াপ্পনা লাপ্পা ওইখে্র। ইবুং খাম্বী খুথা হৈ
[illegible] [illegible]ৈলমা' লমওক হৈ, তাওজিং-হৈজিং ফারব্রা
নবুংনা যেংলু থৌনক্রবি, পাবী খোঙ্গুল লীরক্লি।"

মতাগী য়াৱা তাবদা হেংবী নেঙ্গা মতাদো
মাংগী ৱাবু নিংশিংলু, হৌখি থৌদোক মউরক
পায়মা পুক্নিং নৌবকপোই, লুখ্রা মিংলু অনীদৈ
তরং লাইজা ঈহৌবক, পিরাং ওইনা চেস্থরক
"লুখ্রা তাওজিং হৈকোম্দা, নবুংগী খুথা হৈহুদি
অচাও মপুং ফারক্লে। লাংহৈ কুমজা হায়রম্ব
য়ুমগী তম্বা য়াবক্লে। ইবুংনা নিংশিংবীরকপা
পারী খোঙ্গুল লীরকপা, লুখ্রা লাইবক ফগদি।

"নমোম লাংলেন লেনবীসু, লৈশা মপুং ফারক্লে,
[illegible]ুমগা মতম [illegible] অনীনা
[illegible] পারী ইমোম অনীগী
[illegible] লাইনা চুকফা ওই

থাংলেন চীক্না শরৈ'খি। প্যারী নাপ্পদা চিন্দোবা
শিংহল লৈশাং তম্নক্লে। পারীবু মুক্তা য়েংনীংঙি
ইতানা মুক্তা শীনবীয়ু, "চাংয়ান ঙানবীনা হায়রকই।
মতাম্ম য়ারা তাবদা, হোংবী নেগীনা থুম্নকই"
"খোইনা ইতা চান্নবী, করী হায়না পাওদমসিংগে
নপাম্না চাওদা মহাক্কি, লোইবী চাংকানা শাংচল্লি
য়াঙ্গোই পাংজ্ঞসু মচৎলি। ঙসি কৌবা নোংগীদি
লৈকাই শমাম্না লোয়ননা, তরা চাকওন চাহনা
তরা মচন থিজবা, অয়ুক ঙম্না খোঙদোইখ্রে,
ইতা ভায়বা ওম্নরোই, তাংলো খেঙনা হল্লক্লনি।"

ইতা ঐনা লাকপদি
পারা চেংলো য়েংনীংবনী
তাঙ্গা চাদা থোকপনা
ঙসি উনবা ফংদ্রেদো
হয়েং ইন্নুং ঙানবগা
লৈকাই শমাম্না অমগা
লৈকাই কোয়বা শানদি
থাবীরকউকো ইতাকো।
নবুংসু পারী উনীংবনা
ঙংতি খুদিং পাউহোম্মী,
পারী ইমোম অনীশু
শকখণ্ড মায়খঙনহনসি।

( মুক্তা শাম্নবা—তাঙ্কক লোইরে )

৬

# ম্বৈকাই কোয়বা

চহী লাংহৈ — য়েম্মীংথা
ফাইরেন লমতা — য়েম্মীংথা
নমুপুন্সি — য়েম্মীংথা
পাখং-লৈশা — য়েম্মীংথা

পাখং কাংদোং ফারকপা    লৈশা কাংদোং ফারকপা
নমুপুন্সি য়েম্মীংথা    ফাইরেল লমতা থানিদো

ঙসি কোরৌ নোঙ্গাশোয়
লোয়া তম্মোন অঙনখদৈ

পারী চহৈরোং অপানবা    মরুপ উরা কমচাউ'গা
লুরাং নিঙোল শহেনবী    মুঢ়া শকোয় অহেনবী

মিৎযেং শাগৈজরুনি
নিঙোল মরান খঙলুনি
মথুম মরাং মহৌজে।

কোরৌনা তনৌ কন্দোরক    মাপেমন্থ তনৌ তনৌরক.
মালংম্ব খোক্লমুম্বরকই    পাথং থম্মোই লৌরকপোই

চেংহি শখাল মরাংজৈ
শম্বু হুকচাং শাশেংজৈ
থম্মোই মকা মরামজৈ।

কোয়ৌ অঙানবা মহাকনা, নোংচুপ চীংয়া তমরে
তময়া কোরি চেল্লরে, মালেম পুম্বা তঙাংলে।
পাখং মরুপ অনীদি, ফৈজোম খোঙদাই মশেংচা
ফুরিৎ শাইজোন মরিংচা, পম্বৌ ফয়াইনা থারকপা
লেংয়ান ফিবু মযাঙ্গা, কাংছ অমমম পাযম্বা

নুরাং নিংঙোল শকহেনবী, মুচা'ই ময়ান তমকই,
মরুপ'চানা মচিংশি, পাখং মানা মইথি।
মথোক কারকপে পুক্কিংনা, নিংঙোল চেংলৌ অহবু
উনীংবা ঈহল কাওরকপোই, খোঙকাপ খোঙহল তোয়রকই।

থাই লাংলেন লেনবী
পলেম পৌদিক মতুংইন

নিংঙোল ওইবা মহাকমু
লৈশা মকে শেমজেদো।

হঙ্গাম মপান শাংপা থা
হঙ্গাম মপান চরৈ শেং
হঙ্গাম মপান ফিরুপ ইন
চিগোংলৈ নাচোম নাপ্প' থেং,

নিংঙোল ওইবী মহাকী
নিং ঙাল ম'দাম মবৈজা
পম্বৌ মুমাঙ মথৌবুং
য়েংদশিন্না ময়েংজৈ
চুমথাং ফক্তি নীংথিবা
ফিশা শঙদা থাম্বনা

নাপ্পা ফিশা শঙছদা
চরৈ ফিবু শারম্মী।
পাখংনা খোঙদোই হল্লকপা
পাখঙ মাসু চঙঙক শি।
নিঙোল ওইবী মহাকী
পাখং ফিদা মথাজৈ।

নিঙোল নাঙ্গা ফিদা শঙ
হুড়া লাংলেন লেনবীনা
য়েংপু থাদা পমজনা
খাংনন্থ নমদা খোংজনা
উথাউগী পাঙদেম তুনানবী·
ওইনা হুল্লে য়েংবা ওক
য়েংনা হুল্লে ওইনা ওক
থম্বৌ হৈরা লাম্বোমগী৹
তানবু চানা খাবহু
তনৌবী খুংশানা মইঙ্গা
ওনা থান্নাক তোয়না কাং
চরৈ ফিবু শারিদো ।
শিনৌ লংজ তোয়না তং
শাংতকপী খুংশানা তোয়না শম
হুড়া শাইনোল মরুমদা
মুংশি লোঙ্গা মিংচিনা
চেপখা চেপখা থারকপা
পাথং লোঙ্গা মিচিগা
তোয়না তোয়না করুরি
তোয়না তোয়না ইকাইনৈ ।
থাজা মানবী মায়থোঙহু
তোয়না তোয়না মঙাংঙি
উথাও পাঙদেম তুনানবী
শিনৌ লংজা শিংহুবু

তোয়না তোয়না ফোইদংলি
তোয়না তোয়না মতংলি ।
পাখং-লৈশা থম্মোইসু
তোয়না চিং-চিং ফাওনরী ।

মুক্তা থম্মোই তনৌবা
পাখং লোম্পা মিংচিনা
কল্লা পাম্বোম তিংথোক্লক
চেংনা থাগোন মুনথ্রবোই

অপাম মুংশি ঈথিল্লা
মশা পুম্বা শাংখরে
শিনৌ লংজা থাদোক্লা
লোম্পা মিংচি তাল্লখ্রি ।

নিংথৌ কয়াই অঙম্বা,
মতাও মৈত্রেং চুখাহৈ,
অঙৈয় যাঙ্গোই কারুবা,
স্মা কে'মুংদৈ বুক্লকচা,
মোংবা মরান তক্লকই,

পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
চেংলৌ মশক উনীংদৈ
থুরুপ কম্মা থৌহ্না
পুক্লিং মকা মরামজা
খরাই থোঙগাল চঙলকই ।

অঙম্বা মানা চঙলকপা
মমোম নাম্পা ক্লিশা-শঙ
য়েংদশিম্মা নাথৈনৈ ।

ক্লিশা শঙদা ফম্লিবা
ভম্বা অনীম্বুসু
মুপচানা মিংয়েং শাগৈজে

অমম্বা পোকপী মমোমী
ইকাই খুংশি মায়থোংবু
পম্মৌ পুম্বিংনা লৈতাখ ।

তম্বা অনী মরক্তা
নাইতোম তোমথিন ওাল্লিবা
তম্বা শক্কোই অহেনবা

পম্মৌ অঙৈশ্বৈ মমিত্তা
মশেল মরাং কুপ্লকই
লৈচীল নোংকাই থারকই ।

অঙৈবৈ মাঙ্গোল খেঙ্গেংলাং
নিংেল পোকপা পম্মৌনা
চরৈ ফিজোল হোংদোকচা

ফমেল ফক্লেন মথক্তা
অরা কোঙ্গাই হুম্মোক্লি
মালং ঙথেম লাংজরি ।

চহী লাংহৈ কয়া মাও — অহুঙৈবী মপারী
অপোকপা পম্মৌ ফৈরাথক — অহুঙৈগী মপারী
অপোকপী পলেম ফৈরাথক — অহুঙৈগী মপারী
খোম্লাং মাবু ইল্লম্বা — অহুঙৈবী মপারী

পম্মৌ কম্মাইবৈ মমিত্তা
অঙৈম্বৈ লেংয়ান কিম্বুবু

শংশং শংশং উরক্লে
পাখং মানা য়াল্লকপা

নাইতোম থোকপা থাজগুম
মিংফম হোংদা শাগৈজে ।
মুম্না মুম্না য়েংশিল্লা
মতাও থাদী মৈত্রেংবা

মমাঙদা চপ্প লেম্নরে মিৎলু নাপোম ঈরা হৌ

পস্থৌনা য়াম্বা কাওলকই
পাখী চহৈরোং অপানবা
পস্থৌগী নাক্কা চঙলকউ
অমুৈঙে শোরোক লমখায়দা
মুক্কা শাম্নরম পাখংহ
পারী নঙবু মাল্লিদা
য়াম্বা ফিগৈ শেংঙুকো।

পাখী চহৈরোং অপানবা পস্থৌ য়াথং ফিগাও শা
পস্থৌ নাক্কা চঙজরক খুকউ খুদক লৈতানা
পল্লেম থৌদীক মতুংইন মরু লুক্কা পাউ ওকচৈ

মানি পস্থৌ শকপও
লপারীনা পুরুমজরি।

১সি রাদি হায়জরা ঙাংলৌ শোক্কা পুরুমজৈ

ফম্নাইবা মথা তারকই
পাম্বনা তোকপা পোকপরা।
শরেন নোংশা মচানা
পীক্কা খোঙাও শোন্দেদো
ইতাউনা হুমবা ঙাউজিংমা
হেউজিং মরু শেংহকরা?

য়াবা অঙ্গম পাউনয়া ইনিংথৌ ফম্নাই অঙন্বা
তরং লাইজা ঈফুংথোক থিঙেঙল লাইজা ঈনমখায়
মিংম্না থম্বাল অনীদৈ
তরংগী লাইজা শিম্বৈজে
নিঙমদবা মৈচাক্লা
থম্মোই খাম্বী লাংঙ্গবোই
অঙম্বা ফমফমলাংদগী
খুংলৈ থম্না হৌগংচা
মপারী চহৈরোং অপানবু
খুজেং লাক্লা চিংখংচা
পারী ইবুঙো মুংশিবা
ইপা'মুক্তা কোনগে লাও
শিবা'মত্তা পাম্বদি
ঙসি শিবা ফংজরে।
অসি বাদি হায়রম্মা
মপারী অথৌবা মহায়গু
মথানুংদা চিংশিঙ্গৈ
চেৎনা চাম্মা মকোনবী।
থজাই লৈম্নৌ অনীমক
ওম্মা ওম্মা চুপচম্মা
চাম্মরা নপা ইতাঙনা'
অমং য়াইথোঙ খুমখিঙৈ,
নিংথৌ খৌদানা হুকপনা
নরানথাইজা থোঙদোই হন
পাম্নী নঙগী খোঙনেব

লাইবক থিবা পনথোনা
মতমচানা লীঙমদে
নপা ঐবু ৱারোম্ম ।"
নিংথৌ মনাই অঙম্বা
নোংমদোন তম্না য়েংজরা
কাউদনা অকাউ শারুগী
নিঙমদা মৈচাক্না হেঙ্গিল্লক
লাপ্তনা লাম্না ওইরুগী
অঙম্বে থম্মোই পুঙমদা
থম্মোই তনীক তনীক্না
হীক হীক লাউনা হায়রকই

ইতাও খাংবী মৈত্রেং অরাংবা,
চাম্বরা মরুপ ইতাও অখোংবা
ইতাও নংনা থারম্বা চূথা হে
ইচন হোংবা নেম্বী লমওকৈ
হংস অচাউ কাংদোং ফারক্লে
মোংবা য়ুমগা তম্বা য়াবক্লে ।
অৱাংবা নোংমদোন নরান য়ায়দগী
লৈচীল পোম্মায় খজিক হাংদোক্না
থাম্না মিৎয়েং শাংদোবীরকউ ।
ঐনা লংজখি ইরাল অপুম্বা
ঙাকপীহৈবা ইতাও নহাক্না
ঙাকপগী ঙাকপা ঙাকপীয়ুকো ।

(লৈকাই কোয়বা—তাঙ্কক লোইরে ।

---

# চাউ ওকনরেল মাইপাউ

লুরাং ইনিংথৌ ক্যাতেকপা, পুন্সি মীয়াম চন্নবা ইনিংথৌ হুকচাং ইবৈ, শঙ্গাই মাঙোল খেঙোংলাং ফামল ফম্বাল থক্তুদা, ইনিংথৌ চেপ্পা পোথারী। ইনিংথৌ মনাই অঙম'শিং, অমাই মাযচৌ মায়নৌশিং ইনিংথৌবু ইকোই কোই, মশা ফম্বালসু ইকোই কোই ফমফমলাংদা ফম্নবি, ইবুধৌ লাইপাউ ঙাইনরি।

ইনিংথৌ মাযচৌ অম্রুপ্পা
বাক্কী অমা লৌরকই—

লাইযামশিংনা হৌদোক্লম, ঐথোয় মুক্না কাঙজৈনি লাইনিংথৌ নোংপোক নিংথৌনা, কাংজৈ কাংসোন হৌদোক্লা লাইযামলক্কা শাংখি। মার্জিং ঈকপ নিংথৌনি য়াঙ্গোই নিংথৌ, নোংশাবা, খোয়রিফাবা, ঈকোপ নিংথৌ লোযারাকপা তবেৎনা, নাকপাক অমা ওইহল্লে।

থাংজিং, রাংব্রেন, নম্বুল্লাকপা, ওক্লবেল, খম্নাংবা, ঈরোং নিংথৌ কৌব্রু লাইগা তরেৎনা, নাকপাক অমা ওইহল্লে। মার্জিংগা থাংজিংগা লাম্বানি, ঈকম নিংথৌগা রাংব্রেনগা

যাঙ্গোইনিদি নিংথৌগা, নম্বুল লাকপগা লাম্বানি। নোংশাবা ওক্লরেল লাম্বানি, খোযরিফাবগা খম্নাংবগা ঈকোপনিদি নিংথৌগা, ঈরোং নিংথৌগা লাম্বানি লোয়ারাকপগা কৌব্রুগা, লাম্বা লাম্বা শীঞ্জিল্লে।

লাইনিংথৌ নোংপোক নিংথৌনা, কাংজৈ কাংক্রুম হুম্রে হুন লাইয়াম্লক্না শাম্নখি। তরেৎ অমনা থারম ওন তরেৎ অমনা অরাং ওন, থাগা রাংগা ফিরাল যুং কাংক্রুম হল্রে হুনখ্রে। মাজিংনা কাংক্রুম থুনখ্রে পাঙল তনচন চনখ্রে, পোরবা থাংজিং ইকাইরে।

অমুক পন ওন শাম্নরে, খানা বাংনা য়ৈত্রে
বাংনা খাদা য়ৈত্রে, চীংঙ্‌ থাংজিং হুংডোহীগ্রি।

কৌব্রু লাইস্নানা লুচিংনা
লাইরেম্বী ময়াম্না পোৎলায়ে।
লাইয়াম পুম্বা হরাওরে
হরাও মথে লাংনরে।
চীঙ্‌ থাংজিং লাইনিংথৌ
ইকাই কোম্না হরাওরে
শজিবু চৈরাও খুদিংদা
কাংজৈ শাম্নবা লেপ্নরে।

পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
ফম্নাইবনা চঙলক্না—

ঐবু লোইবা লৈমাবা
ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ
ঙাঙোই লৈবাক মপুরেল।
চীঙ্‌ ওক্সরেল খোয়ুম্বী
লাইনিংথৌ অহুম্বপা মপ্পাউবু
অমাইশ্নহুম্ননা পুবর্নি।

লুবাং ইনিংথৌ ফাতেকপা
ইনিংথৌ মানা পাউওকই—

হুঙাইরেদা ইদাইরেম
নকম্নাংদা লৈঙশিন্নবি।

কুমজা খুদিং মতৌগুম
কুমশাং থিবা হৌবা-লোং
শজিবু নোংজা-শানবনা
মুক্লা কাংজৈ শাননি ।
খুনথক খুনবা রৈনা
থুরুং লৈবাক থুংনা
কাংজৈ পাউবু চেনখ্রো ।
কুম খুদিং থোইবৈ থোইবা
কুমসিদু ঐনা মথোইনি
ঐদি হকচাং উবনা
কুমদৈ য়েংবা থোকগমলে,ই
লৈবাক কুমদৈ মুংঙাইনবা
অঙম্বনা শীনবীনিদো ।

পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
ইনিংথৌ ফম্বাইবা মহাক্না –

মীক্লাই ইখুঙো ইনিংথৌ
নদাইরেম্মা চুরে য়েং
খুরুউ লৈদা, লৈতানা
ইনিংথৌ মোপীক শিখাবু
ফ্লিগ্যাও শানা য়াজরি
লুরেল কোক্তা থোজরি ।

ওহাক পুক্লোই মরৈরা অমাই হজা' চঙলকই
ইনিংথৌ অ। থাউদদি খুরুউ অমী লৈতানা

"লুবাং ঙাংঙোই ইনিংথৌ, নদাইবেম অমাই হুঙবনা
চীংঙৱ ওক্করেল লাইনিংথৌ নবুধৌ অহকপা মপাওবু
লুবেল থোংনা পুজরক্লে, তাবীনিদো ইনিংথৌ"
অমাই হুঙবা মহাক্না স্না মাঙদা হংগৎচৈ।

"চী ঙৱগী অহকপা মপাউদি, কোরৌ নোংদা কাকদে
মালেম লৈদহু তাকদে, চবৈ ঙক্লা যেৎনা
খুকউ লৈদা ত', ফিগাও শানা যাজবী।

"কাংজৈ কাংহু কাংক্রম, অতৈ পোৎচঙদি লাইরি
লুবাং লৈবাক্কা ফংবা, খ্বাইদৈ চাঙবা নীংথিবা
ওক্লেন লাবা অমত্তং, শবেন ভূবা তাবিদো"

"ইবুধৌগী অহকপা পাও, মখা তাবিসি ইপুও,
কবি থৌজাল লনকুবা, তাকপীনিদো ইপুনা।"
লুবাং নিংথৌ মহাক্না, মরক থৎনা হংলকই।

বুমজা অনী শুবেদো, কুমথি বুমগাংনরকপা
পায়মা তিল্লাং থকযোৎনা, তাবীনিদো ইনিংথৌ
লুবাং খালৈ লৌবুক্তা, ফোনা নাহৌ তমখিগ্রে।
পাৎকী শোইমিং পুম্নমক, লেমলৈ ঙাশক উখিদ্রে
পুখ্রি খোংবান তু-খোং, লৈক্রক ঙম্না চৎগ্রে
ওক্লেন শরেন চন্নদি, কুমগী নোং লাকহুন্নি
লুবাং খুঙ্গাও লৈচাওনি, লৈবাক চাহোং ঙাহোংনি
লৈবাক প্রজা হুঙাইহনগে, নিংথৌ পুন্সি শাংহন্নগে।"

মোংমা কোরৌ মোংঙাদি, নিংথৌ কয়াইবা পম্বৌদি
মপান্নী উনহৌনবা, ঙসা মরান য়োয়কই।
পম্বৌ মানা হায়রকই, — "পান্নী চহৈরোং অপানথা'!
পান্নীদি মুক্তা কাংজৈ, কাংলোন তমগনা' নত্তেমা
লৈবাক লৈঙাক য়াউদৌনি, হুয়েন লানগী মতমদা।
লাম্মী নুচিং ওইদৌনি, পান্নী অথোবা নহাকপু
অকাও ফিজংনা কুপ্লুবৈ, নিঙমদা মৈচাক চান্নিদো।
লাল্লোই হুজদা ওনশিন্না, পম্বৌনা মথা তারকই"
অঙম্বা লাল্লোই হুজবা, হুয়েং কৌবা নোংদগী
অযুক্কী য়েন্দা অহানবদৈ, থাংগী তাগী তেনগী
কাংলোন নীংথীনা তম্বীয়ু, অচম্বা পান্নী নত্তেকো

"ফয়াইবৈ ম্না য়াথং, ফিগাও শানা য়াজরি"
থাংগী তাগী উজাদি, লাল্লোই হুজবা থুমকই।
ফয়াইবা পম্বৌ মহাক্না, মথা অমুক তারকই,
'পান্নী নঙবু অথোবা, য়াঙ্গোই শয়াংথক্তা তোং
থাংগী তাগী তেনগী, লাল্লোং ফাওবা তমদৌনি।
থাম্বী মৈক্কেং অরাবা, ইতাও মানা থম্বা
পান্নী য়াঙ্গোই অনীথক, পম্বৌ ঐনা থম্মিদো।

ঙসি কোরৌ নোংঙাদে, পান্নী নখুৎ চক্করো।
অঙম্বা লাল্লোই হুজবা হুয়েং কৌবা নোংদগী
থাবুন অহুম শুবগা, পান্নী ইপা-ইচা
য়াঙ্গোই শয়াংথক্তা তোং, থাংগী তাগী তেনগী
... অকবা লাল্লোংদি হুকথেংননা থুখোক্লনি।
... য়াওনা তম্বীয়ু, অঙম্বা শনায় চোপচনি।

নিংথৌ কয়াই পম্বোগী, খৌদীকখোম্না কনবনা
পান্নী চাউদা চহৈরোং মরূপ উন্না কমচাউ'গা
থাংগী তাগী তেনগীদি লুবা লাল্লোং পুন্নমক
থবায় য়াওনা তমজরি। 'ওম্বা লাল্লোই হঙ্গ'সু
চোম্না য়াদে খনবদে, থবাই য়াওনা তম্বীরি।

কোয়ৌ 'ভানবা তাওদনবা, নোংচুপ চীংদোল লৈথম্রে
কোয়ৌ শীখোঙ য়াইখি'গা, পান্নী চাউদা চহৈরোং
মরূপ উন্না কমচাউ'গা, য়াঙ্গোই শয়াং থক্ততোং
খমত্রাংননা থৌহুনা, 'ওম্বা পম্বো মরান্দে
মোংবা মরান তম্নকই। উন্না কমচাউ' মরূপ্না।

লশিং লৈবু শেথাজে—
লোইবী চীংদা শাংপা লৈ
লোকমায় নাপোম ভান্নলৈ
থৌহু মুঙ্গাই হেন্নরৈ
মরীং পামদা ওংবা লৈ
লোইবী পাম্নৌ লৈতেং লৈ
শীঙেল লৈরাং লশিংলৈ
মরীং পামগী লশিংলৈ।

ইভা ইঙেল থাদবু
লৈরাং লৈশাং তম্বা লৈ
মালং শহুম ফংদনা
তাইবং খোঙ্গেল তাদ'তা
মঙক মদোম নোমজ লৈ
শীঙেল লৈরাং লশিংলৈ
মরীং পামগী লশিং লৈ।

শীঙেল নৈশাং তম্নগা
মরীং ইপা ইপলনা
কোরেল থাংজৌ খুত্তা পায়
লৈরাং লৈখোক হাংবা লৈ

শীঙেল লৈরাং লশিংলৈ
মরীং পামম্বী লশিংলৈ।

মরীং য়েনবোম্ন‌ংহ্নদা
কবো শেনবী পয়ানা
লৈরাং পোমায় তুরগা
মপু সনা কৈথেলদা
অয়োন থাজা তম্বা লৈ
সনা কৈথেল ঙান্নবৈ
শীঙেল লৈরাং লশিংলৈ
মরীং পামগী লশিংলৈ।

নিঙোল শিম্বা শিন্দমলৈ
নিঙোল পোকপী পলেম্না
তরেং শেঙ্গা তিংজনা
লৈরকপা শীঙেল লৈরাং
শীঙেল লৈরাং লৈচাবু
শেংনা খাইনা মল্লগা

তাংবোম নাইদা লংজানা
নিঙোল নাপ্পা শিনশঙদা।

ভরেং তাম্বা মতুংইন
মুংশি মপাউ ওাইনা লৈ
পুক্লিং কিশি থোক্লা লৈ
শুরাই মাম ওান্নলে
পুম্বুম শমজি হেন্নরৈ

শীঙেল লৈরাং লশিংলৈ
মরীং পামগী লশিংলৈ।

নমু পুন্সি তুশাংশিং
ওাইবং খোঙচৎ লিশাংশিং
পুন্সি শোযনা মকপ লৈ
শেংনা থানা য়াদা লৈ

শীঙেল লৈবাং লশিংলৈ
মরীং পামগী লশিংলৈ।

ইতাও 'বুঙো চান্নবা, নৌদা নৌবী তনৌবী নিঙোল ওইবী মহাক্কী, ঙৌশ্রোক ঙৌবী থুংশানা শিঙেল নাচোম শেম্বশুম, চরৈ ফিবু শাৱল্মী, য়েংদশিন্না য়েংলকপা, মুবাই মিংয়েং নায়েংদি মুংশিরোই কবি হায়সিগে। ঈতাও নঙগী লায়বকসে ওম্বোক ফনা তম্বোইদা, পলেম পম্বৌ মতৌনে নিঙোল ওইবী মহাক্তি, ইতাও নঙগী ওইবদি ফক্লাং লৈতুম থাগুম্মী, 'হুবু পুক্লিং খঙত্রিদো।

মরুপ য়াম্না তাবদা, পাম্নি মানা থুম্নকই—
'মুক্তা চীলোরুদ'না অশেংবদি খঙ্‌ঙমদ্রে
মুরাই কাইদা য়েংলদি, পামু মুংশি ম্নাখলদি
পুম্না ঈচেল অমদা চেনমিন্ন'দ্রা থম্লিদো।"
'ছুবু ইতাও মুংশিবা, অমুক-অমুক খল্লুদা
থম্মোই নীকই কিবনা, নিংশা তোয়না ফুল্লকই।"
মরুপ অমুক পাউথুম্মী,—"মুরাই মুংশি থৌম্নিনা
লৌখ্রৌ কিশি কিগ্রবোই, মরুপ' থম্মোই মুংত্থদা
লুম্বু লুম্বু শাগুম্বা, মরুপ ঐনা উ'জদা।"
পাথৌ পাখং অনীদি, মুবা লাংলেন লেনবাগী,
ম্নারীনা লম্বী তেম্নবা, মোংবা মম্নান তমখরে।

পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাই, 'ঙম্বে মোংবা মম্নাম্নি
ঙান্নুবোল চীংয়ায় ঙানবী তালোই মানা হায়বকই—
'ইমোম পোকপা পম্থৌ-ও অমুক্তদি তাবীম্নু
থুমন মচা লৌথিবা, পাখং শম্নি ফাম্নেদো,
পাবী চহৈবো' মহাক্তি, অঙাং নাম্না তনৌম্নি
মখোঙ মখুৎ তেক্কদ্রা, মীপাইদবা ঙমদেদো
কুমসি মুক্না কাংজৈদা, করিগী লাম্বা শীনবীম্নি
পানা পাম্মোম ওইবীবি, লাম্বা তম্না শিনবীম্নু।
নিঙোল পোকপা পম্থৌনা, তম্না পাউবু ওক্লকই—
"করিগী নঙনা ম্নাবীম্নি, মখোঙ মখুৎ তেক্লম্নু
অমাই হঙ্গা লৈম্নিনা, মম্নাইনা শেমজিন শাজিন্নি
পম্থৌ পাউথুম তাবদা, নিঙোল পোকপা থুক্লকই—
"হাইগ্রেম্নদি নংচদে, কুমসি লাম্বা শীনবীম্নু।"

"অপাম ঙুংশি খঙলবা, মোংবা য়ুমগা য়ারবা
লোইমোম ফৌবোং পুঙবা, খঙঙু য়ারবনি য়ারবা"

"চীঙুক্তা খুঙবা নচ্চদে, পারী শক নৌরিদো"
পলেম নমামা অমুক্তা, পম্বোগী চীঙুক্তা থুম্মকই।

"ঙুপা ওইবৈ পুম্নিসে, শাফম-লানফম মপোক্কি
হন্না হন্না ফেংলগা, হন্না হন্না শঙলগা
মথৌ মঙন হাপ্পনি। ইতাও শারেন মোংশানা
তোকপা পোকপা হৌনদে, পারী চহৈরোং অপানবা
খোঙ্গাও শঙউন চাউবনি, মনম লৈদা তাঙ্গরি
অহু পূঙ্গে মথক্তা, উজ্জা নাইনা তম্বীরি,
মুক্তা মরো মখঙবা, শরিৎ শরাৎ মইক্বা
ঈংনা চীক্না শাম্ম'নি, অহু খঙনা শীনফনি।
নসি য়াসি থমখিসি, ইমোম লাংলেন লেনবীহু
মঙ্গং মতম চারক্লে, পারী চহৈবোং মহাকমু
পাখং শারেপ ফারক্লে, শজিবু কুমহৈ লোইবগা
ওলাং থাম্মু চঙত্রিদৈ' পারী ইমোম অনীগী
মোংবা য়ুমগা তম্মাংই। ইমোমগী য়াদি লাইরিদো
পারীগী পীবুক খঙদোক্লু, পারীগী পীবুক্তা খোয়চংদা
তিন্নাং খোয়দাবমত্রবা, পলেম পম্বৌনি হাযনমু
নমজা নমথেক্কা তোম্বসি।" পম্বৌনা চীঙোই মেল্লকই।

"ইমোমগী পুক্লিংদি কৈদোম্দে, পারীগী পুক্লিংমু য়েংবদা
ইমোম ওইবা মহাকপু, পায়মা খোয়দাঙম নউক্তে।
চীংঙু ইবুধৌ খংজংনা, ইপোবা গুমোম অনাবু
পুম্নি লৈপুন শেংবা, পাইমা হুংদা খৈজো।"

"পারী পোকপা পলেম, ইচল হোংবী নেগীবু
নঙনা শংবা মোংজাদা, তন্না চৎলা উনরু
পারী পোকপী মমানা, পারী পীবুক খঙলম্মি।
পারী ইমোম অনীবু, পুন্সি লৈপুন শেপদা -
মোংবা যুমগা তম্বদা, ইচল হোংবী নেগীবু
থরি মথৌ পুহল্লোই; লিকোল পানা তিংহল্লোই।
কুমজা লাংহৈ কুইনবু, মপাবী চাউই যোকপদা।
রাজরক্কবী ইচম্মি, নঙগা ঐগনা থৌপুনি।
রাকম অতোপ্পা অমনা মুক্না কাংজৈ কুমহৈদি
চউনা পোৎলানগদৌনি, ঐগী পানা শান্নবোই
নগা নচা চঙহনা, পীজ পীথক তৌদৌনি
ইচল হোংবী নেগী, পাবী পলেমম্তু কৌবচো
পাঞ্জল পোরম্থ পোনা, শানরোই মবুক পেলহল্লু।"
নিঙোল পোকপা পম্ভৌনা, নিঙোল পোকপী পলেমদা
রাকম অসি হায়জবা, চীঙ্গোই মপাও মেঙ্গখি।

( চিং-ওরবেল-লাইপাউ- তাক্কসিদা লোইবে )

৮

# পাখং-বৈশা লোবদিমবা

পাবী চৈহৈরোং অপানবা
মরুপ উরা কমচাউপগা
চেহৌমিন কামিম্না পাখংনি
চহী য়েংলে লেঙ্গানি।
ইতাও ঈতাও মিজৌনজৈ
লুনা চানা তিম্মজৈ
ভহাক ফিকুপ অমত্তা
থারদে মরুপ অনীমক।

ন পাং লৈরেং ঈশিং চাইবা, ইনিংথো কম্মাইবা মহাক্না
ফাকবা অংৈ মচাশিং, থাংগী তাগী তেনগী
তুমান নাপ্লোং তমহনগুম, কুমজা লিংথ্রনি মতাগুম

মপারী মাদি চৈহৈরোং
মরুপ উরা কমচাউপগা
মোংবা মরান্দা থমহনা
অহিং ঙংথিন্দ নাইদনা
থাংগী তাগী নৈহে
উজা নাইনা তনহান্না।
ম ... শযা ... তেং
থাংগা তাগা তেনগা।
কাংলোম তন্না লোইবগা

উজা ম্যাল্লোই হরুই

মোংবা ময়াম ইনজিরুৈ
কোরৌনা কোজোম লেমকপা
তাল্লক পোখানা মতম্নি।
মুচা লাংলেন লেনখী
অপোরুপী মদাগা লোয়ননা
তরা চাকশঙ শঙমুংদা
তরা মখেল্লু হৌজরি।
তম্বা উরা-কমচাউপা য়াঙ্গোইশিংমু পুখোল্লা
লাইজা ঈরোন্দা পুথনা য়াঙ্গোই শগোল শাশেংলি
থাংতুপ শম্ব অকপীরি অনৌবা হানৌ কান্দুনা
য়াঙ্গোই পুম্বা শীজরি, অবাং অপা য়েংবীরি।
পারী চহৈরোং অপানবা
পলেমগী থৌদীক মতুংইন
ঈরু শাশেংজথোল্লা
অনৌবা ফিশেং হোংজনা,
পম্বৌ ইংখোল চাইগোইমুং
নোংচুপ হারম পাংবগী
অচৌবা পুখ্রি চাইগোইদৈ
তম্বা মুপা অমনা
পাম্বোম 'মীনা কোনবদা
কাপ 'নী ৱাৎপা খরুংদি
অচৌবা খরুং অমনা
মথা ইথা মথাজা
খজিক হম্ববা অনীনা
মথং মথং লোনখৎনা
লেং খোংনলা পুরগা
পুখ্রিরোমদৈ কারকই।

পুগে থম্মা পুবনি, জন্না চাকশঙমা পুরক্সা
ইনক নক্ল মক্লোরে। কোইথোক নাকোই পুরক্লি
পস্থো সুমাঙ মন্নাথোক কোথোঙ হোজং লোমদগী
খোঙকাপ নাউরে লাউনা, থাংলা থাংলা চঙ্গলক্লি।
থাই লাংলেন লেনবী, অপোকপী পলেম মমাগা
তন্না চাকশঙ থুংদগী, কুমহৈ ওইনা য়েংজরি
নোমোন মোমোন মনোকচৈ। মতা লাংলেন লেম্বীনা
পীবুক্লংদা খন্নকই, মঙাওখিনা ঙাওইদা
ওম্বোকপা পাথংনিদকো লাঙ-হুম লঙনগে থঙনিদো।"

পম্বৌ মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং, দাড়ী ময়া য়োবদা
পাখং চঙ্গ্ লেপচরা, ঙকশম তোংদম পৈরপ
থরুং অহমহু য়েংখংচৈ, অমুক্তা থাংথম্বে খজরি।
করিওম্বা' থুজিল থুনাম্বোক, থরুং অমা শোয়রহু
খোঙ্গোংলাংদা ওইবরোই, সুমাঙ মথৌবুংদনি।
রাংডি লুম্মী থরুংহু, কদোমদগী খোরকপনো
হুচা লাংলেন লেম্বী, থুংলৈ থুনা খোরকচা
মতোন থংবা থরুংহু মুঢ় না ইরন থাংথরে।
লৈদা তন্না থম্বগা, অমা থাংথগে লামকপা
মুঢ়া খুজেং পালোইনা, পাখং মানা ফাগ্রে
মুঢাবু চিংনা মথেংজৈ, মিং মরী চানজা
ঙহাক পুঙ্গাই লৈখ্রে। মাজং নাহু কৈদৌদে
পম্বৌ মাঙ্গোল, খেঙ্গোংলাং, শঙম পীবা মতোক্লা
মুঢ়া পাখ তৌক্ল চঙ্গ্ লেম্মা য়েংজরি।

ওহাক পুমচাক চীকখ্রে। অচৌকপা পুগাইরবা
সুড়া পোকপী পলেমনা পারী চহৈরোং অপান্নবা
নচনগী চাইথশেন পুখমগা, লাইজ ঈয়োন চমক্রে,
নচীন নৌপবা চংমিন্না ফংন মুক্তা খিবাপু
পারীনা কাখৎলকপদা, তরা চাকম্ব শীন্নমগে।

খুত্তা কোন্নিক থরা পায়, মিত্রল চেঙ্গা চেঙ্গুয়া
হকচাং তনীক তনোকচা, পাখং মাওদা থানা
লৈদা মরু সুকচন্না, সুড়া মাদৈ চংচরি।
সুড়া পাখং অনৌমক, পুত্রি মপান্দা থুংলরে।
কি-তুকচা পুখ্রিনি, লাইরেন লৈবু হায়নৈদো।
সুড়া ওইবশিংদদি, মাইতোম কুম্বা ওন্নদে।
করিগুম্বা নোংজাদা, মতোমতা ঈপোম মহৌজ্রে
করিগুম্বা নোংদনা, ক্রং ক্রং লাউনা লৈওল্লি
লাইজ কুচু মওল্লি, অনৈবা, অশংবা, অঙ্গবা।
ঈশানথাগী মতমদা, লুম্না খোঙবা খোঙ্গেলম্বু
পুখ্রি চাগোই সুংদগী তাবা ফংঙি মহায়নৈ।

সুড়ানা পুরকপা কোল, পুখ্রি মপান্দা থমখ্রে
নিঙোল ওইবী মহাক্না, খুত্তা লৈতুম খরা পায়
কোলনা তাখি মফমদা, লাইজমুংদা মথৈ।
মফম লান্না হুনথ্রবোই, অমা অমুক পায়খংচা
অমুক তম্না মহুদৈ, হাইফেং নোকফেং তৌরম্না
অমম্ব অমুক মথৈ। পাখং মানা খনবনা
অহানবা লৈতুম মফম্না, চাইথশেন তাবা মফমদি
অনীগা অহুমগা মফমা পুখম তাখি মফমদি

অপাবা পুখম্না তাবগা, ঈরাংয়দা পাইথা তাকপনি।
হুড়া মাদি ইকাইথিবী, মথংলেম মাঙ্গা মমাঙদা
ইকাই-খুম্বংশি তনীকচা য়াংকোক থৈগুম থৈজনা
খুৎচা তনীকচবনা, মপামুক্তা চানত্রি
মহুগী নোকফেং মতৌজা, মশাবী লোঙ্গানা ময়েংজে।
মশানৌ নোকযেং উবদা, পাখং মাম্ব মনোকচৈ।

চাওদম শাংদম্ মশাবী খুদৈ অ'চ'ৎ মহোংজা
লাইজম্নুংদা কুমথরে, মশানৌ চিংনা ময়েংলম
লৈতুম্না তাখি মপাদা, লাইজাম্নুংদা লুপখ্রে।
য়াংলেন ফনা বুইখ্রে, মশাবী ফাওগৎলক্লে
লাইজাম্নুংগী ঈরীক কোঙ্গোন, থোঙ্গা মপাদগীনা
ঈয়ায় তম্না ফাওবকপা, পরেং শানা মউজে।
ফাওগৎমক্লক্লবদা, হুংশা থিরবী নিংছেনদো
থোঙ্গাদা তম্না বুমথরক, মথংলেনবু হেংজরি
খৌরাংনমক্তা ঙাইজরি, অহু ফাওবা ফাওগৎত্রে।
পাখংনা ঈরোন লুপ্লগা, হুড়া থম্মোই পুথ্রবৈই
ফাওগৎমল্লক্লবদা, হুড়া পেহো পেহৌবি।
হুড়া খোয়চি নিংতোলদি, চেঙ্গম চেঙ্গানরক্কে
পলেম মমাবু কৌহনা, উরা-কমচাওবু অমুক
ঈরুপহন্না থিহল্লগে, হুড়া পুক্লিংনা খল্লকই।
পাখং মানা খনখনা, ঈরুপমুক্তা কোলনী থুম
পাখং হৈবা-শিংববু, হুড়া মাঙদা লোমগে
হুড়াবু হক্লা উহনগে, পায়মহুংদা খঙ্গরি।
হুড়া তৌফম খংদ্রে, হুড়া খনফম থোক্লমে।
হোহাক পুঙ্গোই লৈরগা, মা চীংদোংপোক্লগী
মচৈ কাইরৈখোং মরক্তা, য়োই ময়াই ভুমিংমা

খবীশেন কোইরেন অপানবনা. চীথৈ থোঙজিং, লৈনদি
মালেমগী খিং খিং থেংনারকুম অপাকপা চাইগোই, ময়ায়দা
অমুবা লাইলাম্বংদগী মশাবী মাংলা ফাঙগৎলরে।
লোইবী চীথৈ চীংলক্লা নোংপোক চীথৈ অপানবা
মফম ইখঙ খঙহৌদা, ভৌগ্রোক ভৌনা থোরক্লুম
ভৌগ্রোক ভৌনা থোরকপা, মুড়া থম্মোই মুংঙাইরে
পাখং ওইবা মহাক্লি, ওইনা চাইশেল মপায়রে
য়েৎনা পুখম মপায়রে, লোংদাও তাওনা ঈয়োইরি
মুড়াইনাক্লা চঙলকই। মুড়া পীবুক্লা খল্লকই
"মডাও থিনা ডাওগ্রেদা, ওস্থোকপা পাখংনিদকো
মিংলু অনী তরংহৌ, মায়থোঙনদি মোমোন নোক
নিঙোল মতৌ উবদা, পাখং ঙকপা থেংগ্রে।
খঙৎলকপা কোলম্বু, মশানৌ খুত্তা শিম্বরে।
নিঙোল মাম্বু লৌথৎচা, কংকাল তাম্না কাগ্রে
কোলবু ফেংবা ফমগ্রে। থবাই য়াওম' মহকচাং
হংলা পোলাংগুমগ্রে, নিঙোল পুক্লিং তয়াংগ্রে।

পাখং চহৈরোং অপানবা, ঈক শাশেং লোইজরা
অহংবা চরৈ হোংদোকচা, নিঙোল মাক্লা ফমজরি
মশানৌ মাবু ভাইজরি মথম্মোই ওইরবী মণিগুম
থম্মোই লুম্না শংজরি। পাখং লোক্লা মিয়েংনা
থরো মানবা মিৎলহানা, মুড়া থম্মোই কাইহৌরি।
পাখং মিৎনহা অনীনা, মখুৎ অনীগুম তিংথোরক
মুড়া থম্মোই কাগ্রবোই, মুড়াই থবাই মঙামক
চকচাং পোলাং থুগায়না, পাখং নাক্লা লৈগুমগ্রে।
পাখংনা চেৎনা কোনগ্রবোই, হরাও ফুমুং চৈথেংদো
হকচাং শীম্না কাওরকপোই কোল ফেংবা লেপ্লনা

তারকপা শন্নাং হাইকং পোইঙ্ চেঙ্থা মিংঙেং শাগৈজে
মিংনহা মরী চানজে, হুচা হ্নাপিং মতৌবু
মালংনা ঈন্নম লেপ্লনা, চল্ল লেন্না য়েংজরি ।

অচৌবা পুশি চাইগোইহুং পাখং মানা মরেংজে
মহুক্রী অমুক বাংমদা
পাক্কা তান্নিবা লন্মাংহু;
অশংবা লৌবুক্কা শনজ্রিবা ফিবান খোম্পা লৈরিবা
মুরৈনা চীংশাং পরেংনা
য়েংবদা পৃ-ক্লিং হুনরি
মিংঙম হোংবা য়াদরি ।
ফজবা পৃথৈ মপৃংসি, মুঢ়া মানা ফাহল্লি,
পাখং থম্মোই মুংহুদা মালেম পৃম্বা অসিহু
মুঢা মানা মওইরি ।

"মুংশিবগী পৃমহৈ, নিঙোল নহাক্কি
তেংবানবা পৃম্বন্থ, নিংঙোল নহাক্কি
পৃম্মক উম্নবী, নিঙোল নহাক্কি"

খাফম অসি হায়জলীং
ইচ নাংঙান্দা য়েংলকই
ঙাংখোকপদি উমজদা
ইকাইনা অমুক লুকখ্রে ।
মুঢ়ানা যেংলকুমজদা
পাখংনা "মা অমত্তা"
অমুক তুম্মিন লৈজে
মথা তাবা উমখিজে ।

কোনন্থ ফেংবা লেশচন্না
মুঢ়ানা তুমিন ঙাইজরি
ইকাই ইকি ছন্দোকচা
নিঙোল ওইবী মহান্না।
"হায়বীয়ো, ঐমু খুমজগে"
ইকাই ইকাইনা ঙাংখিবা
ইকাইবনা হেন্নখিবনা
ইকাইনা লুকথা থাঙজখি।
ইকাইগ্রবোইদো পাখংমু
লোল থোকখিদ্রে পাখংমু
খুম্বা ঙমদ্রে পাখংমু
খোইরুম মোমোঞ্জে পাখংমু
লুকথনা থাংগ্রে পাখংমু।
মুঢ়া পুন্সি হীরেন্দি
হীনাও হৈনা শাবীযু"
হাযজগে শেম শাজরি
নিঙোল ওইবী মহান্না

"হায়বীয়ো ঐমু, হায়জগে" মোমোন নোক্না হাববকই। পাখং মামু মোমোম্বনা—"হান্না হায়য়ো, হাযজবগে" অশিং তান্না লৈনরে। নিঙোল মায়থোঙ থম্বালন্দি ঙাংতক তৌবী চাবান্দে; মুঢ়া মানা "হী" হাযবকই মমিৎ মরী চান্নরা পাখংমু "হী" মথুম্মী।

ঙসি মুঢা পাখং অনীমক
মখা তানা অমুক ঙাংনদ্রে
পুন্না য়েংনা নোকমিন্নবনা
থাহং পাওখুম অহুম ওইগ্রে।

(পাখং-লৈশা লোন্দিবা—তাঙ্ককসিদা লোইরে)

১

# নিংথাই-শংদানবা

"লোইবী চীংগী নপোমদা খোইমুনা ভংবা তাবদি
মুচাগী মপাউ ওইরবোই পাখং ঐনা খঙ্গে।"

লোইবী চীংদা থাক্লা লাং
শন্নানিদি কোঙ্গোই লাং
অয়া অনেৎ অথাক লাং
লোইবী-চীংমীনা থাকপা লাং
য়ারৌ শক্তি ফানা লাং।
শীঙেল পাংখক্লা থাকপা লাং
পঙ্খৌ মাঙ্গোল খেঙ্গোং লাং।
পারী চহৈরোং অপানবা
অপাম মুংশি থৌরিনা
ঔগ্রী কিশিগুম কিগ্রেদো।
নোংমগী মথৈ পাংথোকচ মহৌশা মহৌশা মতৌগুম,
পারী চহৈরোং অপানবা
চান্নরা মরুপ কমচাউপগা
ইনিংথৌ ফম্মাই পঙ্খৌগী মোংবা মরান য়ায়দগী
অহিং তাংলৌ অথেংবদা
চেক-মোক লাওব্রা মতমদা
নমু কনা উত্রবা শরোই শারা মরক্তা
লুরাং য়াংদৌ শোয়োক্তা
মতীক ময়াই অকনবা
কাংজৈ কাংহ অমদি খুপায় চেৎনা মপায়জা
য়াঙ্গোই শগোল তোংহনা
খুৎলাই তম্মুদৈ হল্লকই।

কোঙ্গোই চেৎনা পুনশ্রন্না, মরূপ চহৈরোং অপানবা
বাসু লাংসু ঙাংদা, অপুনবনা পুষ্টনা
মমুন ফানা লৈগ্রবদা, মরূপ উরা কমচাওপনা।
"থম্মোইমুংদা ওমচারুবা, ইতাওগী মুংশি মৈচাক্তু
মাযথোঙদা মমি তারেনে। ঈখায় অমা পীত্রদি
মরূপ খাঙফম খঙলবোই, মুঢাই মপাও তম্মুবা।"

মুঢ়া মুংশি ঈচেলগা, ঈচেল তিন্নগন্না খঙ্গেদো
মুঢ়াগী য়াবা অশেংবা, তাদবনা লম্মুরুরে।
পুং-পাং গুনা য়োক্তুসিদা, পাখং থৌনা ফঙমদ্রে।"

মুঢাগী চেংলৌদি উরু, মুংশি মপাউস্তু তারু
মুঢ়াই পায়মা মুংগী, অরেপ্পা য়াবাদি মখঙদা
উনবী পুরিং লাঙবদি ঈশিং ঈচাওগুম হেঙ্গৎনি।

"চীঙ্গোইবীরিবা য়াবাস্থ, অচুম্বনিনে ইতাও
মুংশি মরান্দা লৈঙমদা, নাওরৈ খোঙকাপ থাংঙমদা
য়াংদো লম্মুরুগ্রে, পোকপৈ অসুম তৌবক্তি।
ইকায়থীবী মহাক্লা, যেংদশিন্না য়েংলকপা
তুম্বরুবা চীঙোইনা পাখং থম্মোই পুঙমদ্রে।"

"খঙলে ইতাও বাররনি, মুংশি খাম্বী মৈচাক্তি
মুংশি মাগী য়বাতনা, বাকচিং ঊলেনগুম মৈমুংনি।
চেক্লাচাগুম চীন্দ্রিমা, পোম্বী চাগুম চিঙ্গোক্লা
নিঙোল পায়মামুংগীদি, অরেম্বা মপাউ লৌবীয়ু।

"অচুম্বমক্কি ইতাও, য়াররোই ঙশিসি য়াররোই
অহিং য়াতা য়াররোই। নোংয়াই খজিক লৈথ'গা
ইতাও হৌবা লাকচগে, ইতাওনা তম্না থোকপারক
মুংশি মরান খোঙদোইসি, ইতাও নঙনা য়াবীয়'

"হৌনদে অহুম্ ইতাও, লৈকাই পনখাল লানবা
মুংখিল মৈরা চম্বা, মীমাঙ থোকপা ভাগান।
পঙ্গৌ পলেম মমাঙদা, করম্না শকপু উৎকনি
করি হায়না পাউদম্নি, ছু উরকপা ঙাইনসি।"

"ইতাও ঐগী হকচাংসে, নিঙোল নাপ্পা শীনশঙদা
উখোকতেন্দা কিবীরদি, মুঢ়া নাক্তে হেল্লোইদকে।"

"অচুম্বমক্কি ইতাও, নৌনা য়েন্নৌ হুন্নকপা
অনৌবা উরি'হৌনশা, অনকপা পামেল থিরক্কনি
মুঢ়া নাক্তা লৈরগতা, পাখং নকা লাম্মক্কনি।
ইবুধৌ থাংজিং লাইনা, পুজি লৈপুল শেম্বীসম্নু"

নবা খোয়থুম্বা ভাবদি, পায়মা খৈনা পেল্লে
ইবুধৌ থাংজিং মকাদা, থম্মোই হীক্না নিজগে"

"ইতাওগী অশেংবা থম্মোইবু, ইবুধৌ মানা ঊবীনি"

চান্নরা মক্কপ অনীমক, অপাম মুংশি রারীনা
লম্বী ভেম্না রারী ওই, রারী শানা লাকমিন্নৈ।

ভাংজৌ লৈনা থেংবদা, ঙান্নুরোল হোংবী নেম্বী
অপোকপী পলেম মমানা—"পারী চহেরোং অপানবা
কুমদি শজিবু কুম্মৈদি, মতম পংম্মুই কুইরম্লে।'

পম্বৌগী য়াথংস্থ হিক্রোকফদে, পারীদি অঙাং নরানি
শরু তনৌ তনৌরি, কখি ফুশোক্লা শামম্ব।
শামদা য়াদা মশামৌ, পানা শাম্নরোইশিংহদি
পাখং শরা ঙাক্তনি, মখোয়গা লাম্বা চাদেদো।"
পলেমগী য়াৱা তাবদা, চহিরোংবনা খুমকই
"অপোকপী পলেম য়াথংবু ফিগাও শানা য়াজরি।"

ইম্নুং তৈনা ঙাল্লকলে, মথংগী কোরৌ নোংজানি
ইনিংথৌ ফম্নাইবা অঙবা, পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
তালোই নাক্তা চঙশিল্লক চীঙ্গোই মপাও মেল্লকই
"ইতাও খুখা হৈসিদি," লমচৎ শাজৎ ফজৈদা
মহৈ মশিং তম্ববু, ওম্হোক্লা মথৱাই য়াওখ্রেদা
লোয়া তম্নোন অঙনবা য়েনখোং অহানবা খোংবদা
ছুবু খজিক উরকপদা, খুৎলায় লোয়শঙ থুংলৈদো,
মকুপ উরা কমচাওপগা, থাংলেন কাংলোন ঔরাইনরি।
তাউজিং হৈশক ফজেদো, হৈরাং মক্ষ লুকইদো,
বাঙাং শাঙাংনা ঈংলিবা, থম্মোই হীক্লা ভুংশিল্লে।
চৎলু ঙসি নোংজাসিমক, ইচল হোংবী উনরু।"

ঙাম্নরোল হোংবী নেখী, স্থঢ়া মোংবা মরাম্নি,
খাখী মৈত্রেং অৱাবা, অঙম্বৈ চরৈশিং অস্থবু
তাবু হাংনা লৌখোক্লা, মালং শউম লাংহল্লি।
স্থঢ়াগী চরৈশিংহস্থ, চরৈ হাংনা থেঙ্গরি
অতোপ্পা চরৈ খরনা, লফু উতি লাকচৱা
স্থংশা চানা ফোজরি, খরমা কাজোন লাকচরি।

পারী ইমোম অনীগী, মোংবা য়ুমগা তম্মনি
ইবুং অঙম্বা থুপ্পমদাই, নবুংগী খুজেং পাম্লোম্না
শিন্নরম্বা থৌদাং পূম্বা, মথং মথং পাংথোক্লনি।
নবুংনা কক্কা পাউমেন্নকই, পারীগী পূক্নিং কমদৌগে?"

"করি হায়নবু পাউদমসিগে, ঐদি মহ চঙদরি
পারীগী পূক্নিং হংদরি, উরা কমচাউ'না খঙপনি।"

"করে মহ্ তোক্লসি, ঐনা অহুম হংলগে।"
মতা চীংয়ায ভানবঁ'না, পাউদু তম্না ওক্লকই।
হেংবী নেম্বী মতাম্ন, মাক থংনা হংলকই।
"ইমোম পূক্নিং কমদৌগে, ইতানা হংবীরব্রা?"

ইমোমগী, বাম্ন থমখিসি, ইবুং নবুং অনীনা
খুংগু থাংলেন চীঙদি, চীংগু থাংজিংনা চুকফা ওই
ইপারী ইমোম অনীগী, মোংবা য়ুমগা 'তম্নবা
শরি নামুংনখিদো, রাশক ভাকপনা মরুনি
নবুংনা অস্তম পাউ'মল্লকই। ইমোম লাংলেল কৈদৌবোই?
পারীম্ন শাবেপ ফারক্লে, ইমোমম্নু লৈশাং তম্লক্লে।
পারী ইমোম অনীগী, হৈরাং লৈরাং খুনা
লৈরোং লাইদা কংনা, মোংবা য়ুমগা তম্মনি।
শজিবু কুমহৈ লোইশগা, খাবুম ময়াম চল্লকপা
ওলাং থাম্ব চঙক্রিষৈ, মপু থৌদা পাংথোকনি
নবু'না অস্তুম হায়রক্নি, ইতা য়াম্না মাক্কেকো?"
মতা হোংবী নেম্বীনা— চান্নবী ইতাক্লোই

করি হায়না পাউদমলিগে। নত্তা ঐদি লাইরবীনি
কনা লৈকদা সুপ্রাবীনি, ইবুংগী য়াথং ঙাকচবা
ঈশিংচাদি লেম্লেনা, বা ঙাকথোক্কে ত্তোবনু
লাইজা ঈশিংনা পনবগুম, ইত্তাগা ইবুংগা অনীদা
হায়নীং ঙাংনীং কয়াদি, পন্দুনা লৈরেনে ইতা ।

অসি য়াদি হায়রবা, লায়রবী হোংবী নেম্বীদো
মিংল অনীদা পিরাং হৌ, মত্তাদা তিঙক য়েংজরি ।
মত্তাগী মতৌ উরগা, হোংবী নেম্বী মতানা
"চান্নরবী ইতারোই, করিগী পায়মা পিনৌনি
ইতানা পোকচাবা ইপারি, নত্তাগীসু পায়ীনি ।
ঐনা পোকপা ইমোমসু, ইতাগীসু নমোমনি,
ইতাগা ঐগা চঙনা, পায়ী ইমোম অনীবু
নাউযোক নাউকোল্লদৌনি, ইত্তাগী করি বাত্তেনা ।
ঐনা লোইনা থৌরাংলে। নবুং ইবুং বাশরুবা
ঐগা ইতাগা ঙাক্কৌনি, পায়ীদং শোয়দা থাংদোকউ ॥

শজিবু কুমহৈ নকশিল্লক্লে, পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
কুমজা খুদিং মতৌগুম, ইবুথৌ থাংজিং লাইনিংথৌ
অঙহৈ পানা য়ায়ফনবা, পুক্লম থৌনিজদৌরি ।
ইনিংথৌ মায়চৌ অহুপ্পবু ইরাং থৌনি পাংথোক্লবা
ইনিংথৌদা হায়জবা, ইনিংথৌ মানা হোইয়ারে ।
কুমজা খুদিং' থৌরমদি, মায়চৌ ত্তোম্বনা পাংথোকপী ।
মায়চৌ অহুম্মৈ অপাম্বা, থাংজিং লাইগী খুবমদৈ
থাংজিং চীংজাওমক্তপী, থবাল অহুম য়াওদৌরি ।
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা, অঙম্বা মাহু কৈদৌদে

পাহ্রী চহৈরোং অপানবা, মরূপ উরা কমচাউপগা
উধ্বা ওইনা থানবা, পোক্লম শীনবা লোইখরে।

পোলাং লৈরেং ঊশিং চাইবা, ইনিংথৌ কম্লাইবা মহাক্তি
ইনিংথৌ হকচাং উবগা, লৈবাক্কী থোপায় পুবদা
তাংলৌ থেংনা হল্লকই। পাহ্রী চহৈরোং অপানবন্থ
পম্বৌ মানা হল্লক্লিখৈ, যুমু কোইনা মশাঙৈ।
নিঙোল নাম্না কিশাশঙনি, নিঙোল ওইবী মহাক্না
খ্বাংগী চরৈ শাজরি, পাখং ওইবা মহাক্না
নিঙোলগী নাক্না কমহনা, মূচা মাবু মশাঙৈ।
মরূপ উরা কমচাউপনা, শজোল কাংবৈ মখুৈ।
নক্না পামেল পাখংনি, য়েম্বৌ হল্লি মূচানি
তোয়না য়েংনজবনা, পাখং লৈশা থোদোনি।
থোনা কঙমদা পাখংনা মতু ইপোন মপোক্না
থম্মোই ঊমচাক্না মখাঙজৈ, ভূকক ভূকাই চজরি।
পাখং মভৌ উবদা, শিম্মৌ লংজা শূবশা
খোইকম্না চীনবাম্বোঙদগী, মূচা মানা কাইহৌরকই—

ঙসি কোরৌ নোঙ্গাশোয়সিদা
লোয়্না অক্নোন অয়ুক অঙনবরৈ
ইবুংগী য়েংবা নুয়ানুয়ায়দগী
লেংয়ান চরৈ লেংদোন য়ান
কাংজৈ কাংহমক্তা খুন্তা পায়
নিঙোল ইরানয়ান্নবু তাকপদি
খোঙ্কাপ নাঙরৈমক্তা থাংলকপদি

খুঙোল লোক্রৌ জ্বলকপা
ইবুং খোঙকাপ মশীংবু
কয়া শুরগে হায়বীয়ু !

পাখং— অয়ুক য়েন্দা অহানবদৈ
ইনেমচা ওইবী নহাক্না
পম্থৌ মাঙোল খেঞ্জোংলাং
মাঙোল মতা ফবদা
নিংঙোল নান্‌বা শীনশঙদা
য়েংপুবু থাদা পমজনা
শনম্বু নমদা খোংজনা
উথাউ পাঙন্দেম তূনানবী
ওইনা ·হুল্লে য়েংনা ওক
য়েংনা হুল্লে ওইনা ওক
নাং-শুনা কারল কাং
লংশ্নী লংজা মরক্তা
তেমনা তেমথেং তোয়বদি
তেমথেং কয়া শুরগে
পাথং কাদা তম্মুবা।

সুরা — ইমান মচানিও সুংশিবা !
নিঙোলবু ওইবী ঐহাকীদি
থেংবা তেমথেং মশীংগা
পাখং খোঙকাপ মশীংগা
চপ্প মাল্লবোইদো
নাইম্নু কিশি খোকচরে।

নিঙোল চীন্দি খজিক য়াং পাউবু ওল্লা মতুংদা
শকফম খংহন হজিন্না 'শাবী মাবু য়েংজনা।

মুন্না— মাঞ্জ নঙবু মুংশিবা
কাংথোক্তা পীবুক যান্নানা
পাখং লোঞ্জা মিংচিনা
মুংশি কাইহৌবীবদি
নিঙোল পূক্লিং থৌবদি
নিঙোল ওইবী ঐহাক্লা
মুংশি নকা য়োৎজগে
মুন্না পূক্লিং লেপচবু
ইবোমদোম রাখল তাগদ্রা?

নিঙোল ওইবী মহাক্কী ইচঙথোবা রাহংবু
পাখং ওইবা মহাক্লা পাকপু খুন্না ঙমদরে।
ইকাই-মুংশি য়ান্নবী তঙাংলবী মাযথোঙনা
মুংশি লোঞ্জা মিংচিযেং নিংশা খজিক হোন্দোকচা
মথা তন্না তারকই—

মাঞ্জ নঙবু খোয়দাবা
পুন্সি হীরেল হোনমিন্না
অপাম মুংশি চীল্লোক্লা
মুংশি পম্বুং তাঞ্জগে
মুজা পূক্লিং লেপচরে।
থাংজিং লাইনা চূকক্লা ওই
চঁঙ মানা চূক্তম ওই
খোয়ুম মানা খঙসত্নু।

পাখং— লৈনম চাউবী শীংজেলনি
অরাঙ' পামেল শাংগীনি
হৈগুম হৈগুং মাইরক্নি
লৈগুম লৈচা খায়রক্নি ।

হুংশি রাখন ঈবেন্দা
পাখং ইদোম তাউজথোক
হুংশি ঈবেন ঈয়াক্না
নিংতোল চাংজৌ মপাদি
থীক্লেম্বনা থুংঙম্লোই ।

হুয়্না— অচাক' শয়ী মৈতালবু   চরৈ' কুপ্পা য়াবরা
থম্মোইহ্নুংগী মৈচাকপু   মায়থোঙ মমি তাদরা
চীনবাম্ভোঙগী য়ায়াদৈ   থম্মোই য়ায়া পামজেনে
পায়মা পূক্নিং থুপ্পীনু   য়ায়া ফিগৈ শেংবীয়ু ।

পাখং— লুরাং লৈবাক চাউইদো
শক্তোই হেনবা কয়ানি
মরল লৈবা য়াত্তেদো ।
নোংদম্বনা তায়োল্লা
থীক্লেম' পাখং ঐহাক্নি ।
য়াংনা থোকপা থাজবু
লাম্বা ওইনা থোক্কত্রা ?
ফনা লৈত্রা পাখংনি
মপী লৈত্রা পাতংনি
তিল্লাং থকয়োংনবীখো,
নিংথৌ ফম্মাই ইমুংগী
লাইবক ফবী নিংতোলনি
পু-পাং শুনা কোনবীনি ।

মুরা — করিরানো পামুবা, তাংজা লিলহা মচানা
মরৈ অনী লোঙবনি, চীংগী লাইজা ঈচেলনা
ঈচেল ফাংনা চেনবনি। পায়রা থুপচানবরা ?
পাখং য়াংদৌ ফাংবগুম, নিঙোল ফাংনি খনবরা ?
চুংশি লাইজ ঈরাক্না পাখং লেপ্ন শীনবরা ?

রাংলেন মতম অসিদা, ইমুংদৈ পলেম মমানা
"পাবী চইহৈরোং অপানবা, তবা চাক্তি খিদোক্লে
তন্না চজিক ওইদ্রিবৈ, তরা চাকরাই তম্নখো।"

তাংলৌ লৈনা থেংলক্লে, পস্থৌ কম্নাই হল্লক্লে
পাখং মকপ অনীস্মু, ময়ুম মরান তমখবে।
'ওম্বে চাকশঙ কাদনি, পস্থৌ চাকরাই তমজরি
নিংোল পোকপা পস্থৌনা, "ইমোম লাংলেন লেনবী
নিঙোল নানবা শীনশঙদা লৈবা উদে কৈদনো ?"
পলেম মমা পাউথুম্মী "কোকপান থোংবু চীক্লুনা
লুপান থোংবু নাহ্নুনা, নিঙোল কাদা তুমখরে
তবা চাকস্মু চাখিদ্রি, মিৎলু নাপোম অনীদা
তত্তা শীস্থু পীবাংনা, মোল্লাং মোনখুম মচোংলি।"
পস্থৌ মখা তাৱকই, "খজিক চারা তোক্লিবা
খাক্লি চাক্লুক অসিবু, পারী চাক্লুক মাল্লিদা ?"
পলেম 'মানা থুম্নকই, "পারী ওমদে হায়বম্মী
তরা খজিক চাবগা, খুৎপু হাম্না তোকখরে।"
পস্থৌ মখা তাৱকই, "ইমোম মাগী মহকচাং
হকচাং ইনীল লৈবরা, মমা নঙবু য়েংবরা ?"

"থোইনা নৈতে মুঙবা," পলেম মমানা খুমকই।
মখোল খজিক হৌনদি, পঙৌ মানা নোক্লগা
পারী ইমোন খুক্লিংদি, কুইরে ঐদি নখঙবা
বারুম করি থোইরোক্কে, পারী ইমোম মনীদি
বাহৈ কারল চররে, পাখঙ নৈশা হৌন'নি,
নাওথি শায়া হেনবনি, হন্দক অমুক চারবা
উংতোল লোমগদৌরিবনি। মোংবা মমগা তমসি
ইচল হোংবী নেঙ্গীনা করি থৌশাদা নৈরবা ?"

"উংগ্রেদকো কয়াম্ন, খঙগ্রেদকো লাইমস্থ"
মমোম পোকপী পলেম্মা, মোমোন নোক্লা হায়রকই।
অচাউ কাংদোং ফারকপৈ, মঙ্গুং মতম ওইবগী
কক্লা কল্লা শাংলকপনি, খংনরা খংনরা মুংশিননি।

পারী মাদি চাউদবা, হয়েং য়েনখোং অহানবা
লোয়া তয়োন অঙনবদা, থাংজিং চীংজাও তম্নবু
খোঙকাপ খোঙদোই হনগ্রনি, পারী' চয়োম কমদৌথি ?

"পারী 'নীগী চয়োমদি, অমমমদি তমগ্রেদো—
অপোকপী পলেম মমানা, অঙথৈ পাউবু ওক্লকই।"

"মুম্না তৌসি মমাও, পারীগী চারুক অসিনা
ইমোম মানা চাসম্ন, ইমোমগী চারুক অসিনা
পারীগী তম্না থিলহনগে, অকা মচা থাগেকো।"

পারী চাউদা মহাক্তি, মপোকী লোইবী কারম্মোই
করম্না থাংজীং চীংজাওদা, নবা মাবু খাঙ্গীরি ?

"অতাওবী নঙনা থওঙাইকো, ইচন হোংবী নেংথীনা
করি খৌশাদা লৈরবা, মথা তম্মু তাগ্রেকো"

"পাবী উরা কমচাত্তৈপে, বাহম তনগে তাবীর
পূ-পাং শুদা নাওয়োকপৈ, পারী পাঙ্গল মথোক্তে
লাংলেন ইযোম্নু, ফংদৌ মান্দে মহায়রি।"

"ইশ! পাবী করি বাখলনা ? পঙ্খৌ গ্রহাক লৈখিদৈ
কনানা করি লাকচনি। কাওদনা অকাও ওইখিবা
লাগুনা অরাপ্পা শাবগী, পায়মা পিনৌ লৈরিদৈ
নৌনা ঈনোং হাপ্পকো। পিতং-পাতংলি না লম্মি,
চাদোন ফিদোল্লি থল্লম্মি, মহুগী মথৌনা হাপ্পনি।
ইশ! পারী করি বাখলনো, মকপা উরম্মনিকো।"

নিংখৌ ফম্লাইবা অঙম্বা, চাবা লোইদা তোক'শ্র;
অঙথৈ মিংলু অনীদৈ, চীংজল লাঙ্গঙা ঈনুংথোক
থিঙেল লাইঙা ঈনমথায়, পিরাং মথণ্ডা শীঙ্খবি।

মমোম পোকপী পলেমন, পিরাং তন্তা শীঙ্খরা
নিঙোল কাদা হাল্লিবা, নিঙোল ওইবা মহাকম
থাওলিবা মোমাং মোনমম, পিরাংনা চোংপা থঙদরি।

পলেম মমানা হায়রকই— "অঙ্গক গুংশিব পারীবু,
নারক মোংশোং মরক্তা, পঙ্খৌনা করি থ বীরি ?
"তাও, হায়গে অপংবী, থাম্বী মৈত্রেং অরাবা
ইতাও অহু লৈরম্মদি, মাত্তক থুম্বা পারা মতোম

য়াবুম অহুম থাদৌনি, করম থ্বিংবা য়েংদৌনি।
সুরাং লৈবাক থুত্তা হাপ, শামী-লাম্মী লুচিংনা
মমা লৈবাক মকজা, য়েক্না লৈবাকপু চন
অকবা থোগায় পুদৌবা, পাথৌ পাম্নী মহাক্কি,
অহুহীকী ঐহাক্না, থম্নুডদা মুংশি থম্বনি।
থাংগী-তাগী কাংলোন, উশা নাইনা তশীনা
পাম্বা কয়া থেংনম্না, অবা কয়া মায়োক্নবা
পারী মথো হাপ্তৌনি, পারী মরৌশিং হেংদৌনি :
শামেন মোংশা মচানি, লাম্বী থেংনা মতৌক্নি,
লাম্লোই হুরবা উজানা, করি হায় শঙন্না ?

পম্বৌ কয়াই অণ্ডবা, অসি বাদি হায়রম্না।
থুবাক অনীনা পুম্নদি, মমায় চেৎনা পায়শিল্লে।
অপোকপা পম্বৌ মহাক্না মথং মথং হায়রক্লিথে
নিংতৌল লাংলেন লেনবীগী, পিরাংগু শীষ' হেন্না।
নীংমত্রবা পম্বৌনা, মথা অমুক তারকই—

ইসঃ পারী করি বাখলনো
পম্বৌ ঐগী থম্মোইমুংদা
তিমেন্না থিনখনা হেম্না থৈ।

( নিংথাই শঙদানবা— তাকক লোইরে )

১০

# মৈ খিবা

থাংজিং চীংজাও মথক্লি থাংজিং লাইগী খুবমদা
পাখৌ চহৌরোং অপানবা
মরুপ উরা কমচাউপগা
মবুধৌ থাংজিং তাইশিক্লি খোইরু থাউমৈ মখাজৈ
মেক্রুক কাংমৈ মখুজৈ
হৈ-লৈ পুরক অপুম্বা
মকম চানা থেজরি খুবমদা ইরেন থমজরি।

পাখৌ চহৌরোং অপানবা
পাখং থরাইনা খোয়দাবা
উ-থম্বাল থবা মহেকচা
মবুধৌ থাংজিংগী তমজরি।

মতম ফনা চাক্লি — খোইরু থাউমৈ ;
মৈরি নেম্নকই — খোইরু থাউমৈ ;
মুৎলি মুৎলিরকই — খোইরু থাউমৈ ;
পংকুই কুইরমদে — খোইরু থাউমৈ ;
মৈচাক ফরকই — খোইরু থাউমৈ ;
মরৈ তুম্নকই — খোইরু থাউমৈ ;
কাপমুক লাম্নকই — খোইরু থাউমৈ।

মৈরম তরেৎ — সাজুবী মৈ ;
মৈরম তরেৎ — থাম্বী মৈ ;
মৈরম তরেৎ — মৈজেং মৈ
মৈরম তরেৎ — মৈরীক মৈ
মৈরম তরেৎ — মৈথাংথৌ মৈ
মৈরম তরেৎ — পুক্রং মৈ
মৈরম তরেৎ — অচৌ মৈ ।

থাম্বী মৈরম তরেৎপু
মেক্রুক কাংমৈ কৈদৌদে,
পাথৌ চহৈরোং অপানবা
ঈরাৎ থৌনিজরিদো
মৈথু বা-বা মথুরি ।
মরুপকী মফমদা মহুংলৈ ।

ইতাও খুদম চাংদমসিবু
ইতাওনা করি খঙবীবা,
পুন্সি লৈপুন নিজবনি
থুক্নৌ লাক্নৌ থাংজ্রনে ?
মরুপ মানা ওক্লকই—
থুকম লাইফম অকন্দা
হুংফদে হায়নৈ অহন্না
ইনিংথৌ মায়চৌ অন্নুমা
মপু মাগা তাম্না
খুদম চাংদম তমজগে ।
পাথৌ চহৈরোং অপানবা
মনুথৌ পুনেমজকদে

মিথলুদা পিরাহ্ শীহুবা, * অথুওবা তৈথোক্লা হৌগৎচৈ
চাউদম শাংদম ভৌক্লোক ঙৌ, ঈচাউ চাউনা কয়খা
চাম্বা মরুপ মহাকম্
মথবাই মুংঙাইত্তা মরৈজে।

থৌহ্ মুংপাক অহুমথক, মথং মথং মতারি
পাখৌ মানা মহুংঙি— "থৌহ্ নুংপাক অহুমসি
করি থৌহ্নো ইতাও?" মরুপ মানা খুম্লকই—
"অহানবা থৌহ্ অসিনা য়াইমক্তা মনল্লি।
স্না থাং, স্নাই চৈগু, মথং মথং মনল্লি।
পামেল স্না খোংনাংনে, পামেল শিদা উপালনে।
হৌরিব: পামেল অনীসি, য়েংউ ইডাউ অঙকপনি।
সিদৈ পামেল অসিদৈ, মচুম তোপ তোপ মতারি।
সিদা লৈরিবা কোমল্লিম্, অরুবা লাইকোম লাইফম্নি।"
"থৌহ্ অঙৌ-অঙাংবা, অনীসিনা করিনো ইতাও?"

"অঙৌবা থৌহ্ নুং'সিনা, শোরারেনগী খুবমনি

শামু'ঙৌবা পোকপনি, লোংজেন খোম্বা মকৌই।
অঙাংবা থৌহ্ নুংসিনা, খোংনাং নিংথৌ খুভমনি
নোংশা পোকপা থৌহ্নি; মচু তরেংকী থৌহ্ তরেং
স্না, লুপা, কোরি, শেন, পিথ্রাই, তম্ফা, মনীক হী-স্নাই
অসি খিবীক পোকপনি, লৈহিং মুচা কোলোইনৈ।
লল পুম্বগী মপুনি, মতীক হুকপা লাইফম্নি।"

চাম্বা মরুপ মহাক্না, হুকমথরক্লি খুদিংমী
পাখৌ চইহৌরোং অপানবা, অম্বাল অমরুম মকৎচৈ।

থরাই য়াওনা পুকমথৈ, পুন্সি লৈপুল মখিদৈ।
কোইরেন লৈমে খুজময়, লাইরেম্বী মাবু পুরেমথৈ
মা শজাইরেল মনায়ী; পুন্সি অহ মতাকই
থরাওবী মচীন মমাঙ্গি, মোইরাং তুরেল মঙ্গনি
থরাওবী মচীনগুমথৈ, ঈশিং মরীক তাকমদা
লকুয়োক অমা মরৈরি। মরূপ উরা কমচাওহি
ওসি লারূপা অসিগী, মশীং অহুমক মতুরে।

খাংজিং চীংজাও থনয়ে, চামরা মরূপ অনীমক
য়াঙ্গোই শপোল খুরূপ খো, মোইরাং তুরেল তোরে ইন
শীংজন, ঈ-কাল চংপগী, খুনাম খিনা থোরক্লে।
মতা কবা হীদেন'দা, মরূপ অনী পোথারি
মালং ঈচীক থেমজরী পাথৌ চহৈরোং অপানবনা
ইনিং-মায়চৌ অহুপ্পদা, হকথেংনা শীরদৌ থম্বালনি
শঙ্গিবু কুমহৈ হুমিত্তা, পোৎলানবা য়াওদৌ থম্বালনি।

লাতোম্না তোঙান য়োরগা, কাবে পৈনা য়োম্বগা
ভৌবোং কিখুমদা য়োম্বহ, চেকশীন খোইজিন পুরক্লি।
মরূপ উরা কমচাওপনা, হৈমন-লৈমনশিংহুগা
পাথং অনীগী চয়োমগা, নিঙোল পোকপী পলেম্না
কোম্না শিম্নক ময়োমগা, তোঙান তোঙান পুনরি।
লাইগী মথৈ ভৌখি' থম, চয়োম থোক্পা চানরি,
তরা ঙাকচা লোইবগা, পাথৌ চহৈরোং অপানবদা
অতোপ্পা চয়োম পীরকই; পাথৌনা থোক্পা য়েংজরি।

হুরা মেলোং — বাংলেন চঙনা তপচবা
হুরা মেলোং — খুত্তপ চেংপা কা খুদপ

হুয়া মেলোং — মনা থেঙ্গা শান্নিবা
হুয়া মেলোং — শ্রেক শ্রেকপুং থোকচিন্না
হুয়া মেলোং — নাতোম্বি বাকচা শান্নিবা
হুয়া মেলোং — মমদা ওয়ুই তৌশিন্না ঠৈ [illegible]
হুয়া মেলোং — হৌদাক মনা মিংহৎশিনচিল
হুয়া মেলোং — মকময়াং গুনা ভপ্রাপ্তি।
মশানৌ মেলোং — ঘাংলেন চওনা শেমজবী
মশানৌ মেলোং — মোন্দ-মোনবী তথেম্লে নাচোম
মশানৌ মেলোং — শামু ময়া খোকচন থাং
মশানৌ মেলোং — নাচোম পশিং নাম্বা হৈং
মশানৌ মেলোং — কবো তাংলৈ মঙ্গে চৌং
মশানৌ মেলোং — শীগোং মপুং ওংবা লৈ
মশানৌ মেলোং — লৈরাং লৈনা তাবনা
মশানৌ মেলোং — চাংগ্রং মক্তা মানবা লৈ
মশানৌ মেলোং — লৈরাং মাগী লৈচুনা
মশানৌ মেলোং — স্না মচু মানবা লৈ
মশানৌ মেলোং — মায়থকপীদি চিগোংলৈ
মশানৌ মেলোং ... চিগোংলৈনা য়ায়বাচন
মশানৌ মেলোং — এখেল পুন্নাও চৌংমায়দি
মশানৌ মেলোং — মপুং মায়দা ওংবী লৈ
মশানৌ মেলোং — মউতাবু হায়রগা
মশানৌ মেলোং — শেলোই তৈবুল মানবা লৈ
মশানৌ মেলোং — লৈরাং লৈনা তাবনা
মশানৌ মেলোং — থাঙ্গা নৌদোন মমানবা
মশানৌ মেলোং — অয়ুক্না পাঙ্গল মকমবী
মশানৌ মেলোং — হুংখিল মশা পাংশী

মশানৌ মেলোং — শম্বৈন্না মনা শা
মশানৌ মেলোং — নাচোম্ লৈ
চংবী লানা ভোঙান ভোঙান
চেংনা ময়োম ময়োম ময়োম

তগৎ-তদেক য়াওরম্বী
তান্না লৈহৌবী মশানৌ
মাঙদা লৈগুম মফাওই ।

মরুপ উন্না কমচাওপনা য়াবা মপাও মেল্লকই
ইতাও নঙবু মুংশিবা
নচন লাংলেন লেনবীনা

ইতাও খুবাং মরুদা
হাকথেংননা শীন্ননীং
নশানৌ মেলোং মপুন্নি ।

মরুপকী য়াবা তাবদা, পাথৌ চহৈরোং থুমকই—
ইতাও নঙবু চাম্বা
বারে ইতাও ঐ বারে
তশেংনা ইতাও ঐ বারে ।
ইশানৌ মাসু বাবনা

তন্না চাকবাই তমত্রথা,
ইমুং শোয়বা কপ্পবা;
মরুপ থবাই মুঙাইতাম্মথা তানা হায়মম্লকই—
ইতাওদা লাঙরে ঙাকশিন্
পু-রুমজনিসু হায়হৌই ।

পলেম পাহৌ অনীসাকা
ইতাওদা চঙবে শাগৌই ।

খুহুপ মরিভা শেংপা পারীমা
খুহুপ মরিভা শেংপী ইমোমদা
বারো-পুক্লৌনবকো
'পাঙ্গল শোনবীনি কাওবকো।

পম্বৌ' কম্মাই মহাক্তি
পোকচবী মমোম শুইনম্ম
"ইভাওবু হেন্না মন্নুংশি।
খোঙমী লাম্মী লুচিংনা

মমা লৈবাক ঙাক্লোবা
লৈবাক্কী অক্কম্বা খোঙায়দি
মকোক থক্তা পুদোবা
শারেন মচা নোংশানা

থম্মোই পীকপা হৌনব্রা
পুক্নীং হুম্ব' হৌনব্রা
পারী পোকপা পম্বৌদি
চবুং খুনচেপ মাপনবু

লায়না লোইবু চল্লম্মী
পারী অথোবা মহাক্কী
খুনচেপ কয়া লৈরিনা
লোই চম্বো কয়া লৈরিনা

ইশ। ইভাও ঐ লাম্লে ইভাও ওম্নোক' মন্তৌনি
ইশানৌ মেলোং কাভপ মুরা মেলোং নাচোমলৈ
নিঙোলনা ঐবু বাহল্লমী। চেংলৌভবু খোয়রাংলম্মী
ইভাও। লুবাং লৈবাক্কা মক্লনি
লৈবাক্কী থোঙামনা মপুংনি

অসি ঘাদি হায়রম।
অথৌবা চহৈরোং অপানবা
পাম্বং কুকপু হৌপংদি

থাংলেন থাংশাং মখংচা
থাংজৌং চীংজাও ওঙ্গা।

পাথৌ নোংশা মপারী
লুৱাংপাদি চহৈরোং
চহৈরোং অপানবা ঐগী
য়াইবী থৱাই মঙামক
ঙসি কৈৗবা নোংময়ী
ইমা লৈবাক লুৱাংগীদমক
পোম্বা ওইনা কংচরবনি ।
ইবুধৌ থাংজৌংনা চুকফা ওই
থাংলেন য়ানা চীক
ননোংয়াই চাউদা ঐনা
ইবুধৌ ! শৱি নামুংজরি ।

হয়েং ইম্বং ঙানবগা
শজিবু কুম্মৈ তৌরনি
কাংজৈবুং অমুক অহন্নক,

'নিংথৌ মম্বং কাংজৈবুং
খোঙ কাংজৈ লোইবগা
কোয়না চেলহনখদৌরি ।

পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
ফম্নাই ম্যাগী থৌশিল্লনি
হৌখি কুমজা অহুম্মক
খুমন মচানা লৌথিবা'
ইনিংথৌ পানা পাম্বোমনি

মানতা মুক্তা খারক্লি মানতা পাকপ চয়ক্লি
মাগী কুপৈতা মওইরি।
মুক্লাগী কি শিন্নত্রিডৈ লাম্বাগী খুজ্রোং তাগঞ্জ পান্ন
লৈদা কিন্তা নম্নগা থাবা শকপা মুপানি।
মানা হৈনবা লৌনা
খুদোং পুখৎপা লৌনি।
খুদোং অবাংবা পুখৎপা শোয়দবা মীহু মথারে
পান্নী চহৈরোং অপানবা ফমুংদা হীপ্না হীপ্না
লৌথিবৈ লৌবু উজরি, অমুক্তং শাগোম্নজনীংলি।
পলেম অনীনা থিংবদৈ
পাথৌ মাদি য়াওরাইদৌরি
পঙ্গৌনম্নু হোয়য়াখ্রে।
খ্বাই লাংলেন লেনবী কুমসৈ য়েংবা থোক্তৌরি
পন্থৌ কাংজৈ শাম্নরোই পীক্ল-পীথক য়াওদৌরি।
তোঙান-তোঙান ফমহনা, কুমহৈ য়েংবৈ মহুক্তা
পাখং ওইবৈ হৌনশা, মাগী কুমসৈ য়েংহন্নীংলি

( লৈ থিবা— তাম্বক লোইরে )

---

১১

# কাংজৈ শান্নবা

ইন্নুংবুদি তৈনা ঙাল্লক্লে
মথং নোংগী নোংজা অহুদা
লূরাংগীদি খুন্নাই অপুম্বা
চাকঙনবু চানা কানরক্লে।
নিংথৌ' মপুং কাংজৈবুংদা
মীমক্তনা স্বাইবু পাথরে।

কাবু য়োনবা কয়ানি, হৈরাং, শিংজু, হৈঙালশিং,
ইমা ইবেল কয়ানা, মকম চানা য়োন্নরি ;
অঙাং নাবা কয়ানা, খোংনাং মনাগী হৈঙাল
তরেৎ শেঞ্জা থাদরা, লৈরা লৈরা চানরি।

তাউদনবদি কোরৌনা
নোংচুপ হারম লৈরক্লে
'নিংথৌ পানা শাম্নরোই
'মুবা খুদৈ মশেৎলি
'মুবা কোয়েৎ ময়েৎলি ;
নোংপোক হারম ওন্নদা
খোংনাং লৈত্রেং ঈশিং চাই'
সনা মচু ফিজোলতা
শাম্নরোই তক্কক খোরক্লে,
কাংজৈবুং য়াম্নদা যমখে

কোইরেন কোক্তোন থক্তগী
খুম মচা লৌখিবৈ
শাম্নরোই তক্কক খোরক্লে
'মুবা খ্বাংচেৎ মকিরি.
কাংজৈবুংগী ময়ায়দা
শাম্নরোই তক্কক কমক্লে।
কম্নাই' পানা শাম্নরোই
শেৎলা, কিরা, য়েৎনপা
কৌক্রু হারম ওন্নজা.
শাম্নরোই অমা ঙাইনরি।

'নিংথৌ পানা শাম্নরোই,   লৈমশিংনা পোৎলাক্লি
নিংথৌ' শাম্নরোই সুচিংবা,   খুমেন মচা লৌখিবা
ঙসি কাংজৈ অসিদা,   তম্বা অনী পাম্ননি
লৈবাক খুম্নাই 'রক্ত'গী   চোংথোরকপা য়াগনি'
পাখং লাকপা ফম্নাইবা,   অঙম্বনা লাউথোকই ।।
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাই',   পাখং লাকপা কৌশিন্না
লাউরি পাউবু রাফংনৈ :   'নিংথৌ মপাউ ওইবনা
পায়মা পুক্লিং খুংশিখি,   মথা চীক্লা থাঙজখি ।
পারী চহিরোং অপানবা,   মশানৌ লাংলেন লেনবী'
খুদোল খুদৈ মুংদা শেং   সনা মচু ফিজোলনা
পাম্দা শেংলা, কিবগা,   কোয়েৎ ওইনা য়েৎলগা
'পোকপা পঙৌ' খুংগু:   লীতোম্পোক্কা কাংজৈদু
খুহম চেংনা মপায়জা,   পারী' তম্বী উজাদি
অঙম্বা লাল্লোই হঞ্জনা,   খুজেং পালোই চিংহ্নবা
পঙৌ মাঙদা চঙলক্কই,   খুকউ লৈত্তা খুক্নম্না
অঙৈম্বে য়াথং নিরকই—   "লৌথি লাম্বা পাজগে
পঙৌ য়াথং পীবীযু",   ঙাংলৌ শোক্লা পুনেমজৈ ।
খাম্বী মৈতম শাউরম্বা,   'ঙম্বা মানা হোয়ারে,
পলেম অনী মিপাইখি,   থাংজিং লাইবু থাগোঞ্জৈ ।

পাখৌ চহিরোং 'পানগা,   অন্নাং কৌক্র মায়োক্না
কাংজৈবুং য়ায়দা কমত্রে :   পোক্রেন য়াখং মইঙ্গা
পলেম পঙৌ থাগোজৈ,   লাইনিংথৌ থাংজিং-কৌক্র
থম্মোই মুংদা পুক্নমজৈ ।   'নৌবা নাপী মতোল 'মা
মতোল লেঙনা হাইহনা,   পাখং ওল্লা হোৌরম্মী ।

পাখং খুংনা ইরেন, থং, য়ানা ককথু মচীকই।
পাখং য়েংকী নাম্নদা, ইরেন নাপী থেংচিন্না
লৌথিবৈ শীভনা পাউবু, পাখং লোংনা য়াখরে।
পাখংলাকপা ফম্নাইবা, খুমন মচা লৌথিবা
খুজেং প্যালোর থোরক্লে, নোংপোক ওয়া কমখরে।
পান্না কাংজৈ হৌদৌরে, পাখং লাকপা ফম্নাইবা
কাংবুনীগী য়ায়দা লেপ, নোংমদোন তম্না য়েংখংলা
কাংক্রম হুল্লে হনগংলে। খুমন মচা লৌথিবা
চহেরোংবা পাখংবু, কাংক্রম অহু ওকহনগে
কাক্রম য়ৈবা শাহনা, মখুং তম্না কনথংকে
কিবম চেংনা লেপখরে। পাখৌ চহেরোং অপানবু
থারম পাংনা কাংক্রম থোম, পাঙল চনগে থঙরি।
শুহাক লেপ্না য়েংলম্না, কাংক্রম থক্তা লৈরিঙৈ
পাখৌ চহেরোং চোংখংল, কাংক্রম মাবু থোমখরে।
কাংজৈ থোম্নকপা লৌথি, চহেরোং পাবোম কনখ্রে।
কাংক্রম মাদি নোংচুপ্তা, ফম্নাই মাঙদা তান্নরে।
শান্নরোই লাম্বা লাম্বা, কিবু পায়া পাকথনৈ
চহেরোং লৌথি মীনা, কাংক্রমবু তান্নরি।
পাখৌ চহেরোং অপানবা, লমী হেম্না চেম্নকই
চেম্না চেম্না থোমখরে, কাংক্রম থারম পাংখরে,
লমহুম হেম্না চেন্নক্লা, মুকম্ব কাংক্রম থোমখরে,
অমুক্তা থোম্বা কাংক্রমদি, পাঙল অহুম চনখরে।

লৈবাক খুম্নাই হুরাওই, খুনম্নকপা খুবাক্লা
কাংজৈবুং পোংখাইদৌই নিঙোল মম্নাম মপেম্নে।

পাঙল অহুম নমজল চন, শাম্ম্রাই পুক্কিং থৌগৎকে
কোন্না কুম্মে মতৌগে, পাখং মানা খঙ্গরি ।
উরা কমচাও' চঙশিল্লব, নাঙ্গা চীক্লা হায়রকই—
লৌথি'তা পাম্ববায়, অতৈ লাম্বা নোঙ্গেকো,
পম্বৌ-পানানা থোইবদি, ঙসি কাংজৈ শোয়রোইকো।"
পাথৌ মানা ওক্লকই— "ইতাও' কাংক্রুম পীবক্কে
থারম পাংনা য়ৈথোকো, লৌথিবা ঐগা তাম্নগে ।"
উনবী-মুংদা খঙ্গকই— "কাংক্রুম নোংচুপ য়ৈখিবা
লাম্বা নাম্থোক নচেনবা ।" কাংক্রুম হুন্ত্রে হুনখরে
পাথৌ লৌথি পাঙবি, য়েৎনা কাংজৈ ওইদা পী
ওইনা কাংক্রুম থোমখরে, নোংচুপ হারম পাংখরে,
কন্না থোম্বা নত্তেদো, লমহুমতমক মচৎলি ।
মরুপ এরা কমচাউপা, লাম্বা থাদোক চেল্লকই
কাংক্রুম কন্না য়ৈথি'গা, লাম্বা ফান্না পাকথনৈ ।
পাথৌঙ্গি লাম্বা থাদোক্লম, কাংক্রুম মচুং ইনখরে,
থারম পাংনা চেনখরে । পাথৌ লৌথি তাম্নরি
লম'মা হেন্না মচেল্লি ; পাথৌ লৈদা শিংখরে,
শিংনা কাংক্রুম পায়খরে, খুৎলৈ খুনা হৌগৎলা
পাথৌ কাংক্রুম থোমখরে । তুংবু হন্না য়েংবব্রু
লৌথি উপ্পা সিংহৌই, হৌগৎ পাকপু ঙম্মদে ।
লৌথি' পাথৌ তাল্লকপা, কাংক্রুম য়ৈবা হানখরে ।
পাঙল অমা চনখরে, নমজল অনা শুথবে ।
লৈবক খুনাই হয়াওনৈ, খুবাক প্রোকপ্রোক মখুনৈ ।
পাথৌ লৈদা লুকচনা, পাঙল' খন্না মরাকপু ;
মরুপ কমচাও চঙলকই, পাথৌ তন্না পাউমেল্লি—

হুন্দক্কা ইতাও শক্নরি, কাক্রম নোংপোক হায়মদা
এ্রগা লৌখিগা হু:য় ; লৈবাক থুরাই য়েংসহ ।"
নোংপোক হারম লাম্বাগী শায়রোইহ্ খঙহুন্নি,
মরুপ অহম পাংখৈ ; তিনং য়োংনা খইনে ।
পম্বৌ পানা শারবোই ; কুমজা থুদিং মায়খুম্বা
ওসিতা মকা ময়ামজৈ, মোমোন মীনোক মতমজৈ ।
কাংক্রম হৃরে হুনখরে, ওইনা কাংজৈ যেত্তা লী
খুৎলৈ থুনা খোমখরে, নোংপোক হারম পাংখরে,
পাখৌ লৌখি ফি াইনৈ, লৌষৌ তানবু ময়েংনৈ ।
নোংপোক লাম্বা মহাক্না, লাম্বা নাকোই হুংশারুম
ক ক্রম তম্না চেনশিন্না, খারম পাংনা খোমখরে,
তাম্নরকপা লাম্বাগা, ফিবাইননা পাকথরে ।
লাম্বা লাম্বা শান্নবি, পাখৌ লৌখি' পানরি
হৈতা নত্তে লৌখিবা, খুদোং তাম্ন পুখৎলি
পাখৌ ওইগী খোঙবীনা, শিবাই য়ুংশিন নপচরি
লৈদা শৎপু লৈথরা, নিংগোং হুনগে খৌরাংলি
অতেং' তাঞ্জা তান্নুম্নি, মিংনা শিংনা নপচরি ।
থুবাক প্রোক প্রোক থুরকই, অহম শুরে লাওরকই
পাজল অমগা চন্না, লাম্বা লাম্বা থাদোক্লো ।"

পাখং-লাকপা ফম্নাইবা, 'ওম্না মানা লাউবকই :

লৌখি' পাখৌ থাদোক্লে, নম্না' থাগে হোৎনরি ।
পাখংলাকপা চেনশিন্নক, পাখৌ অনী খামদোক্লে ।
উন্না কমচাও'.চঙলক্কই, মরুপ অনী বাত্তানৈ ।
হুকখুক তম্না হৌগৎনৈ, শাম্নোই মমাম কোয়শিন্নি ।

পাথৌ মানা হায়রকই — লাম্বা, থাঙ ইতাঙ-ঙ
লৌথি মাবু লাক্লগে, ঐগী শরু ওইজগে
মুক্লাবু মুংঙাইহনসি, অঙম অঙম থানসি।
শামে ইই লক্তা হোদোক্লে, রাখল লৈতা মরেবে

কাংক্রম হত্রে হুনখরে, লাম্বা লাম্বা ফিবাইনৈ
খোংফম লেঙদা মরেপ্লে, লৌথি কাংক্রম থুনখরে
অরাং পাংনা মচেল্লি, কাংক্রম থোম্বা নঙত্রিবে
পাথৌ' ফাবা হানখরে, কাংক্রম কাংজৈ পায়নদা
পাথৌ অনী কোম্নরি, লৌথি' খুদোং পূখংলে
পাথৌ হৈনা মনপ্লি, লৈবাক্কী কুমহৈ মওইনৈ।
ফম্নাই শামরোই খুদিংমক, মুক্লা থান' হোংনরি
"লৌথিনা থা'না শোইদে," লৈবাক মীয়াম মঙাংনৈ।
কাংক্রম কাংজৈ থানদে, মহৈ মহৈ কোমরি
লাম্লোই হঞ্জ' কৌশিল্লা, ফম্নাইবনা হংলকই
"পারীনা হৈন' লৌসিবু?" লাম্লোই হঞ্জ' ওক্লকই
"নিংগোংনিদো জাওম্বা, লাইয়াম্নক্তা ল্লোংশাবা
শায়াম্নক্তা পাম্বা কৈ, পাথোলগা নপাম্বী'
পম্থৌ ফম্নাই' তাশিল্লি, থাগৎলি খঙনা হুরাওই।
পম্থৌ পানা শঙশাঙদা, নিঙোলশিংগী লুচিংবী

পম্থৌ পানা শঙশাঙদা, নিংঙোলশিংগী লুচিংবী
হুম্না লা'লৈন মহাকম্, মুক্লা কাংলোন থঙজদা
লৌথি মাবু থানবা, হকচাং থেক্লা মুক্লকই।
পাথৌ' লৈদা লিংথরক, থাবু শেংনা থায়রম্লা

পা লৌখি' লৈদা নমখিবা
খিবা লাংলেন মাঙ্ক য়াওচরি
খুবাক অনী মনোইনৈ ।

হৌনা হৌনা লাউখক্লে
খুবাক হৌনা মখুনৈ ।
কাংজম তাপু খুল্লগা
লৌখি' চঙক' লৈহৌরি,
পাথৌনা থোম্বা হানখরে ।
"পাগল চল্লে, মরী শুবে '
খুবাক প্রোক প্রোক থুনরি ।

থোকচৈ পাখং কাদা মকংচৈ
াঈনা, পাথৌ মতৌক ময়ায়বু
গংনৈ, মুয়া পুক্লিং তয়াংনা
া, হৌকখ থম্মোই পিনৌরি ।

মনঙল লৈবাক তাবনি
লৌখি পাথৌ মহাক্লি
শাবা-অাকপা হঙংচৈ ।
পা, কাক্লা মতোল কমখরে
পেম্না পেম্না লাউনরি ।

রে ; পানা অনী শায়রোই
জরি, লিংথৌ পানা শায়রোই
মুয়াশিং, লৈপা মৌনহা মোম্মাং ঝাং

খুম্বোকলা লাইজা হৈনরা, খরনা লাইজা পীখরি,
খরনা হৈরা মখোকই, খরনা পুর' ময়েঙ্গি
কা খুদপ খরনা, নাচোম লৈনা খরনা ।
পাজল পোবৈ রাবীদে ফিরুক খুই খোযবাংদে
য়া-য়া, রা-রা মবাডডি, হরাও তয়াম মমৈনৈ :

পাথৌ চহ্বেরোং অপানবা
নোংপোক নিংথৌদি মমানবা
চাউদম শাংদম ঙৌগ্রোক্তি ঙৌ
য়েংলা য়েংলগ মুংশিবা
য়েংল-য়েংলগা পামজবা
অমুনবা হৈগুম চানীংবা
লোমা লোমদি ময়েংজৈ ।

পম্বৌ শামরোই ময়ামম্, খুরাশিংনা কোয়শিল্লি
অচা-অথক পীজরি, হৈবু লৈবু ময়োম ।
পাথৌ চহ্বেরোং অপানবা, নাইতোম তোপনা মকম্রি
থাম্বা পলেম থাগোল্লি, পম্বৌ মাবু পুরুমজৈ ।
মরুপ কমচাও' চঙলকপা, তম্না নক্তা পাউমল্লি,
"লাম্বা লাম্বা থাবাম্, খুবৈ নাম্বা লেঙবাম্
কুমৈ মুঙাইন' শীনবীয়, কাংক্রম ঐগী শরুক্তি ।"
মরুপ উবা কমচাওপা, শানবোই মৈনা পাউমল্লি ।

ময়ায়া পাশী কুইম্বেদি ইতাও লৌথি কুইম্বৈ
ঐখোয় কুইম্বে নঙোদো হবু লাম্বা থাদোকনবী
উন্না কমলাউপা চংখয়ে
শায়রোই য়েনা পাউজেরে।
পাখৌ পানা শায়রোই হুয়া লাংলেন খুজিনবা
লৈশা, মৌনহা, মৌয়াংথাং, শায়রোই ময়াম কোইশিজে ;

পাম্বোইবী লাংভোল নিংখিবী — হুয়া লাংলেন লেম্বী,
চানীং' চৌদম হৈগুম্বী — হুয়া লাংলেন লেম্বী
চিন্নীং' পামজা লৈগুম্বী — হুয়া লাংলেন লেম্বী
নৌদা নৌবী ভনৌবী — হুয়া লাংলেন লেম্বী
'নৌখা লৈগুম শকহেনবী — হুয়া লাংলেন লেম্বী,
মুক্তা পুবী কেজেং'ংগুবী — হুয়া লাংলেম লেম্বী,
কিংপু নম্মা কানীংবী — হুয়া লাংলেন লেম্বী,
শুরুং য়াইদি য়াইওইবী — হুয়া লাংলেন লেম্বী,
অপাম য়াইবু পুয়িবী — হুয়া লাংলেন লেম্বী,
শীজেল কেজুকী লৈগুবী — হুয়া লাংলেন লেম্বী,
তাবু'হংদা থম্রীংবী — হুয়া লাংলেন লেম্বী,

মপান লোনবী হীজ য়েক
মুবাং নিংভোল কনেক শেং
শংবা ফুরিং শাইকক জিং
শয়রা মুপাপ হয়া কৈদোম
পাবা চাংখং মুইজা
তীকথাং পরেং পরেংবা

"ওসি উম'সিদগী
মুংভি খুদিং উ'রম্নি'
মুয়া মুংশি মিৎয়েংবু
পাখং মানা মওকই।

মুয়া পাখং অনীমক মোমোন মোমোন মনোকচু।
পাখং লৈশা মতৌবু খোয়দিন লোম্দিন লৈবৰু
পলেম পঙৌ মথেনা
হয়াও মিকানজরি।
খুমন মচা লৌথিনা
মিৎয়েং খানা শগায়রি।

লাইনা থাবা চহৈরোং চীংঙ্গমকী মচান্নি
তনৌ তনৌ তশিং'শিং শকোই হেনবা পাখংনি।
কুচুনগা ঙৌশ্রোক ঙৌ
বাংবনগা খ্বাইদৈ হেন
লুপা মানবা মনঙ্গল
থীক থানা ইকন-কন।

চরায়বা লোংশাওম চেংতক তাবা মখুংনি
অমুকত উত্রি শক্তম্নি মঙলানকাও উশিন্নি।
লৈমকোননা লৈমশিং
লোইনা লোয়া মিৎয়েংদা
মমুন ফায়া হৈয়াংওম
ভিক্সাং থকয়োং থাওজরি।
খ্বাই লাংলেন লেনবীবু
থানা থানা য়েংবীরী
য়েক্সা শাংদা চনবীরি।

শামজ্রোই মরায় চঙনরে, অমুক কাংজৈ ল্হোংকৌরে
উমোন মোম্না মরেপ্পী পাথৌ ইথৌ থওইদা ।
লৌথি চেকশিন মরেপ্ চ, পান্থোম মুক্না লেঙহনা
পাথৌ মান্ন মীয়েংজৈ, থওই উশিত্ত মওংদা
কাংক্রম ছত্রে হনথরে, লৈদা কাংক্রম মতারি
পাথৌ করি তৌরকপা, মিৎকুপনা য়েংজরি ।
খুমন মচা লৌথিবা, কাংজৈ লৈরা লৈরগা
করি রাখল থনবনো, কাংক্রম থুনবা মনোইক্সে ।
মথুং অনী চঙহনা, পাথৌ' কাংক্রম ময়েইজে
কাংক্রম শান্না চঙরে, 'মুক্না হন্না ময়েইজে'
কাংক্রম বাংলা পাইখরে নোংপোক হারম পাংখবে ।
পাথৌ' থুগ্রা অতুদা, পাথৌদা থুল্লা খোমজিন'গ
লৌথিবা মানা মথইজ ; প স্বোম লমন শিংগুমাক্র ।
কাংক্রম ঙক্তুং ইন্নরে, পাথৌ কম্না চেনথরে
লৌথি' কম্না তাম্নরি, পাথৌ ফাগে মথল্লি ।
'হুক্ক' অবাং পাংখরে, পাথৌ লাকপা খাইজল্লি
পাথৌ কাংক্রম মথুনাপ লৌথি তম্না তেম্মাই,
পাথৌ-থুংকী কাংক্রমহ, মহতা য়েংনা য়েংমাদু
কাংজৈ লৈরা লৈরগা পাথৌ তম্না চেনশিন্নি ।
পাথৌ থুম্বা খৈরনি, পাথৌ মানা থল্লকই
লম 'নৌজা থাইরক্রে, কাংক্রম লৈদা ইরেন থম
থু-থু শন্নী চঙহন্না কাংক্রম কম্না থৈরকই ।
লৌথি থবাক-শাগনথরে পাথৌ কাক্রম থুরগা
অমুক হন্না মখোশী, অমুক হন্না মপাল্লি
লৌথি মাপা শাংগোমরে, কাংজৈ য়াওনা ফিরাইনে ।
পাথৌই মাগী শেগাদা কাংক্রম চন্না থমথরে ।

পাখং লাকপা চেন্নকই,	পাখৌ অনী মতৌনা
কাংলোন লানত্রা ময়েংজৈ,	খুৎপায় কাওবা ময়েংড়ি ।
লৈবাক খুন্নাই তুমিন লৈ,	শামু লমশা অনীনা
য়াখিঙগুম খোকখরে,	কুথৈ পুল্লিং লুংঙ্ল্লি ।
পাখৌ মাদি পাকখনা,	ফিবম কায়দা মরেপচৈ
কাংক্রম শেগা মরেপচা,	হেক্না চেকশিন মরৈজৈ,
লৌখি মাদি লৈঙমদে,	লৌবু তোয়না মহৌই !
" 'ঙন্না লান্নোই হকবা,	পারী লৌবু করিনো ?"
"খঙলমক্তা মহৃংঙি	তানীংবনা মহেল্লি ।"

"নপারী লৌদি নিংগোলনি,
শায়াম্নক্তা পান্না কৈ,
নিংগোং হৈন মশেলনি
করি তৌরোই ফম্নাইবা"

লাইয়াম্নক্তা নোংশাবা,
পাখৌলক্তা নপারী
নপারী ঈংনা শান্নরি
লান্নোই হঞ্জ খুন্নকই ।

লৌখি তুমিন লৈঙখদে,
"রাখল চোইম্ন, ঈংখৌঙ,
পাখৌ হায়বা ঈঙ্গরি
কদোমদগী কমচাউপা,
খুদোং রাংনা পুখৎলা,
খাবু খায়না লৈখরক,
লৈবাক বাব্র লাউরকই,
খুমন মচা লৌখিবা,
কাংজৈ য়াওনা ফিবাইনৈ
পাখৌ শিখাং খাংলম্ন

লৌবু তোইনা মহৌই,
পাখং লাকপা শোম্নাংনৈ ।
ফিবম চেৎনা মরৈজৈ ।
মাগী লান্না কোম্নরি
মখোঙ য়েং-ওই থাঙ্গৎলম
লান্না লৈদা মখাদৈ,
খুবাক হৌনা খুরুকই ।
পাখৌবু খুদোং পুখৎচৈ ।
পাজল ইখোক খোক্লদে,
লোংথ্রো থকপু য়েংখরে,

কাংজ্রম লৈদা ভাখরে৹
লৌথি লৈদা নমখরে
লৌথি' নীংশা থিংখরে
খুবাক্ প্রোক প্রোক খুরক্নই ;
কাংজ্রম ওয়না পায়রগা৹
অবাং পাংনা চেনখরে৹
কাংজ্রম খোম্বা হানখরে৹
পাঙ্গল অনী অমগা৹
মুক্না কাংজৈ লোইশিন্নে৹
পাথৌ পোকপা পলেমদি
শিন্ন' পিরাং উবদা৹
ফিজিনবু তৈথোক্‌পি৹
পখৌ ফম্নাই' মহাক্নহ
চুরা লাংলেন লেনবীদি৹
খুমন মচা লৌথিবা৹
পাথৌ মাম্ন য়াওনীংদে৹
কনাই থৌইনশিন্দগী
লমজেল থাবা হোৌখরে৹
পাথৌ মাবু ইনবুখি৹
তম্বা 'মনা মইস্নুই ;
কাংজৈবুং 'ফৈ অমদি
লাল্লোই হুঙ্গ' পাখংলাকপা৹
পাথৌ মতুং ইন্নদা৹
পাথৌ মাম্ন কৈদৌদে৹
মুংশিং কম্না শিংলকই
খোঙজেন হেম্না চেল্লকই৹
খজিক থাজং লোংনু লৈ৹
কাংজ্রম থক্না তুপ্রবোই৹
লৈবাক্ বাবু কাউব্রক্নই
"কাংজ্রম ভারে" লাউব্রক্নই।
পাথৌ ফুক্কি হোৌগংলক্
লৌথি' খুনা তাপ্লক্নই৹
পাঙল অমা চনখরে।
নমজল্ নমজল্ চনখরে।
অমুক্ লমজেল তাম্নখি।
কপ্পা নোব্‌পা ময়াম্নৈ৹
মতা চীংয়ায় ভানবীনা
মতা মাম্ন কপচরি।
মপি তম্বা তৈথোক্‌চৈ
নুঙশী মতৌ শুমখরে।
লমজেল য়াওব্লোই হায়বদৈ৹
ইরেন তুমিন পোথারে৹
অমুক য়াওনি হায়রক্লে৹
তম্বা অমা তুব-শা
খরা অমুক চেনমিন্না
লমজেল য়াংডি লৌথিবা
পাথৌদে হেম্না চেনক্লে।
লাঙ্গোই তোংনা থোরক্লে৹
পাথৌ শেম্না মথৌই৹
খজিক্ খজিক্ তানখংচৈ।
পাখং' বাবা হন্দোকচৈ৹
হজবগী শগোলম্ন

খুক্লপ চেনবা হৌরকই ;      য়াংদ লৌথি নম্ভেদো
পাথৌ' তানখৎ' মবারি ।      কাংকৈবুং 'নী কোয়খয়ে
অহুমগুবা কোয়রক্লে,      হুন্দক কোয়বদা লোইথৌরি
মৈরম কাচিন য়োৎবদা,      পাথৌ মানা তানখংলে ।
"তুহম' লৌবু হৌরকপা      লমজেল পোবা শকনি"
পাখংলাকপা লাউরকই,      লৌথি মাক্তা চেল্লক্রে
পাথৌ নাকোই হেক্সংলে ;      য়াংদ' লৌথি নম্ভেদো
খোঙজেল হেন্না চেনখংলি,      শিংলি মুংশিং অহুনা
পাথৌ অনী বাদন্নি,      হেন্না পাঙ্গল হাপকংলি ।

চীঙ্খৈ কাচিন হেক্ য়োরকপ'
হেল্লক্লে পাথৌ লম 'মা কানা
পাথৌনা থোইবে পাথৌনা থোইরে
লাউনৈ হরাও' নৈবাক মীয়াম্না ।

( কাংজৈ শাম্নবা — তাঙ্কক লোইরে )

১১

## য়ুমগা তম্বা

শারেল পাঙ্গন' নোংশানা,	তোকপা পোকপা হৌনদে
'গুম্বা মাগী পায়ীদি,	শউম চাউবা ময়েক্নি।
শেম্বী কব্রং-মুগাগী,	নিংথৌ ঐগী নমথাংসি
পায়ী' খুদোল তম্ন'নি,	পায়ী মাবু শকথণ্ডলে।"
লুরাং নিংথৌ ফাতেকপৈ,	সনা শঙ্গাই কাদনি
পোলাং লৈত্রেং ইশিং চাই',	পাথৌ পায়ী মহাক্কা
নিংথৌ মাবু পুকম্বা,	সনা কোম্বুং চঙ্ডলকই।
কম্মাই, মানা হায়রকই,—	"লুরাং ভাঙোই ইনিংথৌ
'হুইগু 'নিংথৌ পুন্সিদি,	থুংশাংন' ঈরাং থৌনিদা
য়াঙ্গোই লমজাও অতাম'দৈ,	লমওক ওক্লেন ফাহ্নুনা
লাই ওক্লবেল থৌনিদা,	ওক্লেন শরেন তুথিবা
পায়ী মদোম চত্তুনা,	পাথৌ মানা ফারকথি।"

লুরাং লৈবাক ইনিংথৌ ফাতেকপনা ওক্লকই—
"ফজপ্রেদা চাউথরে পাঙ্গল কম্নি ওক্লেনবু
মতু তুবুম তেক্তা, ওক্লেন মাবু ফাবদি
ইদাইরেমনা ফারম্নি, নিংথৌ ঐনা থনখিদো।
পায়ী পাঙ্গল' লৈরিগু, হাওকপ—চীংশাং কনানা
খেন্দ্রে চাইরেন কনানা, লুরাং লৈবাক লাকচনি
থুব্রম চনখি ঙমগনি. পায়মা পূক্রিং পেন্সেদো।"

পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাই'	কম্মাইকনা পাউওকই—
"নীত্রাই 'বুংঙো ইনিংথৌ	থাম্বী মৈত্রেং অরাবা
পায়ী' শোকপা শঙ্হৌনা	চম্বুং থুলচেপ মাপলবু
শায়না থুব্রম 'চনখিদো	জোম্বুবু চনবা ঙমখিদো"

ইনিংথৌনা পাউওকই — “ওবা নখোয় নপাল্লাং
নিংথৌ ঐনা পানরন্নি; ইরাউ কাউই তান চারে
পারীবু পোকপা পম্বোনা ওইরম্বা কম অত্তবু
ঙসি কৌবা নোংদগী পান্নী ‘ঙোন্দা থিন্দোক্লে।
অসি বাদি হায়রম্বা সনা খোঙবু লেঙখৎলক
নিংথৌ সনা নমথাংহু পান্নী নঙ্গন মকুম্বী
নিংথৌ সনা খুৎলেল্লনা পান্নী মাবু মনানবী।

লৈমা তোম্বী চঙলকই, মুরা লাংলেন লেল্লানি
ঙৌই ফজে চাওদম্বী। তঙাংবী মায়থোঙ মোমোম্নে
ইন্নি লৈমৈ চাংশং-ফি, ইরেল লৌথোক কুপ্লবে,
“সুংশিদকো পারী নওবু, লমজেন চেম্না য়াঙলিবা
মুন্না কাংন্নেন' টৈহিবা, লাই মচাম্বি ঙাংনৈদো।”
কাংজেবুংদৈ লাকপনি, কেত্তুকী মনম রা-রানৈ
পারী মাবু নাল্লম্না, লৈমা তোম্বী চঙখরে।

নিংথৌ মথা তাবকই— ‘হাওখা লোকখা খুন্দগী
পারী লোইপোং খোয়ুকো পান্নী নতীক চাংয়েংগে।”
'নিংথৌ থৌজাল লনকুবী, মথা জন্না তাবকই —
“দোলাই ফৈনা তোঙ্গেম্না পারী নওগী ননীংনি
য়াঙ্গোই শগোল তোঙ্গেরা পারী নওগী ননীংনি
লাঙ্গোই শামু তোঙ্গেরা পান্নী নওগী ননীংনি।”
পোলাং লৈত্রেং ঈখিং চাইবা, পম্বৌ মানা পাউওকই—

“ঐবু লোইবা লৈমাবা, মনাইবু লোইবা ইনিংথৌ
য়োম্না রাংলেন' ঙাকপীয়ু, লাল্লা রাংলেন' কুনবীয়ু
লীক্লাই শিম্মামত্তবু ফিগ্লাই শন্না মাজরি।
ইনিংথৌনা চানবীরে [illegible] [illegible] [illegible]
পারী নওবু অরবা ইনিংথৌ সনা [illegible]লৌদি'

লাইবক শোক্না পুরুম্মু, পারী' হেমা য়াইকল্লি।"
পারী চহিরোং অপানবা, পম্বৌ য়াথং মইঙৈ।
লুবাং নিংথৌ ফাতেকপা, লীক্লাইনা মখা তারকই—
ইদাইরেম কম্নাইবা, পারী মাদি চাউদবা
পম্বৌ শক্লা য়োকপীয়ু, লুনা চান্না কোনবীযু
বাংলেন অসি থেংনব্রে, কোরৌ শিখোঙ বাইখিনি
নপাবীগা লোয়ননা, খোংদোই হুন্নো নয়াঙ্গা।"
ইনিংথৌ ফম্নাইবা, পম্বৌ মানা পাউওকচৈ,
"ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ, পারী লোইপোৎ থৌবসি
পারী ফবচাক মতুংদা, নোংদম্বীনি ইনিংথৌ।"
ইনিংথৌনা হোইযারে, মখা তম্না তারকই—

ঐগী শগোল শঙদগী
পারী' পাম্বা শগোল'মা
পারী খুৎনা খঙ্গক
ইদাইরেমদু য়াওবীনি।
"ইনিংথৌগী সনা য়াথং কোইরেল থক্তা থোক্লরি"
ইনিংথৌবু পুরুনজা পারী চাউদা খুমকই।
পোলাং লৈমেং ঈশিং চাইবা
ইনিংথৌ ফম্না' তম্পাকযুম
ঙসি কৌবা নোংদদি
মথোই শানা লাংলদো।
পাথৌ চহিরোং অপানবা, পম্বৌনা পায়রম কমচুদি
ইনিংথৌনা থিন্দোক্না, পানা কাংজৈ থোইবপা
পানা শামরোই ময়ামদু, লৈকাই পাথং-লৈপাক্ম

ওয়া হুপ্না ভিল্লরি, ওয়া চাকচা হৈজারি।
পন্থৌ মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং পন্থৌ ফম্নাই মহাক্কা
'ওম্বা লাল্লোই হুঞ্জগা, পারী' বান্নী শুনরি।
পন্থৌ মানা পাউহুংই—

পাবী মাদি চাউদবা
হাওখা লোকথা খুন্দুদা
লোইপোৎ থৌবা চস্তোরি।
শাফম লানফম চঙবদা
পারী' খজিক নৌগন্না
পায়মা পূক্লিং থজানৈ।

লাল্লোই হুঞ্জ' পাউওকই—
থাংগী তাগী কাঙলোনবু
ননাই' হাকথেং শুখোক্না
মুংতি শাজেল তৌনজে।
মফম মতম মতুংইন
লানফম তোঙান-তোঙাম্নি।
'হুস্নু করি থোইদো: ক
প্যারী নোম্নোই অঙম্বা।"

পন্থৌ' মথা তারকই— "অফবা উজাই মতীক্তি
নারাই থঙনীং হৈনীংবা, পী।কহুংদৈ পুথোক্না
হেজা থিজিন হুমজিন্না, তোপ-তোপ মঙং পুখোকপা
পারী' নহা ওইরমু, নিংথৌ ফমদি মাম্নরে

পারী' ঐগা কমদৌনা,
ঐথোর' পাংথোক চামহৌরে,
পম্বৌ কম্নাই শগোলশঙ,
'নিংথৌ মনা য়াঙ্গোইহু,
শানৌ লাংলেন লেনবীনা,
অকানবা শজিকুগী,
নিংথৌ মনা য়াঙ্গোইহু,
য়াঙ্গোই বাংমা বাংমা লেপ,

হুজিক খুথোক্লগদগে
মতম' হানজ্রে অণবা
পারী চহৈরোঙ অপানবা
লুনা চামা য়েংজরি।
পম্বৌ য়াঙ্গোই শঙদগী
হানৌ মথৈ খনগংচা
হোলা হোলা পীজরি।'
নিঙোলনা পাউহোমজরকই—

শক' উমতা কুপ্রবা
খন্দোকখাক্তি ওইরবা
য়াঙ্গোইসিবু খনবদি
পাখং মিংপু পান্দ্রা ?

শাবী' পাউবু ওক্লকই—
শানৌ য়াবা ভাবদা,
তাইবঙ মীরোল খঙবনি,
পম্বৌ শকপা য়াঙ্গোইনি,
শগোল হন্না মানম্ন—
মিংশিং নাশিং শগোলনি,
কনা লাক্লি য়াঙ্গোইনি ;
ঐগী মনা য়াঙ্গোইবু,
'মগা খনখো ইপারী,
সিবু' ঐনা হুংশিখি,
নিংথৌ মায়চৌ অহন্না,
ইপু মানা তাকপীখি—
তাইবঙ কুপ্পে য়াওনবা

'য়েংউদো ইনেমচাও
তৌরি য়াঙ্গোই মতৌসি
তাইবঙ মীওম শিংবনি।
ইরাং পুরুম থৌনিজৌ ?
য়াঙ্গোইলক্তা তোপ তোপ্না
মনম শাক্তৈ থাজিবা
নিংথৌমক্না তাকপীখি—
অসিগুম খনবা হৌনবা
পায়দা হুংদা য়ানীংদে
সিবু' ঐনা খমীংখি।
খেলবু চাংবু য়েংলগা
ইনোংমায়ক্লিদমক্তা
থাংজিং লাইনা থারবা

লাইগী মতীক মরৈবা, বাংলেন' ওাইরবা য়াঙোইনি"
থংলেন য়াবা ভাবদা, হুবা লাংলেন লেনবীদো
য়াঙোই মথা চেংনা কোন— "পঙ্খৌ শকপা য়াঙোইও
নপারীদি চাউদবু, অয়ুক মুংথিল কোম্বোকনী
মু'দাং ওইরে কোনশিনবী, লুনা চায়া থাগোনবীয়ু।"
অসি বাদি হায়রয়া, নিঙোল লাংলেন লেনবীদো।
য়াঙোই মাওদা কুম্বরে, য়াঙোই ওাংলো শোক্লদা।
য়াঙোই মাবু পুরুমজৈ, উনবী মুংদা মনিঙ্গৈ—

"নিঙোল ওইবী ঐহাক্না
লয়েন কাইগী লোয়ুম্ব
মীচাপোক্তি থংলেনগা
লুংশি বাঈথুংনজগে
লৈপুল খয়োম শেম্বীয়ু
লংলা পাদম্বীয়ুকো।"

মিংলু পিরাং শীম্বনা, থম্মোই শোক্লা পু'নমজৈ।
য়াঙোই মায় কৈদৌদে, মমোম কোইরেল থক্লুদা
য়াঙোই লাইবক্ মবাইবী, মনম শুংশুং মনপ্পী।
কয়াইবা চহিৎরোং 'পানবা, হুবা লাংলেন লেনবী
পাখং লৈশা অনীনা, বাহৈ কারল চয়দৈ
নিংথৌ মঙুং কাংজৈবুং মুক্লা ফুনৈ মুমিত্তা
চায়খি নোং অম্বৈ, অমুক হুয়া উদরে।
মুরা পাখং অনীগী মোংবা য়ুমগা তম্বা
অহল মশেল শীনগ্রে; বাকম অসি লৈবগা
সনা কোম্বং কাবগা, লুবাং শঙ্গায় মুক্তমদা

ইনিংথৌ মনা য়াঙ্গোইগী,
ফম্নাই য়াঙ্গোই থাকপগী
পাখং খৌগায় চিনথরে,
ঙুল্লা অমুক য়েংশুত্রে ।
হয়েং ইহুং তানবগা,
পাথৌ চহৈরোংগী অপানবে
তরা ফমচাক থাঙলনি,
ফম্নাই ময়াম পুন্দোগ্নি ।
ঙসি অমুক অঙনবা,
কোয়ো তরং হন্দোরক
পম্বৌ ফম্নাই মহাক্না,
অকা মচা অমা থা
পাথৌ চহৈরোং মকৌরৈ ;
ইনিংথৌ মনা য়াঙ্গোইস্থ
পুরক্নবা পাউজেলখি ।
য়াঙ্গোই মর্তীক ময়াইবু
হাপ্না খৌরম অমবু,
পম্বৌ ময়ান" পাংথোকখি ।
পম্বৌ ফম্নাই মহাক্না
তরা ফমচাক শিঙ্গরি ।।
ঘুমিৎসিগী অহিংনি,
তাংলৌ লৈনা থেংলবা
লৈকাই ঘুপী নহাশিং,
মচনা নেম্বী হোংবীগা
'ঙৈম্বে ময়ান' ছুদগী
হুয়খিবা কুইদগ্নি ।
নীনি পানবা থাজম্থ,
নোংচুপ চীংদোন চঙথরে ।
পম্বৌ ফম্নাই মহাক্না,
হোজং খোংলোন' থোরকই
হায়রি বাংলেন অসিমক,
নিংথৌ ফম্নাই লৈরিজাম্বা
'ঙম্বা উনবা চঙলক্ই—
"অহিং তাংলৌ অথেং'
মতম খোঙলৈ চাদনা,
তম্বা নঙনা খোঙদোইবু
শাবাউ লানবাউ লৈবরা,
শাফা লানফা লৈবরা ?
হুয়েন লানগী বাফম্না,
নিংথৌ শেথৈ মপাউন্না ?
লৈরিজাম্বা পাউওকই—
"পম্বৌ মানবা অঙম্বা !
খুমন মচা লৌখিবৈ,
ময়ৌ লৈবা পাউনিদা

লুবাং নিংথৌ মহাকী
চেংলৌ শকোই শকহেনবী
শ্রম্না অমা খিরিলো ।

খুমন মচা লৌথিবা
খুজং খুদিং চণ্ডনা
যুমখোঙ য়ৈনা য়েংলিদো।
ইচন লাংলেন পল্লবী
মিং মাকোংহু ওইবীনি
ভিন্নাং য়োৎনা থনবীনি।

থবীশেন কোয়রেল অপানবা,
লাংলেন কোংয়ান মাতোনথক,
লুরাং নিংথৌ কংলাদা,
চহুয়োংদি অপানবা,
খামেন চৎপা মশেৎলি,
মহুং লমহুম-থগায়নি,
মরূপ সুদাম শিংনদি,
লীক্লা লীকথাং লীকথাংনি,
তুংদা কৌরূপ মথাঙা,
পজেংদিনে ফিরাম্নে,
থম্মৌ হেন্না মাঙবা,
সনাগী ভাল হাপকৎলে,
সনা খুজি শিজিন্নে,
থাজ মানবা মায়খোঙনি,
থাম্বী মৈয়েং অম্বাবা
নোই নোই লাউনা মরংবা
শগোল মায়খুম সুনশিন্নে
'ঙাংবা থাম্বি ফাজিন্নে,
লুরাং থাঙ্গি মাংবীথক

মালেম লাংজথে য়োইস্না
চিথৈ খোংতিং হুন্নকপা
লৈবাক্কী 'ঙম্বা ভিন্নরে।
নিংথৌ কন্নাই পোথোদো,
কাপণু নিপাল খুবাক্কি।
অশং ফুরিং শায়গকপা,
থবাক লুরেন ঙাম্বোইরি।
নীংখম শমজি ফিনদি,
নীংখমদিনে শমজিন্নে,
উরিকসেক্কে নোংইম্নে।
পাম্বোম য়েংকা ওইগদা,
পুম্বুম তাবা খুজেঙদা,
শকোই হেনবা পাথঙনি,
য়েংবৈ পেনবা নাইদেদো।
লৈখিম্র' পম্বৌ য়াঙ্গোই,
অঙাংবা শগোল মোয়াম্বী
'ঙাংবা তোলোক থেংচিন্নে
খোঙখাঙ মরী কিশিন্নে,
কোম্বুং তাবা য়াংদৌদা,

অচাও কাংদোং কারকপা
নিংথৌ কয়াই অঙম্বা
খদাংচেখি লোয়াবা,
খদাং চিঙুল লাকপিরে,
অকা মচা অমমা,
য়েংকা ওইগা কাঙমা,
লমইন-খমইন ইকোয় কোয়
নুবাং খুমাই মখৈনা,
নিঙোল ওইবী শিংহনা
কোয়না কক্‌পা শম্নাংনা,
"মুবা পীগুম অনৌবা,
লৈপুং বাবু তনাপ্না,
ফিরাল বাগুম তাংজুপ্পা,
নুবাং নিঙোল অপূম্বা,
"কজেনকো কজেনা,

মহা ওইরি' চহৈরোং
পেক্রক কোথা খাম্ভ্রি,
কাকচৈ মখি অঙৌবা
পজেং ফিরাল খেৎলিজ।
তুংদা পেম্ব মখালি
শকয়েং-মিংশেল চাইথপৈজ
ঈপোম নাইনা মচৎলি।
চৎপা লেপ্পা ময়েংজৈ।
খয়াই খোঙ্গাল লেপ্পল্লো
তেনগী লীকং মওইজা,
লীরিমক্পা মওইজা,
থাংজিং বাবু শোমাবা,
পাথৌ' চিংনা খগাইজৈ,
খোংনা মক্তা মশেৎরৈ
লাইমামকন্থ কজেনা।"

ইনিংথৌ সনা কোম্মংনি,
মাগী মাগী কম্ময়াং,
পোলাং লৈজ্রেং ঈশিং চাই'
চিংনা চিংনা ময়েংজৈ,
পোলাং লৈজ্রেং ঈশিং চাইবা
"পারী চহৈরোং অপানবা
"ঙম্বে ফিজোল শেৎচম্না,
পারী মানা কমজরি।
টংহাক পুংজা লেংথোক্রম

লৈবাকী অঙম্বা তিল্লরে
"অঙম্বা পুম্বা কয়রে।
মপারী মতৌ অম্বু
য়েংবে পেনবা মনাইরে
"ওম্বা মাগী ঙংথংদা
পঙৌ মানা থম্নম্বা,
কমগী মতীক মচুংইন
নিংথৌ কাজেক শোইনাইবঃ
কংলা মীকম্‌ য়াওরপী।

লুরাং লৈবাক পুম্বদৈ
ওয়া খোম্বা বারেম্বৈ;
হাওখা লোকথা খুন্দগী,
পারী চহৈরোং অপানবা
তরা কমচাক চারগা

'হী'য়ায় অপাল-অরংবু'
পাথৌ চহৈরোং অপানবা
লোইপোৎ খোম্বা তানখি।
লুরাং ইনিংথৌ খুরুম্বা
মরান ওয়া হুমজখি।

'নিংথৌ ফম্বাইবা পুন্নমক
মাগী মাগী লোইশঙদা
ওয়া থৌগায় শুনরি,
পম্থৌ ফম্বাইবা মহাক্লা—

'পারী চহৈরোং অপানবা,
হাওখা লোকথা খুন্দুদা
চৎকদবা খোংমী লানমী,'
শীন্দোকপবু লোইথরে।

'ঙৈ লোইশঙ মমুংদা
কলাই' ময়াম অম্বগা
বারী বাতাই শুন্নিঙৈ,
'ওম্বা মাগী লোইশঙচা,

য়াঙোই শগোল খুরুপ-থা
সনা কোমুং তম্বকই'
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
অঙবৈ মাঙ' চঙশিন্নকই,

খুকউ খুদক লৈতানা, তফিং তফিং পাউতমজে।
য়োম্ল' রাংলেন' গুাকপীনি, নমোম লাংলেন লেম্বীদি,
'পাখৌ চহৈরোং অপানবা, 'ভম্বা ফম্নাই' মহাক্লা
য়াঙ্গোই শয়াংখক্তা ছাপ, মোংবা মবান য়ৌহৌরে।
নমোম য়াৱা লৌজরে নমোম লাংলেন হোইয়ারে।

মথং মুমিং মক্তদা, 'নিংখৌ খৌদীক মতুংইন
'নিংখৌ ফম্নাই অঙমশিং, মাগী মাগী তালোয়গা
জগোই খুৎথেক কৎনব', থাংজিং লাইবুং তিল্লরে।
ঙবাংতা খুমগা তম্লিবী, নুবা লাংলেন লেনবীসু
লৈমা তোম্বী চাংগ্রং ইন, পাবীগা জগোই কৎহল্লি।
পাংসম পম্থৌ অনীদি, পুক্লিং খোয়দা ময়েংজৈ
জগোই শাবা লোইখরে, পোৎখানবা চঙলমদাই
"রাংলেন ঙহাক ভাইবীখো, 'ঙবৈ জগোই হনবীখো
'নিংখৌ স্না য়াথংনি, স্না পুক্লিং খোয়দাল্লি।"
ফম ফম্নাংদে থৌগৎলক, পাখং লাকপা লাউয়কই।
জগোই অমুক হনখরে। হকচাংমক্তা থেক্তা থেক
শাথেকমক্তা নোৌগা নৌ, থেক্কীমুদি থেকামু
মিৎচিনা খোই-খোইস্নামু, অয়েংবৈ মিৎকম হোং'দল্লি।
লৈমা তোম্বী চাংগ্রং ফি অথন্না-শীংনা শাবনি
লৈমা কোনশী চাংগ্রনি, লৈমতলা ইনবল্লি।
পাম্হোই' লাঙোন লাংলেল্লি, লাংলেন মালা ইনবদি
শাবলদা থরামমিচাকুম লৈমা মম্লাম মশাঙ্গী।
ইনিংখৌ মুংবৎনখরে, লাংলেন্তবু লেংখরে।

(খুমগা তম্বা-তাক্তক লোইরে।)

১৩

# লোইপোৎ থৌবা

য়াঙ্গোই মমিৎ অনীদি 'তিয়া মানা মপুইদো
য়াঙ্গোই শয়াংথক্কুনা তাউরোইলাইনা মপুইদো
য়াঙ্গোই মখোঙ মরীনা লমশেম তুশেন্না মপুইদো।
য়াঙ্গোই মমৈ অত্থুনা থাংজিং লাইনা মপুইদো।

লাইনা থাবা য়াঙ্গোই পাথৌ য়াঙ্গোই কারুবা
য়াঙ্গোই মতীক হাপথরে লাইনিংথৌ মার্জিং তোংখরে
চাউরে রাংলে, নোয়খরে শেম্বাং পাইবা য়াদরে
মতু মমান ইরং লং রেংবৈ পেনবা লৈতরে।
মপোকঙৈ' লাক্ত্রি শগোলনি মনম শাজে থাদ্রিনি,
তম্বা কনা অমনা শয়াং থক্তা তোংদ্রিনি।

মপাচাবা পাথৌনা, য়াঙ্গোই মাবু লাকখরে,
শুকম্মুক মম্না মফমস্তু, মমিং থৌনা মউবা
খুরুপ কম্না মথৌরা, লৈদা থুনাম তাদবা
উন্নক-রারক চীংমান্দা, য়াঙনা চেনঙম শগোলনি।
লৈথোক লৈশিন মহৈবা, হন্দোক হজিন মশিংবা
খুমাঙ থাঙ্গৎ মরৈবা, খুহুঙ থাঙ্গৎ মকাওবা
ঈশিং লৈরে ঈরোইবা, মপু পুনা মরানবা
মরীল লৈবা শগোলনি, খুংলোয়বদি য়াঙ্গোইনি।

সি অয়ুক লোঙ্গাশোই, পঙ্খৌ লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
মায়চৌ অহুম্বা লোয়নন।
পায়ী উনা মরাকই।

য়েন লানথু চঙবগী লৈশিরেমবী ইমাসু
চেংনা থাগোমজরি।
ইরাং থৌমি পাংথোক্লি।

ৗনা য়ুমগা তম্নবা শাবী শানৌ অনীচঙ
য়াঙ্গোই শগোল কারুগী
মতীক হায়। ময়াওরি।

ঙ্গং থৌরাং তৌথরে য়াঙ্গোই শাগোল শয়াংথক
শাপোং লানপোং হাপকৎরে
শগোল শাবল হাপচরে।

রুঙুম তম্না উপশিনে মখোঙ খুঁজেং মরীদা
খোঙথাঙ মরী কিশিল্লে,
ভাংবা মরী কাজিল্লে।

শাবী শানৌ অনীতা শগোলশঙদা মরৈরি
য়াঙ্গোই মথা চেংনা কোন, পাথৌ মানা হায়রকই,
"ক্বরি" লোইপোং পীদবা, মরম অমা লৈরম্মি,
চান্না চিন্না থুং শনা, লৈরগতা, য়াইফনি,
নিংথৌ মাগী মমায়নি, জুবাং লৈবাক্কী ফবান।
শাবী য়াবা তাবদা, মবুথৌ থাংজিং থাগোল।
মশানৌ ল্যাংলেন লেনবী, হয়া মানা হায়রকই,
"ইবুথৌ থাংজিং কোইরেঙ্গাই, লৈমন চিনবী নঙনি
ইহুদন খুংবী নন্নাইনি, শাবী ঃ ল, মহাকণু

অঙাবা সেঙ্গাই ঙাকপীরু,
ইশাকীনা মারপাকপা,'
অসি তংদি হায়রকরা,
'বুংভো থরাই চেংনা কোন,
'শাবী পাখৌ মহাকনু,
য়াঙ্গোই কাও শরাংথক,

খুদোংথীবা কোকপীরু
'মুথৌ নওনা সুকীয়ু।
মুরা ইদি চরৈদো
ইবুং তম্না চওখরে।
নিংথৌ-মনা য়াঙ্গোইদি
সনা কোনুং তমথরে।

কয়ইবা চইহেরোং অপানবা,
নিংথৌ থৌদীক মপুরা
খোঙমী লুচীং মহাকা,
“হাযবীযু যাম্বা অঙবা,
কুমসি লোইপোং কাদবু,
লুচিং' মানা ওক্লকই—
মৌগী শিংদা চল্লবী,
'নিংথৌ খুত্তি চল্লুরে,
ময়া চাকয় চাজদা,
যয়াই' চইহেরোং অপানবা
লৈদা মারথোক মরুকচা,
লাক্পী লুচিং মহাক্না—

খোঙমী লাম্মী লোয়ননা
হাওখা লোকথা তমকই।
য়াঙ্গোই চীকপক মথৈজা
হাওখা লোকখা নিংথৌনা
করি মরৌ লৈবগে ?”
“য়োম্ম বাংলেন ঙাকপীনি
লোরবী চয়ো অমথক
মপাম চাকয় চাজদা
লম্মখাঙদা মাঙখরে।”
মখা অযুক হংদরে,
পায়মা মণ্ডল মখল্লি।
“অকা মচা থাজিল্লা

হান্না পাউবু লৌজগে'
অযুক 'ঙনবা বাংলেন্নি,
য়াঙ্গোই' সুমইয় চওশিল্লক,
চীংয়া' পাত্তি অমদা,
'শংবা মনা ময়রক্ত'

অয়োন পাউবু তাইবীনি।”
কোরৌ মঙাল 'কাওরক্লে
চীংয়া তময়া য়ৌরক্লে;
শীঙেল থবাল শাংলক্পী।
কুঙনা ময়ক ময়ক্তা

ঙাংবা থম্বাল মশাংংলি,
থরা অমুক চঙশিল্লা,
খুবাক খুবাকমুক পাক্লা,
নারক্ শাংপী কেহুকী,
নাইতোম মদোম শাংলগা,
পায়মা পুক্লিং হুংনাংব্রা,
মশানা মশাবু যেংজবি,
পাংকী অবাং ঙমৈখ্রেনা,
চীংখাদগী চীংথকফাও,
মনানভা পুময়োম যোম,
নৌনা য়ুমগা তল্লিবা,
থোংচা নৌজা ফজবী,
পাথং' থম্মোই লুপগ্রবোই,
মালংনা লোইরোই হুম্বদা;
মপাম লমদম য়েংলকই,
ঙৈহাক অমুক মচংলা,
চীংজুমচাদি তুরেলচা,
লৈরা লাইজা ঈচেল্লক,
বাংমা লায়না লাম্নরি,
য়াঙ্গোই শগোল মথৈন্না,
মালং ঈহম লোংনরি,
তুরেলচাগী বাংমদা
লেপমুক বাংনা হৌথরি,
পাক্লা শম্না তাথরি ;
ইনা' ঈপোম হৌরকই,

মিংকম ঙ্কোংদা মহেংবৈ
মশীং লাকঙমদা থমচেংন।
লুর' ঈশিং ঈয়ায়দা
লৈরাংবীন্' লৈতুগুন
নাইতোম মদোম কেঙরি ।
লুরা লাইজা লুকথবা
পুন্সি করিনো থজরি ।
'ঙম্বা চীংনা ওইজরি ।
মনাপুংবা ঊজাওনা
তাংথক নাইনা হৌথরি ।
ফজাইবা চৈরোং অপানবা
মহৌশা লাইরেম্বী' শক্তা
পাজং লোক্লা থশোইদুং
থম্মোইদু থওমৌ নৌরকপোই
হুংশি মায়কৈ লাক্লকই ।
থম্বাল পাংপু তুংওইনৈ
চীংখোং ঙাথু খেংথুরি
থোই নুংদা খুনাম-থা,
খোঙমী লাম্মী শিংহুম
ঙৈহাক পুন্দোই থাদোক্নি
ঈথৌ লাংবা কোক্লরি, ।
অশংবা তুম্মৌ নাকুপ্পি
লোইরোই ঙম্বা চীংখোঙফাও
মালং ঈহম ফংবদা
থম্মোই ঈপোম' তিমথি ।

ফুরেলচাহ লাশোক্লে,
ইপী ইরক কাওহনা,
পীক্লা খোঙলম অহংদা,
লুচিংবা মানা লমজিংলা ।

মরি মরি কাখংলি,
লিক্লা' পুমচোং চোংনরি ।
পাম্মৌ-মাঙদা উরকই,

চুজাক পাম্বী মক্তনা
মক্তম কনা হৌরম্মী,
খুহ্প শাংবা চুজাক্না,
মক্তম কনা পারম্মী ।
চীক্লা চীংহুং অহুদা
মতোক ভাংবা খোইনিংনা,
উপাদমু কৈম্না - তোং,
লাম্বী পরেং কাখৎপা,
মিংচি' কৈরপ য়েংলকই ।
কৌজেং হায়ৌ খোজেলনে,
হরি নোংনাং খোজেলনে,
"নিং-নিং" লাওবা খোজেলনা'
তত্তনা নাকোং' য়ৈরিবা ।
থম্মোই কায়হৌ' খোক্লবোই,
কম্নাই' পুক্নিং নৌরকই
" 'নিংথৌ অঙম্বা কম্নাইবা
ভাইহাক পুজোই লেপখিংসি ।

অক্না-মচা ঙাইখিসি,
অয়েপ-পাউবু তাবিসি।"
খোংমী লাম্বী লুচিংবা,
ফম্নাই মানা হায়রবুই।

লুচিংব' য়াবা তাবদা
খোঙমী লম্বী পুম্নমক
চাইনা চাইনা লৈজরি,
উখোঙ বাখোঙ থুপ্পরি।

লাপ্তক মাঙদা হৌরিবা,
চুক্লাক পাম্বা মক্কনা,
চুক্লাক পাম্বা মবক্না,
পাখৌ 'ঙবা ফম্নাইব',
"কনা কনা লৈবগে,
লোইবা চন্নু খেংহোক'মা,
মুপী' খোঙ্গেল তাঙমদা,
মেঙল-মুপী খোঙ্গেলনা,
য়াঙ্গোই ঊঙ্গিৎ পীনা,
পালেমগুপ্পা মুপী 'মা
মতু ইচোন চোমলবা,
পলেম তুংদা তাল্লক্লি,
তেনজৈ অতুম তনশংশং
শওম তম্না কাপ্লিকই,
'হবু অহুম তামরি;
তিমেন তাবু মশংলি,
খুমাঙ মক্কা থাঙ্গংলি,
পাখৌ 'ঙম্বা ফম্নাইবা
খুখা কম্না থাখিবোই,
থবাক ঈখায় তমথরে
অমুক তনহৌ হৌগংলক,
মাঙগী চৌংঙোং অমদা
বাংনা বাংনা হৌরিদো
অচৌবা উম্ন মহৌই।
মনাম' যেংনা লেপচরি।
ঐবু অমুক্তা কনবীয়ো"
খঙহৌদনা লাওরকই।
পাখৌ 'ঙম্বা ফম্নাইবা
লাকপা মায়গৈ অদোমদা
য়াঙ্গোই খুরুপ থাখরে।
ইপা পাখং চেন্নকই,
মুরা চাউরা শওম 'মা
খুতুপ 'মঙা মঙাইরে।
মৈগা তোনগা শম্নলা
শওম লকক্ মতৌই।
পাখৌ অঙবা ফম্নাইবা
য়াঙ্গোই মাহ চোংশিন্না
শওম মাবু মথংলি
তিমেন তাবু মরংই,
শওমব্রিলোংনা হাইথখি,
ঈখেং বা বা হাথরি।
পলেম মাবু মতাঙৈ

কৈনা কৈনা মথাংঙি, অমুক তনতু তুখরে।
তেঞৈ অহুমদগী সু, তিমেন মতোননবীনু
ঈথেং বা বা হাথরি, শওম হাইথা' তুথরি।
"পারী ইবুংঙো মুংশিবা, পালেম চুজাক হেকপদা
শওম অচৌবা মহাকসু, চুজাক ওয়া চারম্বী।
অহিং নোংশোই' চারবোই, চীংচেপসিমা চাথরে।
পারী নওবু ফম্নাইবা, ফমথোন কাবা ওইসনু
চীংওং থাংজীং লাইনসু, য়াইবী মরাং কায়হনবা,
মোংবা নরান চাউখৎপা, খৌজাল লনথু' ওইসনু।
খোঙমী লাম্বী লুচিং'দা, পাথে। 'ওবৈ মখৌনা।
পাথৌ' লিংজেল মরোশিং, য়াঙ্গোইমক্তা থৌরসু
উরক-নারক থিদবা, পাইগুম য়াংনা মথৌবা,
য়েক্না তম্না চোংশিনবা খুথা লাকথা শোয়দবা,
পাথৌ মাগী মতৌবু, মঙোল্দা ঙক্না মথোক্লি।
লাম্বী লুচিং মহাক্না— "ইমা খুল্লাকপী তাবীয়ু
ইপা নিংথৌ লৈহৌত্রা ? লোইপোং থোঁবা লাকপনি।"
"য়ারৌ শাদানবা চৎথ্র, ইমাগী মোংবা ইরান্দা
পারী পুম্বা চৎসি লাও, অহাও হাওতা থিগসু
ইমাই লৈজ' থরনা, চরা নোংথম্নরুসি।"
খোঙমী লানমীশিং অহুনা
শওম মাবু লেংথোং না
হাওখা লোকখা নিংথৌগী
শঙ্গাইদবু পুরক্লে।

( লোইপোং থোবা তাক্তক লোইরে ॥

# মপু–মনাই রা তান্নবা

১৪

লয়েব লুরাং লৈবাক্কী মা কোম্মুংনি ম্যাতেক্কী
ঙসি কৌবা নোংসিদা
ফম্নাই' ময়াম তিল্লিদা।
পাখং লায়কপা ফম্নাইবনা মা য়াথং লাউথোক্লি—
নিংথৌ ফম্নাই লক্লবি
মহা ওইরি মখৈদি
হয়েং ইন্নুং ঙানবগা, তরা চাকুপ্নে চান্নগা
কোম্মুং ঙম্না কান্নকউ,
য়াঙোই শগোল তোংলকউ।
নিংথৌ শাবল থোক্কনি, কোংবা লম য়েং চংকনি
য়ায়ৌ শাবু তাল্লুনি,
ঙমখৈ পন্নিং য়েংলুনি।
শয়েং তাঙ্গাও শিন্নকউ, খুবোম য়ৈশি লোল্লকউ
লাংমৈ শমজি থেংলকউ
পুজেং ফিরাল পায়রকউ।
নহা ফম্নাই' মখৈদি চিখা' য়াদে কান্নকউ
ঙসি লাক্ক মখৈনা,
শগোল পাউজেল কাংবুনা,
ঙম্না পাউথাং য়ৈনখো, লৈবাক খুংনা চেন্নখো।
নহা মখৈ পাউজেল্লে,
অহল মখৈ পাউতাক্কে।

ইন্নুং শোবা ঙানবগা, তরা চাকঙন চারগা
ইনিংথৌ ফম্ন.ই নহাশিং. শরিং শরাং হৈবশিং
স্না কোন্নুং তিল্লরে, চংনা থৌরাং লাংনম্রে।
খুংলায়' মখল মশুইদো খুংলায় শুনা পায়নৈদো,
খুংশু চীন্দুম থাংশাংনি, য়েপ্ন-থাং ওইথাং য়েথাংনি
তিমেন তানি, হাকথংতা, হুম্না তানি, চুঙোইনি।
ইনিংথৌনা মাঙদি থং, পাথংলাক'না থৌগল তৌ
অঙম্বশিংনা তুংদা ইন, পুন্না চংলি খমইনশিং
লুরাং য়াংদৌ য়াঙবীথক, তোংনা চংলি য়াঙোইথক
স্না কোন্নুং তুংওইনৈ, লুরাং খুন্দোন মাঙওইনৈ।

পাথৌ চহৈরোং অপানবৈ, তালোই ফম্নাই অঙম্বে
খ্বাই লাংলেন লেনবীনা, কোয়বেল চরৈ ফিখুন্না
পুল্লাং খুত্তা পায়হুনা, লুরাং য়াংদৌ নাকন্দা
খুনগী পুখ্রি অহুদা, লাইজা ঈরাং' থোকইদো।
লমতা মালং অঙাও'দি ন্নুরাই কোয়রেঙ চরৈদি
কোয়রেল থক্রে হুমদোকখি। মতমসিদা থুংলখি
শাবল লমথোক কাংবুদো. লুরাং নৈবাক নিংথৌদো।
লোইন-খমইন ময়ামগা, লুরাং ইনিংথৌ ফাতেকপা
য়াঙোই শগোল খামখরে, ইনিংথৌ ফাতেক লেপখ্রে
ন্নুরা লাংলেন লেনবীদা, উনবী থোয়দা শাগৈদা।
মফম ইখঙ খঙহৌদনা, ইনিংথৌ য়াঙোই খামখিদা
স্না ন্নুংবংনা নৈখিবা. ঙক্রৈ ময়াম অঙম্বা।
ন্নুরা লাংলেন্দি লেনবী, চেংলৌ শক্নোয় শকহেনবী,
থোক্না থাঙম নীংখিবী, তীংদা য়াংদা চঙখোনবী

হুরা মাগী শক্তম্মা, স্না পূক্লিং পুনবনা
মাঙদা চংসি চংঙমদা, তুংদা হনসি হনঙমদা
খোঙকাপ চপ্পু লেপখরে, হুংবংননা লৈখরে।
অঙম্বা ময়াম মমাঙদা হুরা খোঙলৈ থুনদা
খোঙকাপ লাওনা থাংখরে, মোংবা মরান তমখরে
খরাই হোজং চঙখরে, খোঙগী নাতৈ লোনখরে।
লুরাং ইনিংথৌ ফাতেকস্নু, অঙম্বা' লোইন-থমইনস্নু
য়াঙ্গোই শামায় লৈখরে, স্না কোম্নুং তমখরে।
অঙম অথৌ খিবিকমক, হুইঙক লাইঙন চান-মক
শমায় লুক্লা চংনৈদো, ইনিংথৌ থৌদৌ অসিদো।
লুরাং খুম্নাই পুম্বস্নু, অঙম অথৌ মথৈস্নু
করি খোক্কবা ঙাংনখি, তূমিন তূমিন শোম্নখি।
লৈবাক শীম্না খম্নখি মুশুক মুশুক লৈনখি।

শীঙবুম খরা হৌখরে
লৌথিবস্নু থুংলরে
    ইনিংথৌ স্না কোম্নুংনি
    ইনিংথৌ অরোন' কাদনি—
ঐবু লোইবা লোইমাবা
ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ
    খ্বাই লাংলেল লেনবী'দি
    অহুক মপা লাক্কৌদি,
খোংজোম্নুবী তরেংবী,
লৈমা তোম্বী মাতনি।

থুমন মচা লৌথিবা,
স্না মাঙদা থু' লৈতা,
'নিংথৌ অয়োন্ কাহুদা,
অয়োন রাবু হংজৈদা।
লৌথিবৈ স্না মতাবি
'নিংথৌ মখা মতাবি।
মুর্রা ওইবী' লৈশাটৈ,
চৈর খোয়দোম শেংলিডৈ,
রাখুল করি' হুত্তবা,
করি' হায়দা 'লৌথিবা,
নাপ্লৈ শাইনোন খোম্লেদো,
লুতুং শমজি কিথ্রেদো।
লৌথিবা অন্ওক্ মওবচৈ,
মখা তানা মহায়জৈ—
অশোযবদা ঙাকপীনি,
অরানবদা কনবীনি।
লৈবাক থুংনা কোইরুবা,
যুমথোঙ য়ৈনা য়েংলুবা,
হঙ্গরকপা রাংলেন্দি,
মুবা ওইবী মহাক্তি,
মোংবা যুমগা তম্নম্লে,
মৌগী শীংদা চল্লম্লে।
অসুক থুনি খঙলদো
যুমথোঙ য়ৈজরম্মোইদো।
ঙাকপীনিদো ঙাঙোইরেল,
কনবীনিদো মপুল্লেল।

ঙাংলেন চহোম্বা মখচেন,
ইমিংথৌ মথা তাকৈ,
"অতেম্বা মতীক উংনদা,
নঙা মুম্বা লৌরুদা
লৈথাক কবি তাংঙবা,
কৈরোয় কঙি থনগবা,
কুমগোয়া মিংথৌ তানিদো,
ঐশী মিংচং থিমিদো।
চহিংগোং অপাম নবানি,
কাংলোন হৈত্রি মহানি,
ছয়েন লানবু হৈরম্খোই,
খু মাউ ঙনবা ওমখিরোই।"
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা,
শা দা লান্দা মথৌবা,
অওবা মাদা হৌরক্লা
ছয়েন লানবু তারক্লা
লৌখি মরক থংলকই,
মথা তঙা তারকই :—
'ননাই' লোইবা মিংথৌরেন
ভাঙোই লৈবাক মপুরেল,
য়োম্বা রাংলেন ঙাকপীয়ু
লাম্বা রাংলেন কনবীয়ু,
মরাই চহিংগোং অপানগী,
মাইবী থরাই মহাক্কী,
অৌরনফম ঁথীং অমদি,
ইমিংথৌ নীংবা খুংলিপনি,

মেরু তিংথং লৈরেবোই,
চিংনা পরৈ হুরুমোই।
শুরাং নিংথৌ মহাক্না,
লৌথিবা মরক থংনা,—
'স্নাহৈ মুংঙাই লৌথিবা
মখা তাথৌ কম্নাইবা,
মাবু লোইশিন্দ্রি'খৈদি,
অঙাং ওন্দ্রি মখৈদি,—
খুজিন্দা তুম য়ুবগুম
কাংখদা লীল চঙবগুম
ঈংবা লৈরোই নিংথৌরেল
ঙাঙোই লৈবাক মপুরেল।

হয়াও মোমোন মনোকই, ইনিংথৌ মখা তাবকই—
"শিংঙি তয়ুম লৌথিবা, ইদাইরেমদি লৌশিংবা
ইশানৌ লাংলেন লেনবী, মুরা লক্তা চঙখোনবী
ইখুৎ চন্দা য়াদেকো, লৈমা ফমথোন পীনিকো।
চহৈরোং মাবু মাঙহল্লা, য়াইবী থরাই মবৌরা
ইদাই-রেম্না পাম্বা ফম, অপালবদি মনা মথুম
নিংথৌ এৈনা থিন্দোক্নি তয়ুম নঙগী তমগনি।
ঙহাক পুঙোই মথৈগ্রে, লৌথিবা মখা মতাক্লে—
'চবুং খুন্দি নামুংলি, মীতোপ মীফৈ চঙনদ্রি
খুলগী মায়কৈ মরীদা, ঊশা থেংনা থন্নিদা
থোইরুম মোমোন মনোকচৈ, ইনিংথৌ মানা মওকচৈ—
লৌবু হৈদা লৌথিবা, তয়ুম নঙবু অশিংবা
কুমসি লোইপোৎ কায়ক্নি, মপা চম্নু চানন্নি।

মপা খাম্বী মৈত্রেংনা, চবুং খুনচেপ লোইচন্না
মালত্তা লোইপোং থৌবনি. চহৈরোং মাবু মথানি।
লৌথি মোমোন মনোকচৈ, মখা তন্না মতাজৈ—
ঙাকপী'নিদো নিংথৌরেল কনবীনিদো মপুরেল,
চবুং খুনবু চঙস্'দি. চঙলুবা মী কৈ 'তুদি
লুরেন লুখা থাননি থরাই হোংজং' থেংননি।
'নিংথৌ মোমোন মনোকচৈ, মখা অমুক মতাজৈ—
য়েক্না চহৈরোং ঙাইরাসি, চবুং' তন্না থারসি।
লৌথি তনওক ওক্লকই, মখা অমুক তারকই—
'নিংথৌ য়াথং ঙাক্রুবা, খুদক্তা 'ঙাং ওন্নবা
চৈরাক পীবীনি ই৷নংথৌ লৈবাক্কী লৈতে মথৌ
য়ুমম্লোন্না লৈবাক নিংথৌসু, মতিক লৈতে নোক্রসু।

লুরাং ইনিংথৌ ফাতেকপা মানা
উনবী পীবুক্‌ংদদি খল্লকই
কাংখদা চঙবা লীলবু তাম্থোকপা
খুজিন্দা চঙবা তুম্বু হন্দোকপা;
মুরা ওইবী খ্বাই লাংলেন লেনবীদা
লৈমরেল ফমথোনবুদি থিন্দোকপা
লুরাং নিংথৌ পুক্লিংগী পান্দমনি।

( মপু মনাই য়া তান্নবা—তাঙ্কক লোইরে )

## পাম্বী-পলেম্ম ম্বা ভামম্বা

১৫

হোঙবী মেম্বী পলেমগী, ঙসি অহিং মঙলামচান্
মঙগ্রেম হাইগ্রেম্মবগুম, মঙলান কয়া মুঙাইতে
অয়ুক ঙম্না য়াহৌরা, অঙানবা মঙোন শিন্নজে।
মমোম শকপী মমৌবু. 'নাক্তা তপ্না কৌশিল্লা
'তান্নিবরা লাংলেনহন. ইমাই ঙসি অহিংগী
খোম্লেন মঙলাম মুঙাইতে, ইমুম মোংবা ইবানয়াই
লাইঙ্গা ঈরোল চল্লম্মী, লাইজা ঈরোল মুংদ্রুদা
ইমা ইচা ঐখোয় 'হুম, রামা ঈয়াক' খাঙলম্মী।
'সিগুম খোম্লেন মঙলান্দি পোকদগী মঙখিদ্রি।
মিৎনা নানা তোংবমে, পাম্বীদা কম্বি থোকবা
পায়মা পুক্কিং ম্বাইদকো. । মমোম্ম লাংলেন খুম্মকই—
"কম্বি তৌরোই পলেমও, শক্তি মকু মঙগ্রেমনি"
ম্বাদ অম্নুম মখুম্নে. পুক্কিংম্বদি চিংমম্বি।
নুম্বাং নিংথৌ কাতেকপা. শাবল লমথোক লাক্লগা
মুরা চেংলৌ উখিদে, শগোল শম্বাম্ম মওম্বা
ম্না কোম্নুং ম্নতমখি। লৈকাই মুগুক ঙাংনখি
মনি-মমৌ অনীমক, উনবী পুম্বিং খঙ্গাম্নে
মনি-মমৌ অনীমক, পোৎলুম পুখি মুংবংনা
ম্বাথল ঈপাক' মতাওজা, মোংবা মরান য়াইফুদা
তৌফম শুফম খঙজদা. মুংগুক মুংজা লৈজম্বি।

'নিংথৌ-ম্না কোম্নুংদনা, পাথৌ চহৈরোং অপানবা
হাওখা লোকখা খুন্দগী, খোম্ম্ লোইপোৎ অপুম্বা

'নিংথৌ কম্নাই অঙবা, কৈরুংহনদা শিন্নরম
লিকোল-ভরেং শেজানা, ইনিংথৌ স্না খুংমক্তা
প্যাথৌ 'ঙম্বা মহাক্না হাকথেংননা শিন্নজৈ।
লুরাং নিংথৌ মহাক্না-"তমুম চহেংরো" অপানবা
পান্নীবা অচাউ লেপকাবা, চাংবু ভমদম্নকপসি
নিংথৌ ঐগী তেক্লুরা, পাম্বোম নৌনা পাম্লেদো
নঙবু প্লোকপা পম্থৌগী , পাঙন মাগী থৌদাংবু
পাবী নঙনা পুদৌনি, পাবী মতীক খঙলেদো।"
নিংথৌ য়ান্না তারদা, কম্নাই' মানা হজং চৈ—
"লিক্লাই ঙাম্পোই ইনিংথৌ নশাইগোন্দা চাউবনি
লৈবাক থৌগায় পূম্নমক, নিংথৌ থৌনীক খুদিংমক
কোইবেল থোংনা য়াজন্নি, লৈবাক মপু ইনিংথৌ
শিন্থা পেরম কাংবীসি, নদাইবেম শিন্থা পীবীসি।"
তবাম তবাম হাইহেন। 'নিংথৌ মানা পাউ ওকই—
হুণ্ডাইবেদা ইদাইরেম, নঙম্নু পোকপা পম্থৌদি
থাঙ্গী মৈজেং অয়াবা, যেংকী পাম্বোম ওইবম্মী
'ঙম্বা মাগী থৌনানা, চবুং খুনচেপ মাপলবু
লায়না খুত্তম চন্দুনা, ঙম্না লোইবু চল্লম্মী
কুমজা খুদিং লোইপোংসু, অঙম্বা মানা থৌবম্মী
'ঙম্বা মাঙ্গী থৌদাং পূম, পাবী নঙনা পুদৌনি।
ঙসি অহিং অসিমক, তম্না লোইপোং থোকচো
খেংঙমী লাম্মী পুক্কবোই, তম্বা কনা য়াওকবোই
হুয়েন লাম্নি লৌখিনি লৈবাক য়াথোক ওইখিনি।
'পোং পুন্নজো নম্রেদো, খুজা মন্নাই' থিল্লক্লি
ঙসি অহিং নদোমচং, চবুং নিংথৌ উনক
লুরাং লোইপোং থিল্লকউ, প্যাউসিতবু হায়ন্নবু।

ইনিংথৌ মা থৌদীকথোল, মরুলুনা তাজরি
মচীন্দনি থোক্তনা, পীবুকযুংদা খজরি—
"মীকৈ মী ভোপ অমত্তা, চবুং চত্তবা মাদেদো
'নিংথৌ মাস্থ খত্তলিনি। অচান মনাই শারগা
মরৌ লৈনা থৌদাইদা, মুপা ওইবৈ ইথৌনা
লিংজোল য়েংগে থৌরাংত্রা? মত্তা তরা খজরা
পারী' মখা তারকই— "ঐবু লোইবা লোইমাকা
'নাইবু লোইবা ইনিংথৌ, অশোয়বদা কনবীনি
অরানবদা ত্তাকপীনি। পারী পুরী লীচত্তা
চবুং লাইনীং লম্বীদা, খুৎপু থিংজিন থোকত্রা
নদাইরেম ঐনা খঙেদো। লৈবাক্কী' মপী মপা ওই
চৎনা নাংপু ত্তাকপীনি, তিল্লাং থকয়োৎ খনবীনি।

"করি তয়ুম চহৈরোং, অত্তাং নতীক নত্তনা
নিংথৌ ঐগী চীম্বত্তা, অরুংননা মথুম্বা
চৈরাক ফংনি খত্তত্রা নবৈ ফানা ত্তাংঙু শা।"

"লাল্ল' রাংলেন ত্তাকপীনি, য়োল্ল' রাংলেন কনবীনি
মপা-নাৎ মপু নাৎকী খুনগী মনাৎ-নামুংবা
চৎনা লীচৎ পথাপ্পু, ত্তম্মী হায়ন' থুগায়বা
অহল লমন উজাশিং, ত্তাকরক্নি ইনিংথৌ।"

"হুয়েন লানবু তাক্কচো, হায়বা নত্তে তয়ুমত্ত,
তয়ুম নদোম মচৎলা, লেইপোৎ থৌক হায়রনি।"
পারী-চহৈরোং অপানবা, তিল্লাং থকয়োৎ খজুরা—
"অরুবদি ইনিংথৌ ঐবু পোকনী পাজেম্মা"

মোংবা ইরান্নুংদগী, চথোকহন্দা য়োকপনা
'ঐদি চাউদ নপারী, চবুং খুনবু খঙজদে
'খঙবা কয়াই অমদা থৌনেকপীনি ইনিংথো।"

"চৎনি চংলোই শেংদোকউ, লুরাং লৈবাক খুন্দোন্দা
লৈবা চবুং খুনশিবু, খঙভি খঙদে মহায়বা,
নরা নরৌ তৌবরা, অঙাং নচীন চুম্মু শা।"
রাংলেন ঙহাক মখল্লা, পারী' মখা তারকই—
"চবুং খুন্না ইনিংথৌ, নপারীবু শীংলক থোক
নদাইরেমগী শিংলিদা, মিহুল অমা চোংলিঙে
লাকচবদি ময়াদা, খুথোক্লরক থোক্লবদি
চবুং খুনগী মনাক্তা, খুৎপু থিংজন থোকনি।"

"চবুং নিংথৌ উনরু, লোইপোং কারকউ মহায়রু
নরা নচীন পংথি থি চবেৎ চবেৎ মঙাংবা
নিংথৌ ঐবু লংনদি, নরা ওনবৈ চৈরাকপু
নিংথৌ ঐনা পীবদা, কনা'খাম্বা ঙমগনি।
তয়ুম নচীন চুম্মুদা, চৎনি চৎলোই শেংদোকউ।"
ঙহাক পুঙ্গোই মখল্লা, পাথৌ মানা হায়রকই—
"খ্বাই লাংলেনবু লেনবীগা হাওম্নবী মাগা চৎচগে।"

"কবি চইহেরোং অপানবা, নিংথৌ ঐগী চীঙ্ক্রা
অরং অরং খুম্বা শাই। লোইপোং থৌ'দা মুপীনা
করি মথৌ লৈবগে, লাংলেন লেনবী পুক্নরোই।
লুরাং কনা য়াওরোই, তয়ুম নদোম চঙ্ঘৌনি।
ঐগী খুৎশু খাংলেম্না, নঙক লুরেল ককপদা
কনা' করি হায়গনি, নিংথৌ ঐগী ইনীংনি।"

কন্নি খল্লুববনো, পাখৌ মথা তান্নকই—
"মপু স্না থুয়া থ, য়োনখি খিবীক ঙাকপীযু
'নিংথৌ শিন্থা লৌজরে, ঙসি তাংলৌ অনিমক
চবুং খুন্দা লোইপোং থৌ, ননাই খোঙদোই হুল্লগে।"
লুৱাং নিংথৌ থৌদৌসি পাখৌ চহৈবোং অপানদা
খোয়্লেন মঙগুম থোকখ্রে। অঙবৈ পীবুক্‌ংহুদা
মঙন মঙন মখল্লা, মোংবা মরান তম্লক্লে।
মোংবা মরান য়াযদদি 'পোকপী পলেম মগাগা
তালোই লাংলেন লেনবীগা, লাংতক্লনা ঙাইবম্মী—
'পাবী নংবু তাববা, হাওখা লোকখা খুন্দুদা
লোইপোং থৌবা চংপবু, নিঙাই শাংদা থোকপবা
খুবৌ চেনবা লৈবরা, ইমা' মঙলান মুঙাইতে।"

"কবি তৌদে অপোকপী ঐবু হৌজিক তম্না'মুক
চবুং খুন্দা চত্তুনা, লোইপোং থৌবা থাবীরি।"

"মাঙলে মাঙলে ইপাবী, চবুং খুন্দি নামুংলি
হৌজিক করম চঙলুনি, 'নিংথৌ মতু খঙদরা?"

"খঙনা খঙনা থাবনি চত্ত অত্থক থোক্লগা
অঙাং ঙনবৈ চৈন্নাক্লি চংলে শি চত্রে শিবা,
হৈজবগা নাম্থোকে, 'পারী লাইবক স্লেংজগে।"
পাখৌ চহৈরোং অপানবা, নিংথৌগা ঙাংন পুন্না
চিথদনা তমজবে 'পোকপী পলেম মমানা—
"কন্নি রানো ইনিংথৌ, তম্মী মতা থৌদাদি
'পাবী মাবু মুংশিন্না, অয়ুক-মুংদাং তিন্নরক

পাখৌ মপামী লেংবী, 'পামী কনবা মন্নাইশা।
মৌজিক চনু খাবদি, পান্নী মাইনী থরাইবু,
লোগে থৌরাংবা মন্না, কন্নি পূকচেল কৌথগে ?"
পোকপী পালেম মমানা, ফেংথা নাওই চৈন্নিঙৈ
মুৱা লাংকেন লেনবীমু, চরৈ মান্নথোঙ ফুপশিঙ্কা
মিংকী শিরাং থামজরা, লীবূরু'দা থন্নকই—

'কুংশি খঙদা ইনিংথৌ
পূকচেল অহুক লীকপাশা
মীগী ওকশম শিরিবা
মা লীকফাং মুন্দুনা
নঙনা শিগে থৌরাংবা
করী থৌরাং নহাকী ?
অঙন্ননি হায়নবু
মন্নাল চৈতা মীগীদি
মাইবী লোগে থৌরাংবা
নথৌমাংনি প্যাংথোকচৌ।
নঙনা প্যামজা লিক্রাংদি
মপোকমিগী মংঙমোই
মতং মতং মালেমদা
চোইজাই মাঙনি খঙদবোই।"
হীক্কা হীক্কা কপ্পকই
শোম্বাংননা শোন্নকই।
''নঙনা পায়জা' লীক্রাং, মতং মতং মাঙহনগে॥
মাক্কা অহু ভারদা, পাখৌ চহৈরোং অশানবা
শিক্রবি মাবু হায়নগে, ঈশাখৌ অহুক শাগৎলো''

'পোকপী পলেম্না খুন্নকই—"পান্নীনা লোইপোৎ থৌগ্নিডৈ
লুন্নাং নিংথৌ মহাকস্থু, নিংথৌ ক্যাই মন্নামগা
শাবল লমথোন্নকপদা, ইমোম লাংলেন লেনবীনা
থন্নাই থোঙ্গাল লান্না, লাইজা ঈপাল লাংলিডৈ
নিংথৌ মিংয়েং শাগেখি, মুংবংননা লেপ্পন্না
য়াঙ্গোই শগোল শমায় লৈ, কোম্নং তন্না খোঙদোইখি
লৈকাই' মুশুক মঙাংনৈ, ইনি-ইমৌ খঙ্গানৈ।"
রাক্ষম অতু তাবদা, পাথৌ পিংবু লাউথ্রবোই
লুরাং নিংথৌ ফাত্তেকপা, পূকচেল 'তুক শীকপকো
তুশোন মানশোন য়েংতুনা ওথৌ মতা নৈবকো"
পলেম মমা' ওক্লকই—'রাক্ষম অতু কৈদৌদে,
নিংথৌ নাক্তা চৎচন্না, পাবী' য়াইবী থন্নাইদং
ফিগাও শানা নিরূগে।" পাথৌ চহৈরোং অপান্না—
"পলেম ইমা অপোকপী, মীঙোন্দা নর্পচা হায়জন্না
পানবা পুন্সি পামজদে, নপান্নীগী পাঙ্গলনা
নপান্নী পায়মা লৌশিংনা, নপান্নী পুন্সি ওইগনি,
কনা' হায়জা চৎচরোই, কনা' হায়জা নিজরোই।"
পলেম মমা' খুন্নকই—"ইমা ইচা ঐথোয় 'হুম
থুমন লৈবাক ওইরম্মু, মোইরাং লৈবাক ওইরম্মু
মোংবা ইয়ুম হোংশ্রসি"। মমোম্না অমুক ওক্লকই
"তুনা করে পলেমও, হৌজিকমকপু হোংলসি"
অসি রাদি হায়জন্না, মুন্না শীক্লা কপ্পকই।

"করি রানো ইশানৌ, হায়হৈদা রা হান্নদকো
পলেম ইমাম্থু ভাবীয়ু, লুরাং লৈ'দা লোকচবা
লুরাং লৈ'দা শিজবা, মস্সি ঐখোয় লাইনীঘনি।

পোন্দা য়োকপী পোম্বীনু, মপু খঙ্গনা খঙনবু
মুনবা ওমদৌ তম্বদি, নুরাং লৈরাক অসিদা
চহৈরোং ঐনা ছিংলিজৈ, তাংজা মরু হুন্দেদো
ঐগী য়েন্না মৈনদি চাকপা ওমদা পোৎপুদি
মালেমদা লৈরোই পলেমও, পায়মা পুক্লিং হন্থবীনু।"

"পাম্নী নওবু তাখোনে, চত্তনবা খন্থখো
নখোও খোংনা চত্তুনা, নমং থিবা হৌনদে
পলেম ঐনা চত্তুনা, ইনিংথৌদা নিজগে"

"তাকপীনু অপোকপী, রাকম অহু অনীরক
পাম্বা কৈগী য়ারক্তা, নমৌ হুঙ্গিন হৌনদে।
পলেমা ঐবু ফুয়বী'গী লুরাং খুন্নাই ওইবনি
ঐগী অওম্বা মতীক, পলেম নওগী নরলনি
নচা পাম্বোম পাঙলনা, নচা' লৌশিং অলিনা
নচা ঐগী ইরলনি।. নচা' অমুক থিংবীনু
নচা' লায়বক য়েংজরগে, চবুং খুন্দা চত্তুনা
পুন্সি থৌগায় পাংখোক্কে, পলেম থৌজান পীবীয়ু।"

'পোকপী পলেম মমানা, ওহাক রাংলেন থল্লগা—
"পারী' চৎকে হায়রদি, ইমা অমুক খাম্মরোই
চবুং খুনচেপ মাপলদা, পাল্লি নিংথৌ মহাক্তি
নওবু পোকপা পম্মৌগী. চান্নরবা মরুপ্নি।
মাগী তালোই খুলাকপী, ঐগা ইতা শান্নেদো
লুনা চান্না তিন্নেদো। 'পোকপা নওগী পম্মৌনা
তাইবং চিন্নাক চান্নিজৈ, 'লাকপা 'লাকপী অনীমক

য়াম্না তোয়না লাক্লম্মী। কুমজা খুদিং চৌজিকন্নু
লোইবী চীংগী পাল-পালয়োল, খান্নু, মঙ্গ। থিবিম্নু,
শম্নু, পীক থম্লত্তা ইমা ইমাগী অম্লক্রি।
ইমা ইচাগী য়ুম্বানবু, লুরাং খুম্লানবশিংদা
তত্তা পাউবু মহংজে, তত্তা পাওবু চেক্লকই।
'পোকপা পম্হৌ মিংলেনবু, পলেম ঐগী ইমিংবু
পান্নীনা পক্লুবদা. নিংথৌ মানা চানবীনি।
পম্হৌ ঈশিং-চাইবগী. মক্কাক্লিদা থঙহল্লু
পাবী' তুবুম নামফাও নিংথৌ মানা শোক্লরোই।"
'পোকপী পলেম মমানা. মথং মথং হায়বকপা
পাথৌ পায়মা পীবক্লুং, থল্লি থৌরাংগা চান্নরি।
'পোকপী পলেম মমানা, মথা অমুক তারকই -
"চবুং নিংথৌ মহাক্লী, ইতা খুল্লাকপী মহাক্কী
খুদোল অমমম অমসি, হীদাকমনা মপুন্দি
পোংয়োম অমা য়োমশিল্লু. ইমাগী চয়ে ইনফি'
পোংয়োম অমা মশেক্লসি মক্লনা পান্নী কন্দৌনি।"

মুম্না লাংলেন লেনবীনা, মশাধী মানা পু নবা
পোংযোম শেম্বা লোইথরে. তরা চাকম্নু হৌথরে।
অপোকপী পলেম মমানা মথা অমুক তারকই—

"চবুং খুন্দা চংপম্নি, হৈনা শিংনা চংলুকো
লোইবী চীংগী লম্বীদা 'শংবা উঙা থম্নবু
কৈনা য়ুংনা থেংলম্না, থক হেজিম চঙলুম্নু
থাম্না অত্তোপ লম্বীদা, নাথৈননা চংলুকো।
নিংথৌ মনাক য়ৌক্রিদৈং, চবুং খুনাই কনাগা

থেংনদনা হোংনোকো, নিংথৌ মাবু থেংনমক
বনগা নুরাং নিংথৌবী, তুরুচবা শাক্তংগু
পম্বৌ মঙোন শিংশিংনা, চিথদনা পাউদম্মু
'পোকপী পুলেম মহাক্না মখা তন্না তারকই—

চবুং নিংথৌ মরুদি
পারী' য়াইবী মাঙনরা
খঙলমক্তা তৌরক্রোই ।
করিগুম্বা নিংথৌনা
নাম্মং 'তম্নি হায়নবু
পারী য়াইবী লৌনবা
থৌরাংমক্তা মতৌরা
নিংথৌ মদোম ঙাইরিউ
প্যায়মা পাইবক লৌশিংনা
ছিংনা-লম্বী য়েংলকউ ।

( পারী পলেম য়াতান্নবা তাঙ্কক লোইরে । )

# চবুং খুন্দা লোইপোং থৌবা

১৬

শানৌ লাংলেন লেনবীনা তবা লুকোই হৌতুনা
পাথৌ মানা চাজবা মোংবা য়ুমগা তমথৈদৈ
অসি নোংজা অশিনা
অহান' চীন্দম হুমিংনি ।
'পোকপী পলেম মমানা খুল্লাকপা খুল্লাকপীগী
খুদোল তম্বা লোইখবে পোংয়োম কিশি কিখরে ।
'শাবী মানা হায়বকই—
"শানৌ নঙবু হুংশিবী
ইবুধৌ থাংজিং থাগোল্লা
চেকশিন হৈনা লৈবম্মু
ইবুধৌ মাবু তাইশিকচৌ ।"
'পোকপী পলেম মমাদা অমুক তম্না চঙশিল্লা
ঙাংলৌ শোল্লা খুকমজে পারী য়ারা কাংলকই—
"পলেম ইমা অপোকপী
পারী খোঙশাঙরগে
য়াইফা থৌজান পীবীরো ।"
মপারীগা কায়নবৈ থম্মোই মুংদি ওমচাল্লা
তত্তা শীম্বা পিরাংদি হৈনা শিংনা মরোৎচা
অকন' পোকপী শাতুনা
পলেম মপাউ ওক্লকই—
"পারী 'বুংঙো পাথৌও
চবুং খুনচেপ মাপলবু

মথন্তগী পাঙলনা
মথন্তগী লৌশিংনা
লোইচঙ্গবা পঙ্খোছুই
'শেংবা পাম্নী ওইরদি
পাম্নী পাম্বোম পাঙ্গলনা
পায়মা পাইরক লৌশিংনা
চবুং খুল্লা পুম্ববু
পাম্নী' ওম্বা ওইরকউ
নতু তুবুম তত্তনা,
ইমাগী নাক্তা হল্লকউ
ইবুধৌ থাংজিং লাইনা
থৌজান লনকু ওইসল্লু।
অসি রাদি হায়জরা 'পোকপী পলেম মমানা
পাম্নী কোইরেল থক্তগী শমু নঙ্গল ফাওবদি
পলেম খুবাং মনানবী
য়াইফা থৌজান মপীবী।

পাপৌ চহৈরোং অপানবা, খুদোল চয়োম মপায়জা
হাকথং থাংবু অমদি, ফিরৈ চেৎনা ময়েপচা
চবুং খুনবু তম্লক্লে। খরা চৎলে হায়রগা
লুরাং লমদম তুংওইনৈ, চবুং খুল্লাও মাঙওইনৈ
অছিং মতম ওইবগা, খোঙকাপ লাওনা মথাংঙৈ
লোইবী চীংয়া নক্লকই। খরা অমুক চৎলগা
চবুং খুনয়া য়োরক্লে, চীংথক কোয়না য়েংবদা
'চৌবা মৈত্তাল উরকই। ইনক নকনা মাঙওইনা
'শংবা উপা থরদি কোংয়ান রাশাং কৈনা থম

ফৈনা য়ুংনা ময়ানবা, পাখৌ মান্না খেংনজে।
হাবুং অমৈ মরুম থুপ, মৈভাল মুন্না য়েংলকই,
মৈজাও থাবৈ মওংদি, নায়ক লুকথ লুকথনা
নাশোল পীক্লা কাথংলি, খন্না অমুক কাথংলা
চবুং খুন্নাই ময়াম্না, ইকোয় কোয়না ফমত্তুনা
থরন। কোয়না লেপ মৈনাক্তা লৈবা উরকই।
মুন্না অমুক য়েংবদা, য়াংলৈ য়ুদি অয়াকপা
লা-ম্না লা-ম্না থকপহ্ পাখৌ শেংনা উরকই।
পাখৌ অমুক পাকথনা নোংচুপ হারম তম্নকই।
শোবোং শোবোং খোঞ্জেল'মা, চীংখাবোমদা তাবকই
পাখৌ খাইবু মবাউই, হাবুংমুংদা মরোংচৈ।
চীংখাদগী নুংশিংনা, চীংথক তম্না শিংলকই
ঙহাক ফিবম ময়েংজৈ, অমুক নোংচুপ পাংলক্রে।
চীংথক তম্না কাবকঈ, 'শোওবা উরক নায়ক্তা
শীংনাং নাহুই লোনবদা, লম্বী নত্তা' লম্বী ওই
তুবং নাত্তৈ শত্নক্রা, খুনবু তম্না কাবক্রে।
মরী' চনবা থাজস্রু, নোংচুপ চীংদোন পক্লক্রে
তাম্নিবা যুময়াম য়েংলকই, ইবোই চীরেল খেংলবা
'য়াংবা য়ুমজাও যেংঙ্গবই। নাক্কী উজাও মথক্তা
শোরোং শোরোং তাবকই পাখৌ কোকথক মক্তদা
উশা অমা মখাদৈ, পাখৌ খাইদি মরাওখি
উতোন তম্না ময়েংজে, ফিবৈ' হাকথং থাওজবু
খুতুম চেংনা মপায়জে। অহিং' চেক্লা মকু'খা
মহুমদগী পাইখোরক, উশা 'মদা মত্তোংঙি
কু কুমক্তা মখোংঙি। মাঙগী উজাও তম্নকই
উজাউচুগী মখোঙদা, পাখৌ ইরেন পোখাম্নি।

মরী চনবা থাজনা, চীংগী মরুমদা তাগ্রে
মায়কৈ পুখা মরক্রে। নৌনা পাখৌ মরাকম্
চবুং নিংথৌ মহাকী: মোখো মরাম অরক্রে।
খুনগী লম্বী মচাদা, মাক-রেং-তুংহন য়েংজনা
পাখৌ মানা লাকপদা, খুনগী য়ুময়া য়োংক্রে,
খয়া অমুক চংলগা, খুনগী য়ুম্রক চঙলক্রে।
খুনগী খুম্নাই কনাগুম, উখি খঙখি থোক্লদি-
অসি রাদি মথঙ্গা, লুকখা তপ্না চঙলকই।
উগী মরুম অমুক থুপ, শখল মরুম অমুক ফম
মথং মথং চঙলকই, ওস্নোকপা লায়বক হু 'হায়নি
তাউবা ছুইরাম ইল্লক্রে, খোংলা খোংলা তাম্নরে।
থাংজিং খুবম অদোমদা, পাখৌ মমায় ওন্দুনা—
"ইবুধৌ থাংজিং কোইরেলাই, নগুবু খঙখি থোক্লদি
নগুদি মাঙবা তারেদো, ইবুধৌ নঙনা লোংশীয়ু।"
চেন্না চেন্না চঙলকপা, য়ুমশঙ' নায়া থম্নাস্থু
থোঙগী নাতৈ হাংদোক্লা পাখৌ মাবু শাঙ্গৈজে,
"মী-কৈ অমা চঙলক্রে, মীতোপ অমা লাক্রে"
মরাশিংনা লাওরকই। কাম্নররোই থল্লবোই
পাখৌ মাস্থু চেল্লক্রে, নিংথৌ শজাই চঙলক্রে।
"উগ্রবদি উখয়ে থোক্লবা 'মা লাক্লনি"
অঙম' মানা থঙ্গরি, পাখৌ থম্মোই কনথংলি।
অঙাং মাবা থয়না, লাউরক খোঞ্জেল তাবদা
চবুং নিংথৌ মহাকস্থু, খুত্তা তিমেন অমা পায়
ময়ুম শজাই হুংলগী, মঙ্গোল খেঞ্জোংলাংহুদা
জন্না মঙ্গা চেম্থোয়ক, খেঞ্জোংলাংদা লেপ্তুনা
ঙম্বা রী কৈ য়েংলকই। খুত্তা মরোম অনী পায়

তম্বা নিপা অমা, শঙ্গাই তম্না চেন্নকপা
নিংথৌ মান্দা মউচে। নিংথৌ মাগী মনাক্তা
চেনশিন্নকপা অত্থদা-"মীকৈ নঙবু কনাব্রো,
করি লমদৈ লাকপনো, নচীন চুম্বু তম্বঙ"
খুত্তা মৈবুল পায়ত্থনা থোঙগী থোঙজিন ময়াদা
খুন্নাকপীসু মরেপ্পী। নিংথৌ মখা তারকই—
"চাউদম শা'দম কজেদা, চেংলৌ শক্নোই নিংখিদা
নঙবু তম্বা পাম্মুইদা, য়াইবী থরাই মাঙলনি"
অসিন্নাদি হায়রম্না, ভিমেন তাবু থাঙ্গৎনা
তিমেন চীন্দোন শীংলকই, খুবম চেৎনা মরেপ্পী।
পাথৌ চহৈরোং অপানবা, পম্মৌ নিংথৌ মখোঙদা
খুকউ লৈতা কুম্বরা, পোৎয়োম অনী কথশিল্লি-
"পম্মৌ শকপা ইপাও, নপারী লুরাংদগীনি
খাম্বী-মৈত্রেং অরাবা, নতাও মাগী পারীনি,
ঙাম্নুরোল-হোংবী-নেম্বী, নপারী পোকপা পলেম্নি।"

"মাংলে পারী করম্নো, চবুং খুন্দি নাম্নুংলি
পারী নঙবু খঙদব্রা? খুন্নাকপী! নাতৈ কাংগম্মু"
পারী খুজেংলাক্লা চিং, শঙ্গায়ম্নুংদা পুশিনখ্রে।
নিংথৌ মখা তারকই, করি লাকপা ইপারী?"
চবুং নিংথৌ মহাক্কী, রাহং পাওখুম পীদনা,
পাথৌ মখা তারকই-"ইমিং চহৈরোং অপান'নি,
পোলাং লৈত্রেং-ঈশিং চাইব, নিংথৌ কয়াই অঙহৈ,
মমোম লাংলেন লেনবীনা, পম্মৌ নঙগী নমৌনি।"
পম্মৌনা হাংপীগেম্নু, পলেম লাইবক চাওবীনা
পম্মৌ-পলেম অনীগী, অম্নক খুদোল অনীসি

"লৌশিনবিথো পম্মৌ-ও। নিংথৌ মখা-তাম্নকই—
'পারীনা হায়বমক্তা, নঙগী চেংলৌ শক্তম য়েং
পারীদি হায়বা খঙলে, নামুংদি হায়বা খঙব্রা?"
পারী চইহেরোং অপানবা পাথৌ মানা ওক্লকই—
"লুরাং নিংথৌ মহাক্না, নমৌ লাংলেন লেনবীবু
পায়মা খোয়দাখিবনা নপারীবু হাৎনীংই
লুরাং নিংথৌ মখুত্তা, পারী য়াইবী মাঙনীংদে,
পম্মৌ নঙগী নখুত্তা, 'পারী য়াইবী মাঙজগে।"
অসি রাদি হায়রম্না, নৈদা কুন্না নৈথ্রেদো।
চবুং নিংথৌ মহাকমু পিরাং তম্না শিম্মখি,
ফিজি' তোয়না তৈথোকচা, মপারীবু কোনখৎচৈ—
"করি' পারী হাৎলুনি, কন্না মরম য়েংগেকো।"
পারী থম্মোই চাউরকই, ফাতেক মাগী মথক্তা
হুয়েন লানবু তাক্তুনা, লমন 'মুক্তুং খুম্নীংলি।
খুল্লাকপীদা ওনশিল্লা নিংথৌনা মখা তারকই
"তারিত্রা খুল্লাকপী, নপারী কন্না খন্নসি।
তাবুদা পারী লোৎহল্লু, শিনৌ লশিং খরনা
পোমায় তন্না থমজিল্লু। নতাগী তাঙলা লীক্লাংসি
ইচোই চোইনা তৎফদে নারা খন্না খঙথ্রেদো
চবুং খুল্লাই ময়ামনা, পারী পীরো লাক্লনি॥

চবুং খুল্লাকপী মানা শোনবোই লাকপোই হায়রকই—
"লোইবী চন্ন অমসু, নিংথৌ মানা খুৎচন্না"
নিংথৌনা মরক খংথৎ থৎ "খঙলে ভাইখো খুল্লাকপী
মহুৎসী লমন খুম্নখিনি, পারী লমম লোয়ননা।"

"পম্বো শকপা ইপাও, 'পারী লমন খুমজগে
'পান্নী মতেং পাংবীনু, খোঙমী লাম্মী শাবীনু।"
'পারী মন্না তাবদা, নিংথৌ অমুক খুমকই—
"ফিংবা য়াদে ইপারী, হৌজিকমক্তি নায়ুংলি।"

চবুং খুঞ্জা মীয়াম্না নারা খরৈ মচীন্দে
চবুং নিংথৌ শঙ্গাইদা মীতোপ মীকৈ চঙখরে
লাউনা মখোল তাবদে, অহিং অথেং' তাংলোদা
খুঞ্জা মীয়াম লাক্কুনা,, চবুং নিংথৌ মঙোন্দা
মীতোপ পীরো হায়ররে, শঙ্গাই কোয়না থংখরে।
"ঐগী ইরান য়াইদদি, তম্বা মীতোপ চংলক্কে
নমা লাকপী মহাক্না, কুইত্রি পামদৈ হল্লকপা"
চবুং নিংথৌ মহাক্না, খুঞ্জাশিংদা হায়রকই,
মথা তন্না তারকই—'তারিব্রা খুল্লাকপী
চবুং খুঞ্জা মীযামসে, পাম য়াল্লুবৈ রাবনে
অঙাং নারা খরগী ওইদা পাউবু তাবনে
চনীং তানা ঙাংনসে, লৈজ পুকয়ু পুরকউ
খুঞ্জা মীয়াম পেলহল্লু ঈংনা বারী শুগেকো।।
তালোই লাকপী মহাকসু লৈজা পুকয়ু অপুম্বা
ঙম্না মক্তা পুথোকচে 'য়াকপা য়াংলৈ মহীসু
থকং পুম্বা য়ানশিনখি। নিংথৌ মথুংমক্কদি
কোবেরুবু বন্দুনা, খুঞ্জা মীয়াম পীথক্লি।
খুঞ্জা মীয়াম হবাংগজৈ, মবুক শেম্না মথকইচে।
তাল্লক য়েংহুনা তালোইদা—"লুরাং ভম্না খোঙদোইবো
ইতাও ঈশিং চাইবদা, ইচ্ছুং কৈনা ঙাঙ্খিইঙে
পারী' য়াইবী কলহোয়ো, থুংলৈ থুনা হায়রকচো"

অসুম লোয়া থৌশীনরে। নিংথৌ মাঙ্গোল থোক্লগা
'তারিবরা খুল্লাকপী, চবুং খুল্লা মীয়ামসি
পূকয়ু খয়া থকপদি, অয়াম থৌরাং কোকতয়োই
পালগা হাপা খয়ু, পাস্নদা চৎনা থোৎলুচো"
নিংথৌ য়াম্ন তাবদা, নিংথৌ তালোই খুল্লাকপী
শম অমবু নমদা থোং, মীয়ম শমাঙ থোরক্লে —
"খুল্লা' অসুম লাকনি 'লাকপী ঐদি খঙদেদো
ঐনা থৌরাং তৌহৌদ্রে, রাংলেন থয় ঙাইবমথো।"
অসি রাদি হায়রগা তালোই খুল্লাকপী চৎলে।
চবুং নিংথৌ মহাকসু, খুল্লা মীয়াম অদুদা
'য়াকপ য়াংলৈ হেন্না য়ান, কোবেক' কল্লা কল্লগা
পূকয়ু ঙম্না পীথক্লি। খুল্লা মীয়াম অদুসু
ময়ু ঙাওনা তুমথগ্রে, অশিবগুম তাথগ্রে।

থাম্বী মৈজাও হৌবা মফমদৈ
ময়ু থজিক ঙাওবা পাথংমা
চবুং নিংথৌ শঙ্গায় তম্নকই।
নিংথৌনাক্তা ইরেল চঙশিল্লক
মীতোপ পীয়ুমক্তা হায়বরে
ময়ু থকউ হায়বা ময়াদে।

( চবুং খুন্দা লোইপোং থৌবা—তাক্কক লোইরে। )

# ক্যাওরেল থিবা

১৭

ঙান্নুরোল হোংবী নেম্বী, খ্বাই শাংলেনবি লেনবী
মনি মমৌ অনীদো, তন্না চাক্লেন চাল্লেদো।
'পান্নী খাম্বা ময়াদা, চৎপা মক্তা তান্ন'দা.
'পান্নী খোঙদোই হুন্নমদাই, চৎমা থৌন্নাং লোইবক্কাই
লুন্নাং নোংশা-অমোমগুম, অকন্ পোকপী মমাগুম
পলেম পিরাং লোংচখি, অকন্ থম্মোই উৎচখি।
পান্নী চৎপ্রা তুংত্তুদা, খাম্বীনবা লৈত্রদা
চীংনুং লাইজা ঈকুংকুম, থিডেল লাইজা ঈথায়গুম,
মনি মমৌ অনীনা, নোংলেন খোঙ্গুম খোংহুনা
নীঙায় লৈতা কপচখি, লৈদা ওন্না খাঙজখি।
কপকাদৌখৈ কপ্পুন্না, ওনগদৌখৈ ওল্লুন্না,
ঈথায় অমা পীগ্র'দা, রাখল লৈতান্নকপদা
ঙান্নুরোল হোংবী-নেম্বী, পলেম মমা অপোকপী,
খুৎলৈ থুনা হৌগৎচা, লুতুং শমজি মকিজা,
চরৈ খ্বাঙচেৎ মচিনাই, কোকথুম ফিস্থ কিশিনাই,
লাইনিংথৌগী কাচিন্দা, শম্বোঙ পুংমায় লেপ্পদা,
থম্মোই শোক্না তাইজখি, থন্নাই য়াওনা পুনেমখি।
'হুগী মতুং থোকপদা, লৈমরেল কা' য়্রাবীদা
পোৎলম শুনা লাঙনবু, মিথৈ চাম্মা নিপালবু,
থম্মোই শোক্না শোম্নদা, থন্নাই য়াওনা তাইজেদো।
মনি-মমৌ চঙনদা তাইশিকচন্না তুংত্তুদা,
ঙান্নুরোল হোংবী-নেম্বী পলেম মমা পোকপীনা,—

"লৈমাদি পান্নি শুঙ্গী,
মপী-মপা ওইন্নিবী,
হৈতলাক লৈমা লৈশিরেম্বী,
শম্মু খুংকাং অহেমবী,
খুংকাং খুদিং খুংগুবী,
লানৃকম চৈখা থাঙগুমদবী,
ছয়েম লানশোক লৈমাবী,
থাংহাই নোংথাং মকুম্বী,
সন্তাই তাম্বুন খুংচুম্বী,
শকথোঙ-ঈংাং কান্নিবী,
ঈপী খুজ্জি পায়ন্নিবী,
খুজোক থম্মা ঈ-থকপী,
থাংলেন হাইকুপ চেন্নিবী
থাঙম-কৈরেল তোংলিবী
অমন শিকুম থোঙগ্রাইবী।
মালং নোংশিং তোংলিবী,
য়োইবী লৈমা অচিবী,
ননোং য়ায়দি চাওদবা,
লানকম য়ায়দা চংখিবা,
চেংনা থাগোম্নবীযু।
পান্নী মরাজ লংজত্রা,
ননোং য়ায়দি চাউদবা
তুবুম নাম্মা তেত্তুম্মা
নমোম 'তোন্দা পিন্নবীযু।"

"ইবুং ইনিংথৌ কম্মাইবা, পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা,
চবুং খুনগী খুল্লাকপীদি, লাক্নি মচম-মুবীদি,
থোঙবু হাংঙো থোঙ-হাংঙো হো ইবুংও থোঙ-হাংঙো,
ঙান্নুরোল চীংয়ায় ঙানবীও, তান্নিত্রনে ইতা-ও
নত্তা লাকই থোঙ হাংঙো, ইতা মঙবু থোঙ-হাংঙো।"
চবুং খুনগী খুল্লাকপীনা, থোঙগী থোঙপাক থিঙ্জনা,
মবুং মতা কৌহুনা, "থোঙবু হাংঙো হায়জেদো।"
চবুং খুল্লাকপী থুংলবা, অহিং তাংলৌ অথেংবা,
পোলাং-লৈত্রেং-ঈশিং-চাই'দি, ময়ুম মেংবা মরান্দা
নীঙাইদনা তুম্লম্লে, ঙম্না তুমথুন হুন্লম্লে।
হুপী থোঙ্জেন অমদি, হৌদোরকপা তাবদি
পোলাং লৈত্রেং-ঈশিং-চাইবা, থুনা য়াংনা হৌগৎলা,
চাব পৌরোল শৎখবে, থোঙলোন-নাতৈ কাংখরে।
অহিং তাংলৌ 'থেংবদা, খুল্লাকপীনা থাজদা
শম্বু নম্দা থোংনদি, খেঞ্জোংলাংনা লেপ্লদি
ঙকপৈ ঙমখৈ লৈতেদো, মতা চীংয়াই ঙানবীদো,
মৈনম 'ঙানবা পুথোরক, নমু মীকোক অহুম্মক,
য়ারী শীংবুমজখি ফম্মাই মানা হংলকখি—
'লোইবী-চীংগী ইচলদি, ইচলনা 'মুক লাপদি,
তাংলৌ থেংনা লাকপবু, কন্নবা শাবাও লানবাওবু
চবুং-খুন্দা থোকপগে, 'হকপা পাউবু লৈবগে?"
লোইবী-চীংগী ইচলনা, মপাউ তম্মী অম্মুম্ম:—
"ইবুং নংদি তাত্রিত্রা, পান্নী শকপা চহৈরোংবা—
অপানবদি ঐথোয়দা, লোইপোং থৌবা লাকইদা
নুরাং নিংথৌ থৌদীক্নি, চত্রা অঙাং ওলহন্নি।
চবুং খুনদি নামুংলি, মীতোপ মীকৈ চঙফত্রি.

পারী মাবু লোংলম্মী ভাবু' মুংদা খন্নম্মি
শিলৌ পোলাং মথক্তা নচন্না শাথে থম্মীদম।
ইঙুং থৈনা গুান্নিঙৈ, চবুং খুম্নাই হৌন্নিঙে,
নরৌশিংদি শিজিন্না, পারী থন্নাই কনবীনি।"
চবুং খুনমী খুন্নাকপী, পারী মপাউ পুন্নকপী
মবুং-মতা ভন্নেদো, খুংলৈ থুনা হনগ্রেদো।
"পারী চহৈরোং অপানবা, পাথৌ-পারী মুংশিবা,
নিংথৌনা য়াইবী মাঙনা, থৌশীনবনি খঙদ্রবা,
নকোক থোংন ম্নাবকো নখোঙনা মংখিবকো
পারী য়াইবী করম্না, হৌজিক কন কমদৌনা
চবুংখুন্দা চংকবা, য়াইলী থন্নাই কনগবা।"
পলেম মতৌ উবদা, পম্মৌ ফম্নাই মহাক্তা—
"তান্নিব্রা পলেম ও, মমা চীংযায় ঙানবী-ও
'থেংবা তাংলৌ অসিদা, নঙনা কপ্পা তাবদা
কৈবোইনা করি খনখিনি, লৈকাইনা করি ঙাংননি।
মীশক খঙদে ইনিংথৌ শীন্নিবা নঙগী থৌদৌ।
ইচল-ইমোম অনীদি, য়াইবী পীকনা লৈরম্নি,
চংসি ইচল' মনাক্তা, খুংলৈ থুনা যৌনবা।"
নিংথৌ ফম্নাইবা মহাক্তা তালোই চীংয়ায় ঙানবীগা
লুব্রাং য়াংদৌ য়াংবীথক য়াঙোই শগোল শয়াংথক
মচন' মরান ভম্নক্রে' খুরুপ কম্না থৌরক্রে।
য়াঙোই থক্তা খম্নকই, ৱাখল লৈথায় তারকই,
কাওরেল ঙান্না পোংদোংবা, খোমুম মানা লাঙোনবা;
পম্মৌ কাওবা নত্তনা, চিরা' ৱাংলেন অসিদা,
পারী য়াইবী কনভম্বা, নমু কনা লৈরোইদা।
ৱাখল লৈথায় তাজরা, য়াঙোই শাজৈ থাজরা,

খুরুপ কন্না থৌরম্রে, তাংলৌ-থেংনা খুম্লরে।
খ্বাই লাংলেন লেনবীও, পলেম হোংবী নেম্বীও
লৈমরেল কাজাও ম্নাবীদা, মনি মমৌ অনীনা
তাইশিরুম তাঙ্গা 'সিদা, য়াঙ্গোই খোঙ্গেল তাখিদা।
খ্বাই লাংলেন লেনবীও, পারী খোঙলোই তনৌবী
য়াঙ্গোই খোঙ্গেল মখঙবী পম্থৌ শউমম্সু খঙবী
মিংশিং-নাশিং মরৈরি, পম্থৌ খোঙ্গেল তাইজরি।
মিকুপ 'মবু কান্নদা, খোঙথাং শউম কংঙিদা—
"তারিত্রা লাংলেন লেনবী, ইচল নঙবু হোংবী নেম্বী
নবুং লাকই খোঙহাংঙু, নতা য়াওরি খোঙহাংঙু,"
মমোম লাংলেন লেনবীনা, খুৎলৈ থুনা হৌগৎনা,
চারগী পৌরোল শৎগ্রে, থোঙলোন নাতৈবু কাংগ্রে।
'পোকপা পম্থৌ চঙলকা, "পারী চহৈবোং অপানবা
লুরাং নিংথৌ মহাক্না, নিংথৌ 'হকপা থৌদীক্না
চবুং খুন্দা লোইপোৎ থৌবা, থাখি হায়সি চুমবরা?"
মচন হোংবী নেম্বীনা, অরাবা শকফম লোৎচনা,
"অচুম্বা পাউনি" খুমজখি ম্নাফম পুম্না তমজখি।
পলেম-পম্থৌ উবদা, মিৎম্না ঈবা হৌরকপা
মমোম লাংলেন ওনশিন্না, "পাথৌ-পারী তালোয়না
য়াইবী পীক্কৌ নত্তেদো, পিনৌদৌস্নু নত্তেদো।
পারী' য়াইবী থরাইদি, ইমোমতনা কনু ওমনি
থিল্লগনু ইমোম-ও, য়াঙ্গোই লক্কাং খোঙদোইরো।
কাওরেল-তারা-পোংদোংবা' থোয়ুম লাইনা লাঙোনবা
নবুধৌ'তনা কনওমনি, ইমোমতনা থি-ওম্নি।
কাওরেল মাবু থেংনরা, পুনেমহনা হায়জন্না
রারী পুম্না মতম্মু, থম্মোই চেৎনা তাইজেম্মু।

পলেম হোংবী মেখীদি, ইরাংনা লুনা খম্নদি,
কত্রং নংঙ্গা তরেংবী, কত্রং থৌরি য়াই ওইদি
ভাবু হুংলৈ লোৎথোকচে, মযোম' চেক্লিন পিরজে
পন্থো ফম্নাই মহাক্তি, মখা তারি ত্রদি—
"নাযুংলিঙে মতমদি, চকুং খুঙ্গো পুম্বদি
ওয়া মখু ঙাওবনি, য়াখল নৈতাদা লৈবনি।
অরোনবা নখী চতুনা, খোঙমী-লাখী পুতুনা,
খুদক্কা হুয়েন লান্দারা, খঙহন্দা খুৎপু চলহৌরা,
লানফা ওয়া মওইনি, পান্নীবু কনবা ওমগনি।
'হুস্থ হৌনদা লমচৎনি, চীঙু লাইনা য়ায়ৌনি,
মীগী চৎনা মনাক্তি, লাইনিং লাইশোন লখীদি,
ওম্মী নম্না থুগায়দে, পান্নী পুন্নিদৈ চৎনদে।
খোঙদোই হুল্লো ইমোম-ও, অমুক থিম্বন্নহু-ও।"
লাংলেন পম্বনমত্রে, খুংলৈ থুনা খোঙদোইত্রে।
নিংথৌ ফম্নাই অওম্বা পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা
মরু লৈদা মরুকচা, য়াখল' ঈপাক মতাউরি
পীবুরুংদা থল্লকই— ইনিংথৌ থম্মোই পীকমল্লি,
পায়মা পুক্লিং থেনমল্লি, ঈথৌ লাংঙি হায়নবু
ঈরোল্লুংদা চোংথবু, মৈমুংদা ঈকপা স্নাবু
'খুৎনা লৌগে থৌরাংবু, মপু লৈবু খঙদ্মা।"
থল্লু থল্লু শাউনীংবোই, খোঞ্জেল খোক্কা হায়কই,
"খোম্নাং পীবতা মওইবী, অভেবা শনবী মহাক্সা
মচা হাকন্নবদা, য়াইনি হায়বা খঙদবা।
'ভেবা শন্না য়াইবদা, শরু মঙনি খঙদবা"
খুবাক অনী চঙহুনা, 'ওম্বা মমান্ন নাম্বোক্সা

মথা অমুক তায়রকই- "ইমুংসিতা ঙানগমু
নুরাং থক-খা মণ্ডনগে, পারী' মংশক মতানগে
মন্না শীগুম লম্বীদা, পারী মদোম চৎপদা
নুরাং নিংথৌ ইলহনি, লালু চোংমায় লৌগনি।"
পম্বৌ ফুকপু হৌগৎলি, থাংকোক চেৎনা পায়রগা
মমোম পোকপী পলেমদা. মথা তম্না হায়রকই —
"তাও ইমোম পোকপী, পারী পোকপী ইচনমু
লাল্লোই হুঞ্জ' তান্নগে, লৈরিজামমু, কমচ.ও'মু
হয়েং কোবা নোংহ্দা ছয়েন লানবু হৌগনি
'হুবু পারী, ইমোমদি, খোঙ্গুল হায়া লীগনি।
য়ারুবপী কায়দে, 'বুধৌ থাংজিং কুমহৈনি
'তম্বা অমা লৈরম্মি। ইবুধৌবু তাইশিকউ
পারী ইমোম অনীগী, য়াইফা থৌজান নিরম্মু।"
ঙচৈ পুক্লিং কাওলম্না, পম্বৌ যম্মাই' চৎথরে।
নোংচুপ চীংগী মরুমদা, মঙানি থাজ তাঙ্গ্রদা
মালেম পুম্বা ময়ক্লে, অমম্বদা থনম্লে।
শুকমুক মুনা মম্থরে, মঙাল মশেক উদরে।
থ্বাই লাংলেন লেনবান্দি, পম্বৌ থৌদীক ফংলবী
'শাবী মৈনা-চাকখিনা, 'শাবী কন্নীং মৈহুনা
খুদক্তা খোঙদোই হুনশ্লে, নুরাং য়াংদোদা তাগ্লে
অরাং হারম পাংলক্লি, চেম্না-চেম্না চৎলক্লি।
মায়কৈ পুম্বা মমন্মি, অতিয়াসু মমন্মি,
থবাই পানবা অমত্তা, য়াঙবী' থক্লা চপ্তেদো।
য়াংদো নাক্তা হৌরিবা, খোংনাং পাম্বী অচৌবা
শৈ কুহী. উমুংপায়বী. তম্না লাইদি হুয়াবী .
তিনমু-লাইমু অমুবা. হিংচা য়াতম অচৌবা

ঙাংলেন খজিক মচংলে, অহাংবা খকম য়ৌরক্লে।
খোঙকাপ খবা থাঙলকপা, নিংশা খজিক হোন্দোপা
ঈশিংদা জবুং তাথ্রে, ঈয়োম্ন্নংদবু লুপক্লে।
মখোঙ হোৎপা লেপ্তুরি, পূক্লিংনা চৎপা তোক্তরি,
'সুম্না হোৎলা চৎলগা, খোঙদোন লৈখা ফংবগা
হোৎনা হোৎনা য়ৌরক্লে, খুৎনা লাম্না কাবক্লে,
ঈশিং মপান্দা ফম্রখরে, ঙহাক ঙাম্ব হীপখরে।
মুরা পূক্লিং তুংইম্না, মুবা খোঙকাপ থাংহনা
মুরা ঙাখল তুংইম্না, অরা কয়া থাঙহনা,
থাপ্না তাম্না লাকপদি, চেন্না চেন্না চৎপাদি
লাইজা মুংদা ঈবাকপা, লাইজ ঈবী থকখিবা।
তবা চাক্না চাবক্তা লাপনা খোঙদোই হুক্লকা,
ঙহাক ঙাম্ব হীপথবা, শাংনা পোখা লৈকবা,
মুবা মিকপ থোরক্লে, হকচাং তুবু উরক্লে।
ঙাংলেন শাংনা মক্তবু, খোম্লেন তুমথুন তাল্লুবু
থম্মোই হীক্ল নৌরকই হীক হীক খোম্লোক থোরকই,—

"ইমা! হকচাং তুবুম উবক্লে, ঈহুংতৈনা ভাঁগ্লেনে ইমা!
অহিং তাংলৌ অথেংবসিদা, নপান্নীদবু কদাহৌনবা
নমোম্না নাইতোম লাকপসিদি, চেন্না চেন্না লাকপসিদি
হোৎনা'পুম্বা শীঙেল অয়েম্বা লৈরাং অতিঙাবু তাখরে।
নপান্নী য়াইবী মাঙলম্নদি নমোম হিংবৈ কাম্নগে পলেম।'

মুরা লাংলেন লেনখীনা, নোংলেন খোংগুম খোংহনা,
খোঙেল খোক্লা কপ্লক্লে, ঙাংলেন ঙহাক কপ্লরে
থাংজিং লাইবু নিংশিংজে মবুথোদা 'তাইমজি—

“কম্বি মতৌ কৌবগে, পাজল শোনবী ‘মত্তবু
অসুক তমখি লৌনস্বা অসুক খিনা ওৎলীবা
হৈরাং হৈমন খুঙ্গী, লৈরাং-লৈমন চিঙ্গী
সিন্না মচুই তৌবীমল, শিন্না ইথৌ নীংজমল
ইনুং ওান্‌থনা হান্নক্রে, মত্ত’ পাজল লৈরক্রে।
’নোংগ্নাই য়াইবী কন্‌কীগ্রে, নমোম হিংবৈ কামগ্রে,
নমোম য়াইথী খারগে, ’শাবী মতুং ঈনঞ্চগে।”
ঈন্নোন চনগে খল্লবোই, লাইজা ঈপাক য়েংলকই,
হায়রি রাংলেন সিমক্তা, অকনবা শাউম কংঙিদা
খাগী মুংশিং হুন্নকই, শউম কম্না শিংলকই।
মুন্না ফুক্‌পু হৌগৎচৈ, অনৌ’ পাজল মক্কংজৈ,
চরৈ ’খাংজেৎ মচি নাই, লুতুং শমজি কিশিনাই,
শীঙুৎ শীনাং লাংলক্তা, কুঙনা নাছই লোনবদা,
মথুৎ ’নীনা হাইদোকচা, খোংকাপ লাওনা মথাংজা,
শামায় নোংপোক ওল্লক্রে, নোংপোক হারম তম্নক্রে।
রাংলেন খন্না চৎপদা, অন্না হুইদোং লাংবদা,
হুমাংনা মশা চোৎগ্রে, মশা পুন্না পথরে।
মশাবী কনবা ওন্নরোই, পায়মা মুংদা খল্লবোই,
থাংজিং লাইদা তাইনজৈ, মবুথোদা ওইনজৈ—
“ইবুথৌ থাংজিং কোইরেল্লাই, য়াংদৌ লগ্নী পীদরাই,
নগু হিংবৈ কামগ্রে, য়াইবী থন্নাই লৌবিরো।”
মুন্নামা ঙৈহাক কপ্পিঙৈ, চঙক হাইঙক লৈরিঙৈ,
খা শী মুংশিং নাম্মিনা, লিক্কি খোঙদোই হুন্নকপা,
পাজল লৌন্না হাপ্পকই, খোঙদোই অমুক হুন্নকই।
ঙৈহাক রাংলেন খোঙদোইরে ’শংবা লম্মাং থেংনরে-
“হৌ ইথৌ-ইথৌ শাকপাও; কাওরেল তায়া পোংদোংবা

লেকচারি মশুঙী মশা শৎ-শৎ,
শুরকই চীরা শনগী শয়াংলা।
'ভোরগা তেথা কাওরেলনি 'তলা
শাওরগা শাওবা নোংশানি চয়াম্বা।
পুরে মশুবু কাওরেল শয়াংলা
ফুয়না-ফুয়না কায়কই মনীংশা
ওাংলা মিংনা য়েংলি অরাং হায়ম।
খোংকাপ লাওনা চেয়ক্রে তফিংনা,
তুবৎ-তুবৎ শমজিল্লা লম্বাংলা
চবুংগী থুনবু তম্রকই শাওনা।

( কাওরেল থিবা তাঙ্ক লোইরে।)

# মীতোপ থিবা

## ১৮

চবুং খুজা মীয়ামা,
হুপ্পা চঙবা পামদেদো,
নিংথৌ ঐগা চঙমিন্না,
নিংথৌ মানা হায়রকই।
"তম্বা পাখং অসিনা,
হয়েং ইমুং ঙানবগা,
ঐন্না হাথক থংদোরি।
পাখং মদোম ঙাইরিঙৈ,
পাখং মাবু মহাৎকে
ময়ু খরা মথকচিন,
পাখং মানা মাঙদা থা,
নিংথৌ মানা তুংদা ইন
কাং-খা লুখা ময়েংজৈ,
শিনৌ লশিং পোলাংলক,
হুমাং কাংগ্রে নিংথৌদো,
পাখং মনম অহুদা,

নিংথৌ ঐগী শঙাইফুং
তমুম নদোম ঙাইরদি
মীতোপ মীকৈ থিসিকো।"
নিংথৌ মানা মথল্লি—
থিবা শুকফং ফংগ্রবা
খুজা মীয়াম মমাঙদা
থিবা ফংবা থোক্লবা
পারী মগুং লাংগীনি
থাপ্না তাম্না হন্দোকে।"
মকোক ঙাউফিং ঙাউফিংলা
খুত্তা তিমেন চেংনা পায়
শঙাই মুংদা চঙলক্রে।
কাচিন কোয়া মথিজৈ
পাখং মানা য়েংলকই।
তিমেন তাখোক খুহুমচেং
তিমেন তাচীন শীংলকই-

"কাম্ররোই পাখং থোকসি লাউ, এনখা লুখা য়েংসি লাউ।

পাখং খুজেং পায়না চিং,
লৈত্রে উত্রে তশেংলে,
মাঙোল খেঙোং লাংদগী,
'কনবা ময়ু পীথক্রে'

এনখা লুখা ময়েংঙি।
পাখং মাহু হোয়ারে।
'হাকপা হাংলৈ অয়ানবা
পাখং মহু ঙাক্লখরে।

পারী' য়াহিবী কমবশা, নপা ঐগী ইথৌনি ।
খাম্বী মৈত্রেং অঙাঙবা, ইতাও' লমন তোঙ্গিলৈ,
অমং য়াইথোং কুমখিদে, লমন শিংবা অহৌত্রে
পারী নওগী নহাকথক, নপা' লমন শিঙৌমি ।
'পোকনী পলেম নমানা, পারী মঙগী থাবলা
কম্না নোঙাঙলময়েয়াই. পারী খোঙদোই হলোকো
পারী অমুক ওক্লকই—"পাঙ্গৌ শকপা তাবীয়ু
লুবাং নিংথৌ মহাক্না, নিংথৌমি কন্থী মতাঙম,
ঙুশোমবদা মসেবা । ওক্তা শিবা লৌক্লাংবু
নম্না মুম্না মরৌবা, মপারীগী শিংলিনা
লুবাং ঈনা চেন্নিঙে. অয়ানবসি চুমথোকে
হুয়েন লানবু হৌজগে, খোঙমী লন্মী পীবীয়ু ।"
নিংথৌ পাউবু ওক্লকই—"পারী কয়ি চিংনয়ু
পৌলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা, পারী নওগী পঙ্গৌন্নু
পারী' মংশক তান্দোয়ি, 'ঙঙৈ য়াকা য়েংখিসি
হুয়েন লানবু হৌবদা, পারী' মতেং পাংগনি
য়াংলেন লৈত্রে খিন্নছু, পারী য়াংদৌ খোঙদোইরো ।
পঙ্গৌ শকপা ইপাও !
পঙ্গৌ নওগী লমনবু
লায়বক খিবা পারীনা
করম লমন শিংগনি ।
'পারী খোঙদোই হুনঙ্গমত্রে ।
পঙ্গৌ নওগা লোয়নীনা
লুবাং নিংথৌ মথঙ্গা
খোঙমী লন্মী লুচিংনা
হুয়েন লাবু তাক্লদি

'পারী থম্মোই পেন্নিকো।
খুন্নম চীংনা লাকপনি
খুবাম তিংনা হুলহ'ন্নু।
অসি রাদি হায়জরগ, পম্বো খোঙদা কোমরে।
নিংথৌ পারী কোনখংলা—"পারী 'থৌবা হৌখংলু
পারী পূক্রিং অয়ুংবা, পম্বো উদা নত্তেদো।"
চবুং খুন্দি নামুংলি, খোঙমী লান্নী ওইদৌবা,
খুঙ্গা ময়াম অসিনা, মগ্ন গুাওবা ফবগা,
পারী শীষু হুপলক্রি, ইপানা কনবা ঙমদথোক
পারী অন্না তাগনি। কোরৌ শীংবুম থরদং
ঙাইখিসিকো ইপারী, পারী হুয়েন লানবাংনি।"
পাথৌ চহৈরোং অপানবা, পলেম পম্বো অনীবু
খুংলৈ থুনা পুরুম্মজা, মোংবা মরান তম্নক্রে।
চবুং খুঙ্গা কনাস্থু মুপী অঙাং কনাস্থু
য়াহৌনক্রি মতমনি, তাইবং কনা থেংনদে।
শঙ্গাই মনীং থোঙদম্নী, চেন্না চেন্না লাকপনা
'ঙম্বা লোকমায় য়োবক্রে। উন্নি ন্নারি খুংনা পান্ন,
থন্নাই খুবাক্তা হাপচা, নানথা নানথা কুম্নকই,
য়াংনা লোকখা য়োখরে। 'শোংবা মোংশোং মরক্তা
কুঙনা নাহুই লোম্নব', খিক্লোই চোম্নাং মরক্তা
লাংদা থুগুম তাখরে লৈথোক লৈশিন মন্নারে।
হাকথং থাংদি অহুনা, হাইদোক হাইদোক চংচরি,
খোংকাপ লাওনা থাংজন্নি, য়াংদৌ লম্বী থেংনদে,
পাথৌ লম্বী মাঙখরে মান্ননা ওনবা মায়কৈদা
মায়কৈ খঙদা চংচরি। চীখে ফিহুপ হুলক্রে—
পাখং তুবু উন্নকই, উনবী পূক্রিং খোয়রাংজে।

অভাংবা য়েন্দি' য়েহিরং য়েন, অমুবা য়েন্দি খোঁগৌ য়েন
চেন্দোই থানবা য়েন্দুদি, মালেম লৈতাই য়েন্নিদো,
লৈচিল থানবা য়েন্দুদি, কোয়ৌ কাম্বৈ খোংদায়েন
য়েল্লম ভরেং খোংলক্লে, কে ক্রে-কে খোংদম্লে।
হুয়া লাংলেম লেনবীবা, কাওরেনা নমম্নাংখংকুগী
মিংয়েং খাগৈরকপদা, চবুং খুল্লাও মউবৈ
তাউদনবা অভানবনা, খোঙদোই তম্না হয়রকপা
মুরানা কাওরেল য়েংহুনা, কপ্পা কপ্পা হায়রকই,—
"তাবীরিব্রা ইপু-ও! নমোংম্নাই খোজুম্ন লীরকপা
শীঙেল অরেম্বা লৈরাং, অভিঙাবু ওইরব্রা
ইমুং 'ভানবা হুন্দোরক, চবুং মিংখৌ মথাইগোন
মাগী কনা য়াওদা, হন্না য়েংঙে মউদা
তিঙক-তিঙক ময়েংজা পাম্বে লৈতা লৈরমব্রা?
য়াইবী থরাই মাঙলমদ্রা, থন্নাই পুবা ওরক্লে।
ময়ুম লুরাং লমদমদা, কল্লক মীহৌ মৈয়ীনা,
লমজাওখোনগী লম্মৈগুম, মৈচাক কয়া চাকপগী
থাম্বী মৈরম লৌনবা, চবুং খুম্দা চংখিবা
য়াইবী থরাই মাঙলমদি, লাইবক চাউবী মণ্ডসু,
পামু মতুং ইনগ্রনি। করিগুম হিংলক্ক খোক্লা
পুকচেল কত্র নিংখৌগী, তাংজা কুরেল লৌবদা
'পারী মতেং পাংবীয়ু, 'পারী মায়পাকহনবীয়ু।"

কাওরেল ভাম্না পোংদোংবা, মতুই য়াম্না খঙহিদো,
থাম্না উবা মমিংনি, থাম্না খঙবা মনম্নি
মনম্ন ভুং-ভুং মনমজা, নোংম্নাই চহৈয়েং 'পানববু

কাওয়েল মানা খিয়ক্লি, অশোঙবা নারক অহুন্দা,
হুপী' খোজেল অমনা, থম্মোই শোন্না পিডৌনা
খোঙ্হোক নৌনা ভাম্ববু, পাথৌ মানা মতাইজে।
চবুং খুজা নত্তবা, পাম্বা কৈরেল নত্তবা
'চোথা কাওরেল শায়াংদা, শানৌ লাংলেন লেনবীনা
তোংনা লাকপা উবদা,—"মুন্না ইনেম মচাও
করি 'থোদো কৌবগে, লোইবী চীংগী নাপোমদা
লিরি হুম্বা মালংনা, মুন্নাই শন্নাং ইচোইচোই
মোংলা চরৈ খাওয়া, কাওরেল শনবু তোংহুনা
চবুং-খুনবু তন্নকপা, 'শাবী খোজ্জুল লীন্নকপ্রা?"
অসি ন্নাদি হায়রন্না, শামু লমশা চংপগুম
নৌনা পাঙ্গল লাক্লবোই,-শীঙ্ঙ্ৎ শীংনাং চোল্লাংলক
নমথেক্তুনা চাউগান কান, পাথং পাঙ্গল উংলকই
নৈখায়হনা থোরক্লা, 'শানৌ নাকপু তন্নকই
পাথৌ নমথেক লাকপনা, কাওবেল মাংদা লেপ্লবে।
'শাবী উবামক্কদা, মুব-লাংলেন লেনবীনা,—
"ইমান মচাদি পামুবা, লাইবক চাওবী ইগুংলাংগী
নারক তুম্বৌ মন্নকসিদা, ন্নানা খাঙলে মুংশিবা!"
অসি ন্নাদি হায়রম্না, কাওরেল য়াংদৈ মচোংথা
'থংলেন মমান মচাবু, চেংনা চান্না কোঞ্জকই।
'থংলেন মমান মচাসু' ঙৈহাক পুঙ্গোই ক্ষমথন্না
মুন্না মনেম মচাবু, চেংনা চান্না থাগোঞ্জে।
মঙ্খাক মমোম চান্নন্নি, ন্নাংলেন অত্নক মখৈদি
পলেম পম্বৌ হন্নাওগুম, 'নোংমাই লেনবী মতৌদা
কাওরেল পিন্নাং শীন্থনা, মনোংমাই 'নীবু ন্নেংজন্নি।
কাওরেল ঙান্না পোংদোংবা, মগুই নাক্কা চঙশিন্না

মশাপূম্বা শুং-শুং নম, হুমাং ঈরীক অপুম্বা
লৈনা শং-শং লেরুথোকপী, কাওরেল মিম্না অনীদৈ
শীরাং তত্তা শীম্বনা, পায়ী মায়ী নঙ্গন্দা
মরায়বক্কা নৈনা-নৈ তম্না তম্বা রাইজরি।
শানৌ লাংলেন লেনবীগী শীম্বব পিরাং অহুনা
মশাবী-চহৈরোং অপান্‌বা, অব্বা মৈশা পুম্বদি,
ঈংনা হৈনা মরোংচা, শীম্ব পিরাং তৈথোকপী,
"শানৌ ইবেম্মা কপকনু, নমু তাইবং-পুন্সিদা
খব্বা রায়ে মকপা, খব্বা-মুঙাইর মনোকপা
করি থোদৌ কৌবগে, খুবাক-খুনম্‌ পুল্লগা
তাইবং খুৎপু ওইবনি। অব্বা-মুঙাই পুল্লগা
তাইবং পুন্সি ওইবনি। রারে রাদা মরৈবা
মুঙাইরে রানা লৈবা, পুন্সি চাংবু থমসিদা।"

"পলেম-পম্বৌ অহুম্না, পামু থোঙ্গুল লীনবা
ননাও ঐবু থারকপ, উনরোইদ্রা রারুরে।"

"মুংশি নঙবু ঐহাক্না, মেন্দোন্‌-মেন্দান্‌ খোম্লেন্দি
চীংদা ওংনা শাংচবী, শীঙেল লৈরাং পেক্রকলৈ
লৈরাং-লৈশাং তম্নগা, শীঙেল মাবু মহেক্চা
পাখং ঐগী পুন্সিবু, চুপ্পা লৈমন্‌ চলহন্দা
মোলাংখাদা থম্‌জগে, ঐগী থম্মোইলকাদা
পুন্সি' লৈমন্‌ চলহন্দা, তনৌ-তদেক থমজগে
পলেম্‌ নাক্তা থম্লম্বা, মোংবা ইরান্‌ হুন্দোক্লম্‌
শীংনাং তুম্বৌ-লকসিদা, থোংচবী নঙ্না লাকপবু
করি মত্তৌ কৌবগে ইশানৌ লাকপা পক্চদে।"

"পাম্থৌ য়াথং মতুংইন্, কাওরেল খোঙ্ল শীজরকই
ইথৌ শকপা কাওরেলনা, মাঙ্গ কন্বা চমগুনি
ইথৌ মানা নলাওবু, যুংশি কাদা পুরকই।
লুরাং নিংথৌ মথক্তা, ছয়েন লানবু হৌসিকো।"
কাওরেল-ঙাম্না-পোংদোংবা, পাম্নী-মমোম অনীবু
কাওরেল নমদা মপোক্তা, খোঙকাপ লাওনা মকাঙ্গা
তম্না খোঙদোই হুন্নক্লে। লুরাং লৈবাক মচক্তে
চবুং খুঙ্গাও তম্নকই। রাংলেন থরা মহুংদা
লোইবী নাপোম লান্নক্লে। চবুং খুঞ্জিন অহুদৈ
তুবৎ তুবৎ শমজিল্লক, খোঙকাপ থুনা মকাল্লক
চবুং নিংথৌ মহাক্কী, মোংবা মরান য়ৌরক্লে।
ময়ু ঙাওনা তুমখিবা, চবুং খুঙ্গা মীয়ামত্
খোয়েন মীকপ থোরক্লে, থাংলেন থাংশাং মহাইগৎ
তিমেন চীন্দোন মশীংজা, ছয়েন লানগী মতৌগুম
"মীতোপ শীরু, মীকৈ শীয়ু; নিংথৌ শঙ্গাই তম্নদি
খুঙ্গা মীয়াম হুজিল্লি মপারী মথোম তোপ্না থম
কাওরেল ঙাম্না পোংদোংবা, মীয়াম্নক্তা চঙলকই।
চরাম্নবা নোংশাগুম, কাওরেল শাউবা হেল্লকই
নিংশা ফুয়না মকাম্মী, থুমাঙ তোয়না হোৎলকই
উফুলনা পুম্নম মমহল্লি, 'মিৎ কোরিগুম ঙাংলকই
ফৈনা য়ুংনা মচোংখৎ মীয়ামলক্তা চোংশিল্লি
খোঙনা নেৎপা কল্লানি, মচী' লেংবা কয়ানি
অশোক-অপন য়াওনরে. মীয়াম কায়না চেম্নরে।
থাংবু তাবু তেম্নবু, কাওরেলহুদা মফঙদে।
মমৈ ফিরাল মশানা, খৌশ্না' কোংনা তাম্নক্না
খেংনা য়ুমু থুদেক্লুই। শরি, কুহি, উয়ুংনা

মপুম মপুম য়োকপা মৈ, মৈবু ওম্না চাক্লক্লে।
খুঙ্গা মীয়াম কিনরে, থোয়চি নিংদোন চেক্লাইনে
লাকপা-লাকপী অনীনা, ময়ুম মাঙ্গোল থেঙ্গোংলাং
খন্নাংননা লেপ্পুনা, কাওরেল মতৌ য়েংজখি।
ময়ুম শঙ্গাই মনীংথোঙ, কাওনা থোঙ্গদোই হুনখিবা
পাল্লী চহৈরোং 'পানবা, মমোম লাংলেন লেনবীগা
মাঙ্গোল থেঙ্গোংলাংহুদা লেপ্পা নৈরম উবদা
পন্দোন লোয়া ওকচখি। মপারী মমোম অনীম্হু
পলেম পম্বৌ মনাক্তা, তন্নামক্তা মচওশিন
খুকউ নৈতা পুনেমজে। পলেম পম্বৌ অনীগা
পারী-মমোম অনীগা, শক্লখও মায়খওনজখি।

কাওরেল-ভারা-পোংদোংবা, শাওবা য়াদা কাওরেলনি
শল্লুপ পুবা শামুদ্দি, লমশা লাবা মহাক্লা
অমোম হাক্লমবগী, খেক্লা খোংনা তাম্না
অউ অউ থিনদংকুম, অউ অউ রাইরকপা
অহল ওইবা অমনা, "পাবী নওবু লেপ্লিবা
কাওরেন শনবু খামজিল্লো, তুংদা মুম্লিং খুম্লিংবা
চখুং খুঙ্গা মীয়ামসি, ওমদা মাওবা তাথরে।"
অহল মপাও তাবদা, পাথৌ পারী মহাক্লা
পাইরক লৌশিং শিজিন্ন,—"পম্বৌ মানবা ইপাও।
পারী' হায়দৌ নত্তেয়ে, পম্বৌ কাওরেল তাইবীয়ো।
লুরাং নিংথৌ মথক্তা, হুয়েন লানবু হোৌবদি
ওসি কৌবা নোংজাদা, পারী মত্তেং পাংজগে
কাওরেলজবু হায়বীয়ো. মীয়োম খঙবা পম্বৌনে।"
পারী মরা তাবদা, অহল অহনা মহায়রৈ—

"কাওরেল 'চৌবা পহোও! খোম্নু লাইমা লাঙোনবও
ঙসি কোরৌ নোংজাদা, লুরাং নিংথৌ মথক্তা
হয়েন লানবু হৌবদি, নপারৌশী 'লানবা'গে।
য়াইবী ইশৌলাংবীসু, থাবী মৈশা কাংবীসু
নহনকমদা হনবীরো, নতেকমদা তেবীরো
পায়মা থোয়শাওবীরসু, য়াইবী অশাও কাবীরো।"

কাওরেল মাবু তানবা, হন্না হন্না লাওরকই।
কাওরেল ঙারা-পাংদোংবা, করি শাউদা মতৌগুম
শকফম হঞ্জিন লৈখরে। পান্নী চৈহরোং মনাক্তা
খোঙকাপ তপ্না তপ্না থাং, কাওরেল মাসু থুংলরে।
চবুং খুম্না মীয়ামসু, নিংথৌ 'নাক্তা থুংলরে
পাথৌ চৈহরোং অপানবা, খুম্না মীয়াম অহুদা
থোক্লি থৌদোক খুদিংমক, মন্নীক চুম্না লীজখি।
থম্মোই শীক্লা কত্রবা' লুরাং নিংথৌ মথক্তা
ঙম্না অশাও পরৈনখি, লমন খুমশি য়ানখি।

লাকপা লাকপী অনীনা, কৌবু চেংবু পুথোকচা
কাওরেল পেন্না শীজখি, কাওরেন মাসু চাজখি।
চবুং নিংথৌ মহাক্না, খুম্না মীয়াম' হায়রকই
"লুরাং নিংথৌ ফাতেকপা, মরৈ মন্না চাউবনি,
হয়েন লানবু হৌবসে, লায়বা থবক নত্তেদো
চবুং 'থোয়না মায়থিব্রা', য়ুম্বান খুনবান য়াগ'নি।"

খুম্না 'মনা ওক্লকই—"কাওরেন শনবু য়াওরদি
অয়ুক চাকচম্নাওবু, লুরাং লৈবাক লোইশিন্নি,

থক-খা ওনবা ভমগনি ফাতেক শোয়নাই মহাক্কী
তাংজ লুরেন কক্লুনা, লালু চোমায় লৌবদি
পাংক্কী থরোই অহান্বা, মেংখায়বগুম থোক্কনি।"
খুঞ্জাই মরা তাবদা, নিংথৌ অমুক খুম্লকই,—
"লুরাং নিংথৌ মহাক্কী, তাংজ লুরেন অতুনা
ঐগী লুখা থাননি। পাম্নী চহৈরোং অপানবা
তাংবল থক্তা ফমহল্লি লুরাং নিংথৌ ওইহল্লি।
ইমোম লাংলেন লেনবীদা লৈমা ফমথোন থিন্দোক্কি।"
নিংথৌ য়ারা তাবদা খুঞ্জা পুম্বা হোইয়ারে
খুঞ্জা পুম্বা হরাওরে হুয়েন লানগী থৌশীল্লে
অরৈ অরৈবা পুথোক্না অয়ুক্কী তরা থোংথ্রে।
হুরা লাংলেন লেনবীনা হৌবা চরা মথুংমক্না
মশাবীগা চাবদি ওসি নীনি শুবনি।

চবুং খুঞ্জা পুম্ববু পুনেমজৈ
চহৈরোং অপানবা পাথৌ মানা।
পম্থৌ মানবা কাওবেলদি তফিংবা
মশুগী লান পাংবা য়াওবদি
অরা মৈশা লাংনরে চবুংদা।
অমাঙ-অত অপুম্বা শিংজগে
হায়জৈ চহৈরোং 'পানবা পাথৌনা
য়াদে চবুং খুঞ্জা অপুম্বনা।
হায়রকই মপিজাগুম চান্নবা
লৈমিন্নসি লুরাং-চবুং খুলনী।

(মীতোপ থিবা—তাঙ্কক লোইরে।)

# ইনিংথৌ রাধলে চোইরকপা

১৯

রারীসিনি নীজগে, ইপু 'সুঙ্গা তাবীনি—
ফিঙৌ শেংলি হনুবীছু', সা কোম্বুংদে মথোকথি
ফিরু ফিরাং মথুমজন, সুথোঙ তম্না মচংথি।
থরাই সুথোঙ লানথগা, রাংবী থক্তা মচক্তে
লম্মাং তম্না মচংথি। খুমন মচা লৌথিবা
তম্বা মাগা লোয়ননা, নগুনা 'তুং মইজ্রে।
লম্মাং 'তুদা চংলম্মী, থরা চংলে হায়রগা
লৈতোং অমা থেংনরে. শাংতক তৌবা লৈতোংনি
হনুবী'ছু কাখংথি, কুমথ'গা 'ছুম উথিজ্রে।
তাংনাংবা' খঙনীংদৈ, হনুবীবু তাম্নথি।

পুঞ্জি অমা থেংনরে, শল মঙা মতাউরি
'শিবা শলদি ঙাক্তনি। এখোয় মাঙদা লৈরায়দা
তাউরি' শলছু নত্তনা, অতৈ মবুক হোগায়রে।
শদোংচাবা উচেক্তি, কাক ল্যাংজানা মতোংঙি
মমৈ পানবা হুন ময়াম, 'সুংদা লেঙ-লেঙ মচংলি।
কাক লাংজাগা উচেকশিং, মঙক থিংজিন থিংজিন্না
হনবু চাবা খুদিংগী, নমথি মনম কাওরকই।
চরৈ ফিনা নাত্তোন খুম, নগু রানা থাঙলম্মী
পুঞ্জি মপাল অহুসু, অমাংবা পোং মপৈনা
খোঙবু থাকম লৈরমদে। লৈখোম মান্বা অমাংবা

মচৈ পানবা হনশিংনা' মরেক মরেক য়োমশিনি,
মীংশিংজুনা ইপুও, হঙোকেবু মতৌই ।
মাঙদা তাম্নি' শম্নুবৈ, খোঞেল অমা থোরকই,—
"ইমা মঙ্গুং লৈরেদো, পামী 'খুংঙ্গো ফাতেকপা
ইমা 'মুক্তা চিংখংলু, ইমা নিংশা ফুম্দোরে ।"
থিরুপশিংহু কান্না কান, পুম্নি খোঙম্নুং কুমথরে
লৌথী'না মাঙবু মথারি, নগু তুংদা মরেম্মী
খোঞেল 'হুমরু। অমুকা—"ইমা নিংশা ফুমগংলে
পান্নী' তিমেন তাহ্নুনা, শনগী মবুক থিনগাইয়ু ।"
কংলা শনগী মবুক্তু, লৌথি' ইরেন থিনগাইরে
নমথি' মনম য়ৈবদা, নগু নিংশা ফুনথবে ।
মচৈ পানবা হন্নদি অমাংবগা লোয়ননা
শনগী মবুক্তে কামথোরক, লৌথি এখোয়'নী লুপগ্রে ।
লৌথিবৈ মায় অতুম্নু, মাগী মচীন অতুম্নু
হন্না পুময়োম য়োমথরে । থংনা মিকুপ 'হুন্দদি
অমাংবা কোম্মু ওনগ্রে । খোঙফম শোয়রা লৌথিবা
অমাংবা কোমদা লুপগ্রে । হন্না য়োম্না' থীরুগুা
নগু এম্নু তুবগী অমাংবা পুমচাই চাইগ্রে
অচৌবা হলশিং অতুম্নু, মবুক ওম্না চাফংলে ।
"মনাই লোইবা ইনিংথৌ, মনাই 'মুক্তা ফনবীয়ু"
অমাং' য়োম্না লৌথিনা, পাম্বোম থাঙৎ হায়রকই ।
মানা ঙাংলক' খুদিংগী, মটাৈদে হন্ তারকই
মাগী মতৌ অমুনা, হঙোইকনা লোইবনা
মাঙবু ওম্না কাখংকে, খোঙ থাংলক' মতুনা
খোঙকম মাঙরদগী, মতম্নু অহন পুথরে ।
ইপু এগী মঙসিংবু, করি মঙলান' তাকপীহু ।

পুক্লা য়াক্কন লোক্তনা, মায়চৌ মানা খুন্নকই—
"ঐবু লোইবা লোইমাখা. ঙাক্তোই লৈবাক নপুবেল
লা পুক্লিং ঙপথবীনি, কম্বি খোইদোক' খেংলোইদো
ঙসি মপ্পি মপ্পিবা, শননারকপা মতমদা
লাইরেম্বীগী থরাই-মি, ইপু অহুক কৌজগে।"
ঙহাক তুম্মিন লৈরক্লা, মখা অমুক তাক্লকই—
"মীনা খিনা ঙাংনা' লৈ. 'নিংথৌ রাখল তৌবীনি।"
মপু ঙাংবা লোইদ্রিঙৈ, 'ইনিংথৌ 'ময়ক থংলকই—
"ঙসি কৌবা নোংসিদি, পোথা পরৈ হন্দোক্কে
হয়েং নোংত্রেন অপানবা, মঙাল মশেক হুন্দোক্লা
লাইরেংগী মিকোন খাগোনবীয়ু, ঙসিদি ইপু হনবীবো।
নিংথৌ য়াল্লা মতুং ইন, নিংথৌ মায়চৌ অস্পুপ্পা
য়াংলেন মিকুপ' পল্লমদা, মোংবা ময়ান তমথবে।

চীংসুংচাদি নোঙ্গৌবী, চেক্লা চাদি মহাক্লা
য়াশৈ ফৈন্না মতোংজা, লাইজা ঈথৌ লাংবনা
নোংদোল থক্তা ময়েংজা, নোংমদোল লাইজা ঙাইবগুম
লুরাং নিংথৌ ফাতেকপা, হুস্না মপাউ তাজনীং
লৌথিবা মহাক লাকপবু, মিংলি নানা ময়েংজা
নিংথৌ মানা ঙাইজরি, তাংবল থক্তা ফমঙমদ্রি।
হায়বি মতম অসিমক খুম্মন মচা লৌশিবা
নিংথৌ নাক্তা চম্প্রলকই, নিংথৌ অয়োন কাম্বুদা
লোম্না থুম্না মী থঙদা, নাশোন য়াম্নী গুনজে—
"লীক্লাই ঙাঙোই ইনিংথৌ, ঙম্নাং তাংলৌ অখোং'দা
চবুং থুনবু য়োথরে। ঙাম্বলোল ফোংবী লেবী
ঙাম্বলোল চীংম্নায় ঙানবী, পাথৌ চৈথরোং মত্রাঙ্দা

কপা রানা লেজরি, হুরা লাংলেন লেনবীদি
শঙাই হুংদৈ হেন্দোক্তে। পন্থৌ কমাই মহাকম্
মোংবা মরান মরৈতে।" নিংথৌ মরক থৎলকই—
'তম্বা চইহেরোং অপানবা, য়াইবী মাঙবা শোয়ররোই।
কমাই অঙম্বা মহারা, মক্কাক শিবৈ রাবনা
খারৌ ঙারৌ চেন্নম্নি। পারী মমোম অনীদি
মোংবা য়ুমগা নৌরিনি, হুঙাইরম্মোই মহুগী।"
থুমন মচা লৌথীবা, মখা অমুক মতাজে
"অশোয়বদা ঙাকপীনি, অরানবদা কনবীনি
পন্থৌ কমাই মহাক্তি, মকু-ইবুংঙো কমথোনবু
খিন্দোকপা খুদক্কু মক্তা, পন্থৌ রাবা কোকচনি।
মুরা মাদি শোয়ররোই, নিংথৌ নাপ্পা' চিন্নিনি।
মুবা লায়বক ফবনি, অহনবা চরৈ থোন্দোদা
ফিমন ওইনা থোকখরে, মসি হীকী মথল্লি।"
নিংথৌ মবক থৎলকই—'মতোযনবা লৌথীবা
লাইজা ঈবেল মথক্তা, খুৎশু থাংলেন য়ানববু
থাংফম তাবা হৌনরা, নরৈ ফানা ঢাংঙশা"

"অশোয়বদা ঙাকপীনি, অরানবদা কনবীনি
খুবাং চাংজৌ তরা লোন, ঙাংলৌ খাদা পুনেমজৈ।"
থুমনী নচা লৌথীবা নিংথৌ মাবু পুনৈমজৈ।
নিংথৌ মখা তারকই—"হুরা মানা লাকপগা
লৈবাক খুনাই মমাঙদা, লৈমা ফনথোন খিন্দোকনি।
ঙাসি কোরৌ নোংজাদি, তুমিন অহক পৌখাসি
হয়েং ইরুং ঙানবগী, লৈমা মাবু লৌশিনসি।"
লুঝাং নিংথৌ কাতেকপা, হুরা লাংলেন লেনবাবু

নিংথৌ মিত্তা মউজৈ, মথুম-মরাও মহৌজৈ
মগুসু হাসু তাইবংসু, হুরা রাখলদা তাউজরি।
লুরাং খারি রাংদৌনি, চবুং তাখি' য়াংবীথক,
'ঙম্বা লল্লোই হঙ্গবা, পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাই'
চবুং খুজাও তন্নক্লি, লম্বী রাদি ওইনবু
'ঙম্বা মানা হায়রকই-"ঙম্বা লাল্লোই হঙ্গবা
পাল্লী চহৈরোং অপানবু, থাংগী তাগী তেনকাপকী
কাংলোন লোইনা হৈরত্রা? "ফম্মাইবৈ রা তাবদা
লাল্লোই হঙ্গা খুম্নকই—"খাম্বী মৈত্রেং অরাবা
'ঙম্বা মাগী মতীক পুম, নপাল্লীদা শীম্নবোই
লুরাং লৈবাক সিদদি, পাল্লী লাম্বা পাদৌদি
মরূ তাংজা হুন্দ্রিদো। "পম্থৌ ফয়াই' মহাক্লা
মখা অমুক তারকই—"নিংথৌ মাগী শারমচং
লৈবাক মাঙদা চুমথোক্কে, পূকচেল পীকপা মনাইশিং
চিরোল মখোঙ থুদেক্কে। পাল্লী য়াইবী মাঙলবা
লৈবাক থক-খা ওম্থোক্কে, ফম্বাল থক্কে ইনিংথৌ
খুজেং লাক্লা চিংথগে। শারমচত্তা হৈনবা
চিরোল নম্থাক্ মতৌবা, মীনম্বনা খুংলায় ওইবা
লৈখা তন্না তাহনগে। থুম্নাই মরল মথুম্ন
লম্নাইগীনি খনঙম্বা, লম্নাই য়ুমদা নাথৈবা
থুনাই চাথুং ফিদ্রুংদা, রানা লৈবা উর'মক
মিংপান পাবু উদগুম, উশিন্নদা মরৈবা
রাথোক লাম্থোক থোক্লা, হুয়েন লনবু তারক্লা
খোঙতেক মিত্তাং চিথদা, খুন্নাই পুম্বা মকোখং
"পোরুফম 'মা লৈবাকী, থরাই থাবা পামুম্ন
য়েক্লা খুত্তে কন্দৌনি, নিংথৌ ঐবু ঙাক্তৌনি।

কৈ খঙনি হন্দক্তি, লোকতাক ঙামী থেয়গে
ঙমদা থোক্লে লালহৌনি, য়াইবী থরাই থাদোক্লি।”

পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাই'
'ঙম্বা লল্লোই হঞ্জ'গা
পাবী মমোম খোঙ্গুল লী
য়ঙ্গোই শগোল তোংনদা,
পারী মমোম রাবীনা
লম্বী তেন্না রারী ঙই
চবুং খুঙ্গাও তম্লক্লি।

( ইনিংথৌ রাখল চোইরকপা তাঙ্কক লোইরে। )

২০

"হো, খোংদোইরক্লিশিং, ইতাও লৈত্রেং মাল্লিদা
চবুং খুন্দি নামুংলি, তুদা অহুম ঙাইবীরো"
চবুং নিংথৌ মহাক্না, চীংগী নাপোম থকুগী
'ঙম্বা অনী' মফমদা. চীঙ্গোই মপাউ মেল্লকই।
পোংলাং লৈত্রেং ঈশিং চাইবা, 'ঙম্বা মানা পাউংকই—
"মানে ইতাও নিংথৌও. পোলাং লৈত্রেং ঐহাক্নে
পারী ইমোম অনীগী হৈনা খোঙ্গুল লীবক্লি।"
চবুং নিংথৌ মহাক্না ঙম্বা পাউবু ওক্লকই—

"পারী ইমোম কৈদৌদে. নিংথৌ ঐনা থিল্লক্লি
খুঙ্গা মীয়াম য়াওবক্লি, লাগুক অহুম ঙাইবীবো।
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাই' চবুং খুঙ্গা মীয়াম্না
চীংমায় থন্না কুম্নকপা. অতাম্বদৈ যেংজরি।
'ঙম্বা লাল্লোই হঙ্গনা চিংনবপ্তি হায়রকই—
"নিংথৌ ফম্নাই অঙম্বা, চবুং নিংথৌ মতাসি
হুয়েন লানবু হৌথনি। চবুং খুঙ্গা মীয়ামসি
খুংলায় ঙন্না পায়নবি। তিল্লাং থকযোং থনবীনি।"
কাওরেল ঙাবা পোংদোংবা মীয়াম খায়না থোরকই
মগু অনী নমদা থোং, মমাঙ থানা মচংলি।
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাই' ফম্নাইবনা হায়রকই—
"কাওরেল শনগী শয়াংথক, পারী ইমোম তোংলক্লি
পারী হুয়েন লালহৌনি, পারী লানবাং লাকপনি।"

ঋাংলেন ঙহাক মতুংদা কাওরেল ঙারা পোংদোংবা
চবুং মীয়াম কুংওইনা চেন্ন চেল্লা মন্নাকই
পন্থো 'ঙঘৈ মফমদা, পাবী মমোম শিন্নজে!
পান্নী মমোম অনীমু, অহল অনী পুরুমজে—
পাথৌ চহৈয়োং অপানবনা, য়ারা মপাও হায়বকই—
"পন্থোশকপা ইপাও হুয়েন লানবু তান্ননি,
ইপা নিংথৌ মহান্না 'পান্নী লানবাং লাকপনি।
'পারী ঋিজোল হোংলুগে পন্থো' অহুক শীনবীনি।"
"থিল্লে পান্নী খোঙদোইয়ো, নরালয়াইদা তমখয়ো
পলেম 'নীনা থৌন্নাংনা, পাবী ইমোম ঙাইহৌরি।
খুত্থক-খুনখা লমথায়দা পান্নী নঙগা থেংনসি
পারী লাম্মী ঙাইহৌরি পাবী নঙনা হাল্লক্সি।"

কাওরেল ঙারা-পোংদোংবা, 'পান্নী মমোম মপুজা
মোংবা মবান তম্নক্লে। য়োগে নীং'গা মন্নোবা
মালং মুংশিং মমাঙথা, কাওবেল মানা চেল্লকই।
থাম্বী-মৈত্রেং অরাবৈ মো,বা-মরান থুংলয়ে
'পারী মমোম উবদা' পলেম মমা অনীনা
কয়াই মতীক হুরাউবা, কয়াই মতীক নুঙাইবা
কবি' মপা লাকনি, চঙনা লাইবৈবাকপুদি
খুংনা লাম্বা ফংঙুম্ন্নে, 'পারী-মমোম অনীমু
পলেম্ অনী উবমক্ ঙাংলৌ শোক্না পুনেমজে।
পলেম মমা অনীমু, 'পান্নী মমোম্ অনীবু
কপ্পা নোকপা য়াম্লনা কপ্পা চেংনা থাগোজ্জে।
পলেম 'নীঙ্গী মফমদা, পাথৌ মানা হায়রকই—
"ঙাবীবু পলেম অনীমক, নপারী হুয়েন্ লাঙংনি

হুমিদাং চাকচা শাক্তদদি, হুয়েন্ লানবু লোইশিন্নি।
চবুং-নিংথৌ ইপানা. পান্নী লানবাং লাকহৌরি
পান্নী লাঙ্গং অসিদা, পঙ্গেং ফিরাল্ থেংনবা
ইথৌ থাংজিং লাইবুদি. পলেম 'নীনা তাইনৌও
শানৌ লেন্‌বী নহাকসু, ইথৌ থাগোন্না লৈরম্মু।

পাথৌ চহৈরোং অপান্‌বা, লান্‌গী ফিজোল শেংচিল্লে
শয়েং তান্‌ল্লাও শিজিল্লে, খুবোম রৈশি হাপচিল্লে
হাকথং তাদি, তারোন্‌তা, হুন্না তাদি-খুংগু থাং
খুংলায় পুম্বা থেংচিল্লে, খুংলায় পুম্বা হাপচিল্লে।
য়াঙ্গোই-শগোল কারুবা. লাইনা থাবা য়াঙ্গোইহু
শগোল শভুদৈ পুথোরক শগোল শাবল থোক্সংলে
শাপোং-লান্‌পোং হাপচিল্লে"। পাথৌ মাগী মনমদা
নীরুং তেন্দোং পোশিল্লে, লান্‌গী থৌরাং লোইখরে
য়েংকা ওইগা ফম্নিবী, পলেম্ মমা অনীদা—

অপোকপী পলেম অনীমক
য়াইফা থৌজাল পীনবীরো
পলেম মমানা ওক্সকই—
'পারীনা লান্দ' ওইরবা
নতু নামা তেক্‌লকনু
শায়েং পাম্বোম ভানবদা
লেপ্পা নমায় পাকচন্থনা
ইমাগী নাক্তা লাকখোকো।"

খুম্বক খুনথা লম্‌খায়নি, চবুং লাম্মী পৈররে।
পোলাং লৈত্রেং ঈশিং চাই চবুং-নিংথৌ মহাক্না
লানথোঙ লাঙ্গং শীন্নরি, থোঙমী লাম্মী পাউতাক্লি—
"ইতাও! নিংথৌ লাম্মী লুচীংবা, থন্না এনা ফাজিল্লে
ঈংনা লাম্বোঙ শীনসিকো। পারী চহেয়োং অপান্না
অরাং স্ন-থোঙ্‌ তমসম্বু, 'কনবা লানসি মম্বুদা
শোক্লা তাইদো ইতাও-ও। নোংপোক থংবা স্ন থোঙ্‌
'ঙম্বা লাল্লোই হঙ্গ'গী, নোংচুপ স্নথোঙ্‌' ইতাওগী
খারম থংবা স্ন-থোঙ্‌ ইতাও এনা ঙাক্তনি।
থোঙ্‌মী লাম্মী লৈকমশঙ্‌, মৈবুল তেনবু কাপ্লক্তে
সনা-কোম্বুং ময়াগী, লৈরি যুময়াম্‌ খিবীক্লা
পম্বৌ-কাওরেল চাইখায়রবা। স্ন-থোঙ মরী অসিদি
'থাবা উপাক ঙাক্লিদো, পম্বৌ' কাওরেল নম্বনা
কনা' থুগায় ঙম্নোইদো, পম্বৌ' শরুক ওইবীনি।

কাওরেল ঙাবা পোংদোংবা, লানগী থৌরাং তৌরক্লে
খুমাঙ্‌ খুতুং হোৎলক্লে চীবেল লৈ-দা ফেংলক্লে
কোরীমুক ঙাং' মমিং'নী অকী শক্তম লৌরক্লে
চাইখৎলকপা উফুলনা মায়গৈ পুম্মম মমখরে।
চবুং খুঙ্গা লান্মীশিং, কুমৈগুম্না য়েংনবি
লানঙম খুদম চা'দম্বু, 'ঙম্বশিংনা চাংয়েংলি।
কাওরেল ঙাবা পোংদোংবা, নিংশা ফুয়না ফুয়না কাম্‌
মমৈ ক্ষিরাল শাররক্লে। ফৈনা য়ুংনা মচোংজা
ছয়েন লানবু চঙখরে। অকন' -অমু-হিংচানা
থাবু য়োংকে পাইশিনগুম, সনা-কোম্বুং তমখরে।
থোঙমী লাম্মী পুম্নমক, পুক্লিং মকা মরামজৈ

থম্মোই মথৌ শঙ্গুরবোই.লানগী খোল্লাও লাউরকই।

নিংথৌ সনা কোম্বুংনি, কোয়ৌ অঙান' মহাকম্বু
লোংচুপ চীংদা চঙ্গল্লে, মপ্পি মম্মা মতম্মি
অরোন' পাউবু পুবা, তম্বা অমা চঙ্গলকই,—
নিংথৌ সন্না মাঙদদি, তফিং-তফিং মচঙ্গলক
খুকউ লৈত্তা মফমজ্জা, তকশম তোংদম মরুকচা—
"লীক্লাই ঙাঙোই ইনিংথৌ ননাই' লোইবা লোইমাবা
লানথাউ লাকপা তম্বত্থু অঙাং ওনখ্রে ইনিংথৌ"
"মুঙাইবেদা ইদাইরেম, পাউত্থবু ঙাইবনি
ময়া' খোল্লাং নম্লিবা, কৈদৌজনি চৈহৈরোং।"
"'চৌবা কাওরেল অমনা লৈরক খুল্লক নৈখায়বি
শীংনরুবা মী মথৈ, মচী' লেংনা মহাৎলি
মুম্বু মৈম্মু থাহৌরি, থিংনা উপাই মরৈতে।
লুরাং-মচা থরনা, লুরাং সনা কৈথেলদা
লৈরক খুল্লক খুদিংদা, নিংথৌ সনা মায়োক্তা
'তম্বা চৈহৈরোং অপানবৈ, ছুযেন লানবু পাংনবা
খুলংরৈনা পাউজেম্লি লৈবাক থুংনা পাউশিংল্লি।"
খাম্বী মৈহৌ শাউববা নিংথৌ মানা খুম্লকই, —

"চবুং লাম্মী খুজোক্লা, লুরাং লমদা কাইহৌবা
কবো থুমদি খুজোক'মা লোকতাক ঈশায় মাপলদা
খাদঙুম্মা তুমহনগে, মরু ফুক্লা তকখাযগে।
চবুং নিংথৌ মহাক্লা, চৈহৈরোংদি অপানগা
হিংনা মউন খোকনি, খাম্বী'থক্তা পাংথিংনি।"
অসি হ্রাদি হায়রম্মা, শজায় মাজোল লেঙথোরক
লুরাং লাম্মী পুরদা, সনা থৌদীক লাউরকই,—

সনা কোম্মুং লায়রে। সনা কোম্মুং মথৌবুং
নিংথৌ লাম্মী-মপৈনা, থোরকপগী লোইনাইদে
কুড়না তাউবা কংকুপকুম কড়না পৈনা কৈরম্মা
মৈগী মঙাল অহূদা, পাথৌগী 'মুবা লান্‌থিনে
য়াঙোই' কারবৈ কুচুনে, 'মথা মালং ঈত্তরক
য়াঙোয় খুরুপ থৌববু, য়াঙোই খোঙ্জল মতাদে
মালং চৈরোইনরকপা, খোঙোন খুনেংনরকপা
তাইবং কনা উঙমদে। হুয়েন লান্‌গীদমক্তা
অথম্বা শগোলনি, লাইনা থাবা য়াঙোইনি।
থাংনা শোইগে মনীংতম, তানা লেংগে মনীংতৌ
নোংথাং কুপকুম পাইশিল্লক, ঈরম অমা ফাংলকপা
সনাকোম্মুং তম্লকপা, পম্থৌ ফম্মাই ঙকচখি
মম্মাক থৌনা মরীংজেন লান্দা হৈবা শিংববু
অঙম্বনা ময়েংজৈ, থম্মোই খৈনা পেঙ্গথি।

পাম্বা কৈরেল মচিঙ্গাক, শজি চোংনা চেন্নবগুম
নিংথৌ ফাতেক মকিখি, শঙ্গাই' মুংদা চেনশিনখি।
সনাকোম্মুং লাম্লকপা, নিংথৌ তাংবল হাংরম্মী
অরোল কাবু কাওহুনা, অরোন লম্বী য়েংলিঙৈ
"সনাথৌগল ফংজগে, খুংলায় পায়মু ইনিংথৌ।"
পাথৌ মান্না তাবদা, নিংথৌ ফাতেক শোইনাইবা
হৈদা শিংদা নম্ভেদো, হাকথং তাবু তনশং শং
পারী তম্মা লংলকই। পারী মাস্থু কৈদোদে
হৈদা করি মহৈনো, শিংই কত্রি মশিংনো
কৈরপ-কৈরা চোংশিল্লক, খুংগু থাংশাও শংলিঙৈ
খুজেং ককপা হানথ্রে, খুজেং থাংগা তাখরে।

নিংথৌ হাকথং তাহ্নু পারী থেন্না মচংখি।
পাথৈ লৈত্র ইনিংথৌ, খোজেল নীঙ্কা হায়রকই—
"পারী চইহেয়োং অপানবা, পারী নকম' লানগ্রে
ঐগী য়াইবী থরাইদং, পারী নজোন' নিজরি।"
"তাংজ' মখুল চঙলমদাই, চুমশুম চুন্নে ইনিংথৌ
য়াইবী পুনা চেপ্পহৌ, চবুং নিংথৌ থেংনরা
নপারী মাঙ' হাংথিবা, পারী' কনবা ঙম্মোইদো
অসি রাদি হায়রম্না। পাথৌ শমায় লৈরকই
তুংবু লৈনা য়েংলকপা লুরাং নিংথৌ কৌথীবা
ওইনা তাবু মশংলি, মিংচি খজিক উহৌবা
তম্না য়েত্তা চোংথোকই, থাংগা তা-গা মশীংনৈ।
চেগপ 'নীরক মচোংলা, অহুমশুবা চেগপ্পা
নিংথৌ খুজেং কপ্পংলি, তিমেন লৈদা মতাখি।
পাথৌ মাগী মকোক্তা, কোক হায়নতা মথাখি
পাথৌ লৈদা তুখরে, রাখল মাঙনা তাখরে।

"মকু ইবুঙো কম্মাইবা, ইদাইরেম নহাকমরুম্সু"
"মানি লুরাং ইমিংথৌ, খুৎলায় থোনসি ইনিংথৌ
ইনিংথৌ থৌগল তৌজগে, লালু চোমায় লৌজগে।"
"ইদাইরেম নঙগী নকমদে, য়াইবীতদি নিজগে
য়েংঙু ঐগী খুজেংসি, নপারীগী থৌদৌনি।"
"লানফম্নিদো ইনিংথৌ, 'হুবু কনবীরবনি।
চবুং নিংথৌ থেংনরা, লালু চোমায় লৌখিনি
মাগী লুখা থানবা, চবুং নিংথৌ রাশক্নি।"

"পারী রাম্ব লৈহৌ'নি, ঐগী লাম্মী থেংনরা
পারী হিংবা য়ায়নি, খুৎলৈ খুন্নো ইদাইরেম।"

নুরাং লাম্নী লোরনবা চেন্না চৈন্না থুং ইকুক
থুম্না লাংলোন লৈনবীদো, মথংদেনবু লারকজে।
কোন্ন, শৌশিল্লি মতাদে ঈশিং থিকই কায়নে
উতুপ তাওম মতারি, নীঙ'ইদবা মহীম্নি।
মিৎলু 'নীঙ্গি শিন্নাং হৌ শিকম খজিক মরৈরি।
হয়া হয়া মনানজে, হয়া হয়া মকোঙ্গে
হয়া হয়া মচুপচৈ মুণ্ডা ঈশিং চাইথরে
অরেম্বভা মতারে। থবাক কোল্লা হীপল্বা
অমুক খুকপু হৌগৎলক মমায় থাংজিং ওয়দা—
"হোঙ্গা হৌজা লোনম্বা হোজা হোঙ্গা মীওৎপা
হৈরাং হৈমন খুঙ্গ'গী লৈরাং লৈমন চিঙ্গ'গী
ইথৌ নগুবু নীংজমল সিন্না মহৈ মহুগী।
নলোংয়ায়না হিংঙ্গবা পুন্না লৌশিনবীরুকো"
অসি রাদি হায়জরা থশোই হীরা কপ্লকই।
ভফিং ভফিং চেপ্লকপা পোকপা পম্থৌ মহাক্না,
"ইমোম পারী কবদোরি?" ভফিংননা পাউহংই।
"উতুপ তাওম তারি, নীঙায়দনা লৈরিনে"
অসি রাদি হায়জরা মখোল থোক্না কপ্লকই।
"থল্লাইতদি কল্লমখো, অমাই হঙ্গা কৌগেকো।"
পম্থৌ অমুক ভফিংনা খুংলৈ খুনা চৎখরে।
তৌকম খঙজা লাংলেঙ্দো মথংলেনগী লাইবক্তা
'চোৎপা কিবু থোমজরা লাইবক লাইবক থেংনজে।
মালং শউম মকংজে পাখৌ মশা নীরুকই
খুহুম চেংনা পায়হুনা অকন চৈনা মথাংজে
মুখুং থংথ'ং থাজংদি মরিং থংপাং পাংলকই।
"ইশং হিংলে থংলৈন থংলৈন মাল্লা পাদুকা

থম্মোই ঐগী য়াইগুইবা" কপ্পা নোকপা য়াম্লনা
নৌনা পিরাং পীহনা চেক্লেং কোম্না কাজরি।
"লানকমসিদা কমদৌনা ইশানৌনা নুজোকতা ?"
"শোকপে পাউবু পীরগা মচুংইরা চেক্লকই
য়ায় পলেম অনীমু চেন্না চেন্না লাকহৌরি।"
"লানগী মৈশা মররক্কি, তেন্না মোম্পাক নত্তেদো"
"থংলেম মঙনা হিংব্রবা, শীগুম লম্বী চৎমিন্নরি।"
অসি য়াদি হায়জরা, হন্না হন্না চুপচরি।
"নিংথৌ লৈমা তোম্বীদি ?" পাখৌ তফিং হংলকই।
"অরোন লম্বী ইপারী, ইনিংথৌগা লোয়ননা"
তফিং তফিং চেল্লকপা পন্থৌ মানা পাউওকই।
'গুহাক য়াংলেন পোখাখো অমাই হঙ্গা লাক্লনি।"
কপ্পা নোকপা য়াম্লবা পন্থৌ মথা ভারকই।
'মুপী! মুপীনা, মুপীনবো ?" পাখৌনা গুকতক হায়রক।
য়াগী মথা তাখিত্রে, খোইরুম মোমোন নোক্লকই
য়াংলেন গুহাক লৈরগা, পাখৌ মানা হায়রকই—
"থাগৎনীংঙি মৈতৈ লৈমা, থাগৎনীংঙি নয়োশিং
ইনিংথৌ লৈমা তোম্বীনা, 'খুত্তা করি পায়রকপা
নপারীনা থওইরুদে, ভুংগী লৌশিং ওইহৌরে।"
চবুং নিংথৌ তফিংনা, শঙ্গাই মুংদা চঙলকই
ঐখোয় কোয়ুং পায়শিল্লে, লাম্মী কোয়না ভাকহল্লে
'ইতাও মুরাং নিংথৌদি ? 'তফিং তফিং মহংঙি
"লৈমাজোম্বীগা খারোমদা।" কম্লাই মানা মথুম্মী।
"মুরাং নিংথৌ কঙ্গালদি, মিকুপ কানা হাংকদে
পারী ইমোম অনীবু কয়াল থক্লা ইভাও ও
কাভেক চোমায় লৌরগে, নতাউ য়াশক ভাক্লগে।

চবুং লাখী মীহাত্তি, ওস্থোকপা মতৌ মীহাৎনি
শিনা তারা শীহুবু, চবৎ চবৎ য়াম্থৎলি
মখোঙ মখুৎ ককথৎলি, তোঙান তোঙান তাংল্লি।
শনশেন নহাশিংহুনা, খুত্তা রাশা পায়হুনা
খোংবান হৌঝা পাংখোল্লা, কম্থৎপঙম য়াম্থৎলি।
নিংথৌ সনা কোম্নুংদা, হুয়েন লানকম ওইবনা
নিংথৌ সুমাঙ মথৌবুং, ঈথেং পুমঙাং ঙাংলম্মী।

মথং মুমিৎ অযুক্লি লৈমাকোনগী শঙশাংহু
হৌজিক কাওবা মচাক্লি। চবুং লাখী মখৈনা
অশি হকচাংশিংদগী, ফিবোল মখৈ খোমগৎলা
মুথোঙ রাংমা লমপাক্তা, মৈজাও হৌনা মথাখি
অহিং নিংথম কোরুখি, লানঙম কুম্মে ওইনখি।
লৈমকোনগী লৈমশিং, মতুপ মতুপ ককথৎলি
লোইনা শোইদৎ থম্লম্মী। ওস্থোকপগী ফিবম্নি
য়েংহৈদ্রবা মতৌনি, মৈদা পুমকা কাববা
হকচাং তঙখায় কাববা, লৈমা কযা লৈবম্মী।
নিংথৌ সুমাঙ মথৌবুং, তাবিবা হকচাংশিং'হু
মখোঙ মখুৎ ককথৎলা, তোঙান তোঙান মতাবি।
খুমন মচা লৌথীবা, মখোঙ মখুৎ যাওবমদে
তৎফাত্তবা মকোক্তু, মশাদা য়াম্না মরৈরি।
চীরোল মখোঙ পালহল্লা, মপু খঙদা শেঙ্গাবা
খুম্নাইদা নাপল তৌবা, মখা থা'দা চাউথোকপা
নমথাক লৌনম তৌহুনা, মীরক তিনবা শাম্নবা
নিংথৌ মনাই অচানবা, ফম্নাই তুনাই মকোকশিং
হকচাং' তোঙান তাম্নে, মপুই মতুং-ইনথরে।

লৈথাক্কী মপী মপা ওইবী
পারী চহৈরোং লাংলেন লেনবী।
লুরাং নিংখৌ লৈমা অনীনা
য়েন্দা 'হ্যানবৈ লেঙথংলক্লিকৈ
তাক্লিবা অশি' হকচাং ময়ামত্তু
পুথরে লমদম থাপ্লা তান্না
'ঙাংবা ঈখেং তৈবা মফম পূম'
থাদোকখ্রে লাইজা খিকফেন চাইনা।

( লানথেংনবা—তাক্কক লোইরে। )

# লোম্ব্রা নিংথৌশিংগা রাতান্নবা

## ২১

লম্লেন লুব্রাং লৈরোক্লি, ইনিংথৌ স্না কোম্মুংনি
নিংথৌ চহৈরোং অপাল্লি, লৈমা লাংলেন অনীদি
য়েংকা ওইপা ফম্নথরে, তাংবল থক্তা ঙানথরে
পলেম পম্হৌ হোংলক্লে, লৈমা নিংথৌ কোল্লরে।
কাওরেল ঙান্না পোংদোংদি, নিংথৌ চহৈরোং’ পান্নদি
মথৌশক্লা মরাচৈ. শঙ্গোন তোপ্পা মথমজে।
মপা মপু হাক্তক্তে, পারি পুরি পুরোন্দে
চেৎনা লীনা থম্নম্বা, কত্রং থৌরি অকনবা
লংলম তরেং’না তারবা থৌরি কোঙ্গোই য়াইওইবা
মথৌ শকপা কাওরেলগী, থোল্লা ঙক্তা থৌগল্লি
চকপা ময়ুং উয়ুংদা, মথৌ মাবু পূন্নদা
ইনিংথৌ স্না কোম্মুংদা, মায়চৌ ’সুপ্পা য়াওনদা
কাওরেল ঙকশম অথোনবা, লৈখল নাইনা লেংলবা
জুম জুম লাউরা পরেংদো, কাওরেল ঙক্তা থোঙ্গৈদো
মানবী চীরেল অনীদা পরেং অমমম থেৎলিদা
চৈনৌ স্না শেম্পাক্তা. হৈকক মশীং শুনদা
শীঙেল থোঙ্গমেলৈদি, লৈরাং ঙকোই শেম্নদি
থোইরু থাউমৈ চাওনা থান, মেক্রুক কাংমৈ রা-রা থু
নিংশা মনম মুংশিবা, শীঙেল লৈশক মশুবা
কাওরেল মাওদা থেম্নদি, লৈমা নিংথৌ অনীদি
মথৌ শকপা কাওরেলদা, পুরুম থৌনিজজেদা।

হে খোম্নুম কাওরেল ও,
শকথোক্ত মহেল্লিব ও
তুরী কচী য়েৎলমদা
সুনা ল্যোংশুম হুকপা ও
তুবী তুরক খুদিংদা
স্না কোজোম খিনবা ও,
নতু মুরক খুদিংদা,
লুপানা হাজং য়ৈবাও;
তুবী মিস্না য়েৎলম্না
কোয়ৌ কুমিং ওইবাও;
তুবী মিস্না ওইরম্না
লোইদাম থাবু ওইবাও।
তুবী খায়াং মথানা
মালেম লৈবু খোনবাও,
তুবী খায়াং মথক্না
কোয়ৌ নোংবু খোনবাও
তুবী খুমাঙ্ত অনীদা
লমা তুমাবা লৈবাও
তুবী খুচুং অনীদা
লমশেন তুশেন লৈবাও
নয়া য়ারেন খুদিংদা
স্নানা হাজং য়ৈবাও।
নমিং চাম্না মপানবা
ননা চাম্না মপানবা
উদা খওদা লৈতবা,
অমম অত্তান থায়দবা।

নয়াংলেন কোঙ্গিরি চেনবা,
মখৈনা চুমথাং থনবা;
লাইবক্তা লাইশি থুংবা,
শকঅম্‌ লাইশি থুংবা।
মীওকপা মীচান ফবা
চাউকোন্দি নাউকোন ফবা ॥
ইরাং থৌনিজা পান্নীদা
চোং ফিক্কান মথনবীবা
শিদয়াই মপাল থাবীয়ু
নাদয়াই মরু লিংবীয়ু।

পম্থো শকপা কাওরেলগী শমু থুবী থুরঙ্গংগী
লীক্লা খোয়থুম্বা 'ছদি
লৈমা নিংথৌ অনীদি;
থুমলেন য়িপী মথকচৈ লাইবক য়ায়দা মনমজৈ
কাওরেল ঙারা পোংদোংবা
কাওরেল মতীক মবৈবা;
য়েক্লা মীনা উরগা হিংচা যাইতম্বগুম্বা
অতৈ মীওই উরগা
মরুপ মপীজা'গুম্বা।
শক্লোন পুবা কাওরেলনি মঙাল লৈবা পম্থৌনি
কাওরেল মানা লৈবনা
লুবাং লৈবাক অসিনা,
থুঙ্গাও লৈচাওজরিদো চাকহোং ঙাহোংজরিদো।

শঙ্গাই মাঙোল খেঙোংলাং, নিংথৌশিংগী ফকয়াং,
খুমন নিংথৌ মোইরাং 'থৌ চবুং খুনচেপ মাপল 'থৌ
নিংথৌ ওয়া ফয়ব্রি, য়ারী শীংবুয়জব্রি।
চবুং খুনগী নিংথৌনা, লুরাং নিংথৌ থাগৎনা,
কাওরেল ঙায়া পোংদোংবা, চবুং খুন্দা লান্দাবা,
য়ুথু কৈবু থুদেকপা, য়েক্লা কয়া তানথায়বা,
তুবী চীরেল 'নীনবু, য়েক্লা থয়াই লৌববু,
চবুং খুনবু নৈথিদি খাম্বী মৈবু থাথিদি
থাংবু তাবু তেয়বু, কাওরেল মঙোনদা চঙদবু,
কাওরেল চীরেল অনীনা, থারকপা খুংলায় খত্তোক্লা,
কাওরেল চৈথেং পীবম্বা, তম্বা য়েক্লা অপুম্বা
কোইথি থিনা মহাৎপা, খঙদা উদা লৈতবা
কাওরেল মতীক ময়ায়দো চিংথদনা তমজৈদো।
লুরাং নিংথৌ ফাতেকপৈ, থক্তা হুয়েন লান্দাবৈ,
কাওরেল ঙায়া পোংদোংনা, তুবী চীরেল অনীনা,
য়থোঙ অনী নমথায়বা, ইনিংথৌ চহৈরোং অপায়া
য়া কোয়ুং নৈথায়বা, লাঞ্জিন থংনা লান্দাবা
মরীক চুয়া শীংথাজৈ চিংথদনা মতমজৈ।
কৌব্রু চীংগী লোকমায়দা লাঙোই শামু অঙৌবা
কোয়ৌ নোংমা চুপ্পদি, শন্দুং ইল্লা তুংদদি
কোয়ৌ নোংনা ঙানবদা, লফুরোক্কী লোকয়ায়দা
চয়ায়া চাক্তি তাবগুম, থেংনবা ওয়া নৈথায়গুম
থম্নুং খাম্বী মৈহৌবা, নিংথৌ চহৈরোং অপানবা
য়া কোয়ুং মনুংদৈ, থোয়কপা তম্বা পুম্বদি
য়েন্দেম থয়াক শোইগুমদি, থেংনা থেংনা শোইবদি
য়া কোয়ুং মনুংদৈ, ফাতেক শোইনাই 'ফাবদি

মরীক চুম্বা নুমিৎজে, মরীক চুম্বা মতমথে।
চঙজবদা চঙকুম পীবা, হায়রাজবদা তাকপীবা
য়েক্কা ফাঙ্গেক মহাক্না, থরাক্ত করবীমু থকপা
ইনিংথৌদা নিজবা, নিংথৌ মানা হোয়ারা
থাংদা তাদ্রা তেন্দবু, কাঙলোন থঙনা চৈববু
নিংথৌ 'ঋংজেল থৌনাবু, শরিং শরাং হৈববু
তিল্লি নিংথৌ ময়ামদা, য়ারী মরীক চুমহৈদা।

তরা ফমচাক মুমিংকী, তরা রাম্বোং লোইবগী
তরা চাকরাই তম্নগা শঙ্গাই মাঙ্গোল ফম্নগা
মাগী মাগী লৈবাকী, লৈবাক রায়েন থৌদাগী
অরাং অপা মথম্রে, শাফম লানফম মরৈনৈ
মোইরাংনিংথৌ পুরিক্লাই, নিংথৌ য়ারা কা৲লকই—
"পাথৌ লুরাং নিংথৌগী, পায়দৌ থৌরম পান্দমগী
শিন্না পোরম কাংবীশি, পুক্রিং লৌশিং ওইনসি।"
নিংথৌ য়ারা তাবদা, লুরাং নিংথৌ ওক্লকই—
"খুন্নাই' য়াইফরগতা, লৈবাক চাউখৎপনিদো
মহ', মকোক ওইরিবা, ফম্নাইবৈ খুৎ মরৈদো।
অঙম্বশিং'দি ফম্নাইবা, লৈবাকী অরাবা উদ্রবা
লাইর অনং উদ্রবা, খুন্নাই' য়াইফ' ওইরোইদো;
চৈরাক রায়েন কায়বকই, লৈঙাক কাংলোন শোয়রকই।
লৈবাক মশেল মরক্তা, হুয়েন লালহৌ তোয়রগা
মুংশিনদ্রা' হেল্লকই- লৈবাক মহাম তারকই!
য়ুম্নোম্না লৈবাক মথৈগী, ঙমখৈ পরিং লেপথোকসি।
পুক্রিং থরুম লৈনদা, রাহৈ কারল চম্নদা
রাগী মলোম থম্নদা, চান্না চিন্না পান্নসি।

হে লায়িংথৌ ! চীঙ্ থৱায় মীপোকপা
খোয়ুম নমু পোংশেম্বা লায়িংথৌ
উলেন উনগুম্না ঈংনা লৈবীয়ু।
মালেম লৈকোয়পুংসিদা লৈরিবা
মালেমচাদি অপুম্বা অসিবু
কাওরেল শনশেঙুম্না শেনবীয়ু।
লোয়া তম্লোন অঙন'দা কোম্থোকপী
মুংদাংৱাইরম অঙন'দা কোনশিনবী
নথানুং চেৎ-চেন্না থাগোনবীয়ু।
তিনমু লাইমু ফত্তবা অপুম্বা
নোংলেন খারম পাংনা হোইথবীয়ু।
কনবগী মকম্থোক কম্থোকপীয়ু,
ঙাকপগী মঙাকথোক ঙাকথোকপীয়ু।
লোইমোম ফৌবান চাউবা পীবীরম্মু
তরেৎ শেঙ্গাও চোন্না হাপ্পীরম্মু !
কাওরেল শন্না শঙ্গোন থলহনবীয়ু
শিদয়াই নাদয়াই লিংবীরম্মু।
লৈবাক লৈচাও থুঙ্গাওনা পান্নবা
য়াইবী মরাং কায়বা লনকুবীয়ু.
হে লায়িংথৌ।

( লোন্নবা নিংথৌশিংগা ৱাতান্নবা—তাঙ্কক লোইরে। )

থৈরবা ॥

**OTHER BOOKS OF THE AUTHOR**

1 **RADHAKISHORE**
(Novel)

2 **JAISHANKAR PART - I**
(Novel)

3 **JAISHANKAR PART - II**
(Novel)

4 **PANTHOU POOREL**
(Novel)

5 **CHAHEIRONG-LENBI-SHEIRENG**
(Epics)

**In the Press**

1 **DOCTOR ANEE**
(Novel)

2 **SHEIRENG**
Poems

**Ib Publication**
*Unpok Haobam Dewan Leikai Imphal*